# কুন্দো পরেংগী ইক

খাঙেম্বম ইবেতোন দেবী



লৈকোল, ইম্ফাল

**KUNDO PARENGEE HAK** (Short Story) in Manipuri
Written by **Kh. Ibeton Devi,** Bishnupur

অহানবা ফোঙবা ঃ সেপ্টেম্বর ২০০৫ ইং

লাইরিক মশিং ঃ ৫০০

ফোঙজবা ঃ হাওমোম প্রেমানন্দ সিংহনা
লৈমরোল খোর্জেকোল (লৈকোল) গীদমক ফোঙজবা

মমল ঃ লূপা ৯০/-

ঃ হক পুম্বা অইবীগীনি

মখুম ঃ নাওরেম অহনজাও

নম্ফম ঃ পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বাজার, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১

লুংনিলাদা কৎথোক্লবা শৈরেং



ABY LUNGNILA ELIZABETH

## গুলাপকী তিঙখঙ

গন্নাদা অতর গুলাপকী
অপিকপা লৈরাংগী, পোন্নকপদা ঙাইহরিবা।
লৈনাশিংদু লৈচু পান্দরিবনি
নৌজরিবা তথোং-তথোংনা
তাইবঙ কল্লক খুৎশিংদুনা
লোম্না চেম্থৎননা হেক্তোকপিখিবা।
মতমদুদা, হে তিঙ্খঙ!
নখোয়বু করি তৌদুনা লৈখিবগে?
মপুগী শিঙ্খা কাওথোক্তুনা
ঙাকশেনবগী, লৈরাংশিংগী।
তুম্নীবরা মোন্দুম মোন্তেকথক্তা?
নিঙাইদনা য়াতাদুনা
নথৌবু শুগে লৈতনা।
লৈনা অমমমতা ওইনা
শেগাই শেগাইবীদুনা
লোয়না চাইখাইবিখিবনি মালেমদা
নুংশি হৈত্রবা খুৎশিংদুনা।
খাঙজহৌই পাম্বীনদি নিক্লা নিক্লা
হাই হুম্না থম্মোয় কায়না।
লৈরাংগী পুন্সি লোয়খ্রবা কাম্নীদা
অকোইবগী তিঙ্খঙনা
থিগৎলকই, কল্লকপা খুৎশিংদুবু
চৈরাকপিনবা, তৌঙম্বদুগী।
হুবান মতুং মৈরিংবা
কান্নরিববু করিনো?
লৈরাংগী পুন্সিদি লোয়খ্রে
পৃথীদা চোইনা তাখ্রে
নিংঙমদা পিরাংত ঙাইহৌরে
মালেম শিন্থুংনা ঙসিদি।

-খাঙেম্বম ইবেতোন

# সেক্রেটরিগী ৱারোল

লৈকোল (লৈমরোল খোঞ্জেকোল) নুপীশিংতগী ওইবা সাহিত্যগী সংস্থান অমনি। ইং ২০০১ গী ওক্তোবর ১৯ দা লিংখৎখিবনি। লৈকোলগী পান্দম য়াম্না পাক চাউই। পান্দমশিং অদুগী মনুংদা লৈকোলগী মেম্বরশিংনা ইবা লাইরিকশিং ফোংবা হায়বসিসু মরুওইবা অমনি। পান্দমসিগী মখাদা লৈকোলগী - 'নাচোম'' হায়বা ৱারীমচাগী লাইরিক অমসু নবেম্বরগী তাং ৮ ২০০৩ দা ইহানহান্না ফোঙখ্রে। অনীশুবা ওইনা য়েংখোমইন্দিরগী ''পূন্সি খোঙচৎসিদা'' হায়বা শৈরেংগী লাইরিক অমসু ফোঙখ্রে। ''কুন্দো পরেংগী হক'' হায়বা কেঐচ. ইবেতোনগী ৱারীমচাগী লাইরিক অসি লৈকোল অহুমশুবা লাইরিক ওইনা মীয়ামদা পাবিনবা লাম্থোকচরি। অইবী অসিৱারেং শৈরেং অমদি হন্দোকপগী লমদা খূৎ থারিবনি। অইবগী ফোঙলবা লাইরিকশিংদি : ১। ইচেম্মা (শৈরেং ২০০৩); ২। নির্মল (হন্দোকপা, ২০০৪); ৩। অহীংগী ঈশৈ (হন্দোকপা, ২০০৪); ৪।লৈরোল শাৎলে (সোনেট সিক্সেস, ২০০৫) অসিনচিংবা। লৈকোল সাহিত্যদা নত্তনা নুপীগী ঈশু কয়াদা থৌদাং য়াদুনা লাকই। মতম মতমগী ওইবা লৈবাক্কী থৌদোক কয়াদসু লৈকোলনা শরুক য়াদুনা লাকই লোয়ননা নুপীশিংগীদমক য়াইফ থৌরাং কয়া পায়খৎনবা হোৎনরি।

অইবীগী - ''কুন্দো পরেংগী হক'' হায়বা ৱারীমচা তরামণা য়াওবা লাইরিক অসিনা তোঙান তোঙানবা মহাও অপাবশিংদা শোয়দনা পীবা ঙমজনি হায়বসি ঐগী চেৎনা থাজবনি।

ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী
সেক্রেটরি
লৈকোল, ইম্ফাল

# অহৈবগী ৱারোল

ঐগী ৱারীশিংসি লুনিংলাইহিলজাবেতকী থৌদোক থোকখিবা মতমদুদগী ইবা হৌরকখিবনি। খবরদা করিদা পীক্লিবী নুপীমচাসিগী অৱা-পোলোয়গী ৱারীনা নাকোং শীংজানা য়ৈরকখি। পারুবা খুদিংদা থম্মোয়সে কায়খিবনি। মিৎলুদগী শিন্দ্রকপা পিরাংতনা খবর কয়ানি চোৎখ্রিবা।

মতমদুদগী হৌনা ঐনা খলখি মাগী মফমদা করিগুম্বা খরদি খুদোন তন্নগে, ইচাগুন্নবী নুংশিরবী মহাক্কী আত্মানা লাইরেবাক্তা সান্তি ওইনা, ইংনা চিক্লা পোখাজবা ঙমজনবা। ৱাখলসিমক্ত ী ঐনা খলখিবসে অদুনা তাইবঙ ফন্নকসিদা মাদ নত্তেঅতে কয়াসুনি শিঙম-শিঙমদনা শিখ্রিবা, নৈহৎ-তুহৎ পিবদগী হীংলবসু হীংবগী মহাও য়াওদনা অশিবগী পাঙখক্কুম হীংলম্রীবা কয়া অমনি। ময়ামগী ৱারীশিংসি খঙল-তারগা মহাক্কী আত্মানা অৱা-কোকচবা ঙম্নবা হায়দুনা ইখিবনি।

অদুনা ঐগী 'কুন্দো পরেংগী হক' হায়রিবা ৱারীমচাগী লাইরিকসি অয়াম্বনা নুপীগী থম্মোয় কায়রবা পাউদমদু ঙাক্তনি। ইচানুপীগুন্নবী লুনিংলাগী ৱাখোক্তুনা ইথিন পীখিবদগী ঐহাক্না ৱারীমচাদা খুৎ থাবা ঙমজবনি। লাইরিক অসি ঐগী ৱারী মচাদা অহানবা খুৎথাসুনি।

ৱারীশিংসি খুৎই ওইরিঙৈদা ওজা তোম্বনা য়েংবীখিবনি। মাগী কমেন্টতা ''প্রজেন্টেসন ফজদে, রিরাইট তৌখো'' হায়বিরকখিবদগী মতম য়াম্না চংনা অমুক হন্না ইথোকচরবনি। মসিগীদমক্তা ওজাবু কাওজরোই। ওজাগী মমল য়াম্নবা পাউতাকপু মাংদা তমজরগা ঐহাক্না লেপ্লা লৈতনা হোৎনজবদগী ঙসি লাইরিক ওইনা ময়াম মমাংদা পুথোকচবা ঙমজরিবনি। ওজা সলাম তোম্বসু তৌবিমল খঙবৃউৎচরি।

লাইরিকসিবু অথুবা মতমদা পুথোকপা ঙম্নবা হোযনবীরকপা পদ্মা প্রিন্টর্সকী ইপ্পাশিংবুসু থাগৎচরি।

ঐগী ৱারিশিংসিদা য়াওরিবা কেরেক্তর অমদি থৌদোক ৱাথোকশিংসি কনাগুম্বা অহীংবা অমদি অশিবা মীওই অমতগী নত্তেশুপ্নগী ঐগী কোকশেম্লী, মান্নরুবা চানরুবা য়াওরম্বসু মদু 'সিমিলী' নিখনবীগনি। নুংশিবীয়ু চানবীয়ু ঐগী কলমবু লেপহনবীগনু হায়জরি।

সাহিত্যগী সমাজগী মিশেলনি হায়বসি কাওবীগনু।

সমাজদা থোক্লিবা ৱাথোক-লাম্থোকপুম্মক্কী মমি অহৈবা অহৈবীশিংগী কোক্তা তাই। মখোয়না ইথোরকপা ৱারীশিংদা মদুগী মমি য়েক্লকপা হৌনশানি খনবীয়ু।

অকোইবগী ফিভমনা তাহখিবা প্রভাবশিংদুবু মুন্না শোইদোক্লগা মরুদুনি ইবদা য়েক্লক্লীবা কেরেক্তরশিংসি। অহৈবী অহৈবশিংগী কোক্তা তাখিবা মমিদুবু নিংথিনা শেম শারগা ফজরবা উচন অমতং চনশিন্দনা মীয়াম মাংদা খিন্দুনা থমজবদনি। পোখোক্তুদি সমাজসিনা পীবিরকপনি অশেংবদি।

অহৈবী

য়াওফম তাকপা/লমায়

# কুন্দো পরেংগী হক

নুমিদাংবাইগী মতমদুদা বাজারদগী সুনি, বসন্তগা লোয়ননা তুংথ-মাংথ লাকমিন্নরি। পোষ্টীং মকমনি, মীগী মরমদনি। লৈরকপা পোৎ ময়োমদু পুশিন্দুনা থোং-থাক্লবা হোৎনরক্নি।

মরকসিদা বসন্ত অমুক থোকখিদুনা ওফিসলোমদা চৎখ্রিবনি অতোপ্পা কা অমদা মখোয় খর পূন্না ফম্মীন্নরুরি। সুনি চাক-ইঙ্গাং থোঙ থাক্লবা শেম-শাবা হৌরকই, ইরোনবা মচা অমা লৈরকপা গু মচাদু হব্রাই থরাক, আলু অনৌবা, খামেন অশিনবা থাক্লুনা থব্রায় য়াওনা থোংলে। বসন্তদি থংনবা ক্লাতরদা পুলিস অনী/অহুম পুন্দুনা থক-চানবা শেম-শাদুনা লৈরিবনি মতমসিদা।

সুনি কা মনুংদুদা কোইথি থিরম্মী। প্লস্তিকী জরকিন মচা অমদা য়ু খর লৈবা উরকই। নোম্বুনা মনম নমলুরি- "মানি য়ুনিনে"।

মদু মিহুৎথোংদুদা শেংনা হৈদোকপ্রে অদুগা চাং চপ মান্নানা ঈশিংদু চেঙুহী খর য়ানশিন্দুনা মচু মান্নবা শেমদুনা হান্নগী চাংদুদা থন্নে মফমদুমক্তদা।

গুইহাক লৈরগা বসন্ত ময়াম থক্ল-চানবা শেম-শাবা লোয়রদুনা পোৎতু লৌবা লাকই। হরাও-হরাও পুদুনা চৎখ্রি মায়থোঙ মকা লামজনা।

সুনি চাক-থোং থাকপা লোইরে। হল্লকমন্দে হায়দুনা 'মখোয় করি তৌরিবনো" য়েংগে চঙলুবনি ময়াম ফল্লীবা কাদুদা। ময়ামদু শাওনরম্বসু য়াওরম্মী অদুগা শিথ-শিথ নোকপা কাঙবুসুনি।

"করি তৌরগে কপ্পীংবগা নোক্লীংবগা পূন্না ফম্মীন্নরিবদুবু" মখোয়গী মতৌদুদা হায়রুরিবনি।

"করি তৌনি হায়বগে? থক্লগে হায়দুনা ঈশিং য়ান্দুনা নীংথিজনা হৈদোক্লুনা চীংনক্লরেদনা অদুগা ঈশিং গুক্তা গুইরম্রে, হিদাকতি য়াওরমদ্রে" বসন্ত ময়াম মমাঙদা ইকাইরগ তৌখিবনি।

"ঐদি খঙদেকো, লাকপদসু গুইরি, চাক থোংনবা হোৎনবদা মগুইরিবনিকো, করম তৌরিবনো? মসিসু নিষা বন্দগী শরুক অমদি ওইরম্বা য়ারিপোৎনি" খঙদবা শাদুনা য়াম্না মতৌ মাম্না হায়রকপনি মরৌ লৈনা। ময়াম ইঙক-ঙক্লা য়েংনৈ মখোয় মশেন। মরকসিদা

সুনি তুমিন হল্লকই। কদোমদগীনো খঙদে, অমনমুক পুরক্তুনা মখোয় মখা তানা থকপা চাবা হৌরকই। অৱাংপা লৈতে মফমসিদদি, অৱাং-অপা লৈতবী য়ু লাইরেম্বীগী জগানিদো। জয় ওইরে চমেলীনা, জয়।

থকপা চাবা লোইরদুনা ময়ূম-ময়ূমদা হয়খ্রে। বসন্তসু চঙলক্তুনা চাক-চামিন্নরে। অদুক ফজনা হাওনা থোং-থাক্তুনা থমজরিবা চাক-ইঙ্গাংদো খরা চারগা তেঙ্গোত্তু পুখমদুদা উপশিন্দুনা মখূৎ হামজিল্লগা হৌগৎখি। সুনি শাওনীং-শাওনীং চাবা থকপা লোইরে থবক লোইশিন্দুনা মখোও-মখূৎ হামদোক্লে।

বসন্ত হান্নবা পোখাগ্রবনি। য়ুঙাওরদুনা অশিবগী পাঙথক্তুম থো-থোনাখোক্তুনা তুমথখি। সুনি মপুরোইবগী নাকন্দা অহীং চুপ্পা তুমদা মিংশেল খাঙলি। য়ুম্বানবগী পুন্সিদা মথোঙ হক্তুবা ৱাখল কয়ামরুম্মা মাগী কোক্তা অসুম অসুম চঙশিল্লক্লিবনি, অমম্বা মরক্তুদা কোক্তী সেলশিংদু চাবা হৌরকই কদ্রগ-কদ্রগ-কদ্রগ, য়ুমগী সিলিংদা সুম্না চাবদু মঙাইরে। তৌফম খঙদরে, মিকুপমুক্তুদা উইরু উরুম তৌরুরমল্লে তশেং তশেং উরকই, কাউবা সুকঙম ঙমজদবা থৌদোকশিংদুনি, ৱীল চিংবশুম মথং মথং অসুম অসুম অমম্বা মরক্তুদা।

নুমিত্তু সুনিনা য়ৌখিবদুদা বসন্তদো কেস অমা চৎখিবনি হায়দুনা ওফিসতা লৈরমদবনি। কৈথেন থোক্তুনা পোৎ অৱাৎ-অপা খরা লৈরুরে মদু কা মনুংদা থনল্লগা অমুক বাজার ময়াদা লৈবী দুকান ফম্বী নুপী অমগী মনাক্তা চৎলুরিবনি।

"ইবেম্মা সুনি, লাক্লিবরা?" খরা লৈশিল্লবী পানদুকান ফম্বী নুপীদুনা কৌরকপনি সুনিবু উবদা।

"অহোয় ইচে, ননাওনিপাদো ওফিসতা লৈরমদে, কদায় চৎখ্রিবনো খঙদে, অতৈ অফিসারশিংদসু হংলমদে অসুম হেক্তা থোরক্লিবনি" সুনি মহৌসা মতৌদা হায়রক্লিবনি কোইনদবগী।

"ঙসাই কেস অমা চৎকনি হায়দনা গাড়ী মপোৎ অমা থৌদোকখিবনি। ইচিন-ইনাও চাদুম কৌদুনা থকমিন্নখিসিসে, ফম্মু সিদা" অসি হায়দুনা মোরা অমা সুনিদা লানশিল্লকই। সুনি মদু লৌদুনা খরা হন্দোক্লগা থাদুনা ফম্মী। মখোয় অনী চা কৌদুনা থকমিন্নরি। ৱারী অতৈ-অতৈ খরসু শানরিবনি।

"ইবেম্মা সুনি, হৌজিক্কী মতমসিননে নোংমা নোংমগী শাবগী চাংসে অসুম-অসুম হেঙ্গৎলক্লিবনা মরোন অমনিকো। নিংথম থাগী শরুক্তি ইয়াম্ব য়ামহৌদ্রেদা। কালেন্না শাংবা হেল্লমাল্লেনে।" ওল্লক্লীবা অইং-অশাগী ফিভমসে পল্লদুনা ৱারী শাবা হৌরকই, কমলানা।

"হোয় ইচে, মসি পূয়মকসে উ-ৱা কোকশিল্লকপা, পকা বিল্ডীংনা মশীং য়াম্না শাজিল্লকপা অমদি উমং-ৱামং লৈরক্তবনসু অশাবগী চাংসে হেঙ্গৎলক্লিবনি। মতম অমদা

ব্রাকচীংগী তর্পন মতমসে 'উননা থ্রং-থ্রং তারগ্নীপোৎনি' হায়রগ্নীবনি ইমানা। অদুবু থৌজিত্তী অদু য়ৌনা ইংবদু ওইদ্রে। কালেনগী অশাবগী মনুংবু চল্লক্লিবসিনি খুদম হায়ববু।" ইনভাইরোমেন্টকী মরুদুনি সুনিনা হায়রুরিবদুসু। অচুম্বমক্লি থৌজিক অশাবনা চাং য়াম্না হেল্লরুবনি।

মরকসিদা পুলিস গাড়ীদো মখাৱোমদগী থৌগৎলকই। মদুদা বসন্ত য়াওরকই। সুনি লৈবা উবদুদা গাড়ীদগী কুমথরকই।

"কয়া কুইরে লাকপা" সুনিদা ওনশিন্দুনা হংলকই।

"কুইদ্রি লাকপদা মত্তাইরি। ইচেগা চা থকমিন্নরগ্নীবনি" সুনিনা নোক্লদুনা খুনম্মী।

"ইতৈমা, ঐখোয় অমুক চণ্ড লুখিগে" বসন্তনা কমলাদা হায়রকপনি।

"ফনি, ফনি ইবুংঙো, ইবেম্মা সুনিসু লাক্লিবনি"

"চণ্ডলুখিগে ইচে" সুনিনা অমুক কমলাদা হায়রকপনি।

"ফনি ইবেম্মা চণ্ডলুরো।"

বসন্ত সুনিগা চণ্ডমিন্নরকই কাতরলোমদা কা মনুংদা চণ্ডদুনা ফন্নী। অঙাংশিংগী মরমদা হংলকই- "অঙাংশিংগী লাইরিক লৈগদবা ব্রাৎলি হায়বদো করম তৌরবগে?" পৈশা পীগদবা মানা পীদনা ব্রাহংসি হংজিল্লকপনি ওন্নবা ডারেক্সনদগী।

"অদুগী পৈশা খরা পীয়ু হায়দুনা লাক্লিবনি। রাজেসকী য়ুনিফোর্মসু লৈগদবা ব্রাৎলিবনি" ইব্রাৎত্তা ব্রাৎলি হায়বসিনি সুনিনা খঙহন্নীংলিবসিসু।

"খরসিনা শিন্নদুনা লৈরুরো" য়াম্না লায়না হেক্তা হায়দোরকপদুনি বসন্তনা। অঙাং লাইরিক তম্বগী মরমদদি থৌওইদনা লোতুনা লৈরিবা ব্রাকমদনি সুনিনা উরুরিবসু।

"ইবুংঙো অচৌবগী অব্রাৎপা লাইরিক অমদি ঐনা লৈরবনি অদুসু অনী অমমুক ব্রাৎলি হায়রিবনি।"

"মথং তলব ফংবদা অব্রাৎপদু লৈবা হায়বদুনি" য়াম্না য়াংনা, খম্বুবা ইতৌ তৌদনা হেক্তা হায়রকখিবনি মদু সুনি খাঙবা ঙমজদে। মরমদি "অব্রাৎপা য়ুনিফোর্ম শেৎতুনা অঙাংদি স্কুল চণ্ডবা য়াবা নত্তে" হায়বসি খঙদবগুম, মাগী লাইখোকপা পাম্বদুনা অঙাংদা করি প্রভাব তাবা য়াবগে হায়বদি মাদি অমুক্তসু খন্থবা ঙমজদে। খন্থনীংদবগুম তৌরিবদুনি সুনিনা য়াম্না খোইশাওনরিবদুসু।

"অঙাংদি মদু য়াদে য়ুনিফোর্ম শুনা শেৎত্রবদি স্কুলদা চণ্ডহন্দে হায়রিবসিবু করম্না মচিৎ-মচিৎ ওইনা লৈরুগদৌরিবনো" অসুম্না সুনি অঙাংশিংগী খল্লদুনা ঙসি বসন্তগা মরৈ য়েৎনরুবদুসু পামজদে, ব্রাখল লৈজদবা মপাদুগী মরমদা থোয়না হেল্লো ব্রাজরকই।

নুমিত্তু বসন্তনা পীবা খরদু পুদুনা লাকখিবনি মদুনা মচা অনীগী অব্রাৎপা মেল্লবা

হোৎনজরিবনি।

তলব ফংবা নুমিত্তুদনি। সুনি বসন্তগী মনাক্তা পৈশা লৌবা লাক্লিবনি মচা অনীগী অরাৎপা লাইরিক অমদি য়ুনিফোর্ম য়্রাৎলিবশিংদু লৈবা শুম্লবগীদমক্তনি।

মতমদো নুমিদাংয়্রাইরমনি। বসন্ত ওফিসতা লৈরমদে, হংনরুবদা "হৌজিক্তা লৈরম্বনি অসিয়্রাইদা" হায়রকখি পুলিস কোনস্টেবল অমনা।

সুনিনা বাজার ময়া অদুয়্রাইদা বসন্তনা তোয়না চঙ্গনবা হোটেল অমদি দুকান্নচিংবা খরদা লৈব্রা য়েংবা হৌরকই। ঙাইহাক লৈরগা মখারোমদগী 'ফুলদা' লাকই হাইর-হাইরদুনা। সুনি কোকচাওবী কাখিবনি "তলবতি লোইরম্বসু য়ারে মকম খঙদনা" মতোমতা মুরুম-মুরুম শোল্লুরি। কনাগুম্বনা তারবদি "কৈনো ঙাওরবরা মসিবু" শোয়দনা হায়খিবসু য়ারিবনি।

অদুদগী মঙোন্দা য়্রা মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা তুমিন্না য়েংদুনা লৈরম্মী শাওনীং-শাওনীং। অদুবু সরক্তা হায়রু-হংলু য়াবা নত্তবনা শাওনীংবা ফাথদুনা লাকমিন্নরে মতেক খরা। অদুদগী সরক নাকন্দা ক্লা য়োল্লীবা পানদুকান্দুদা অমুক চঙখ্রি 'ক্লা লৈরুগদৌরিবনি' হায়দুনা। মদুদা অমুক লেপ্পুনা মচি অমদা মানা থোরকপা ঙাইদুনা লৈরে সুনিদো।

সুনিনা লেপ্পুনা ঙাইরিবদু উরদুনা দুকান ফম্বীদুনা কৌরকই- "ইচেম্মা সুনি, লাক্লিবরা?" মরকসিদা লৈরোই লৈফাইনরদনা বসন্তনা নুপীদুদা হায়রকই" মাগী কুন্দো পরেংগী হক খর লৈবা অদুননি"।

মতমদুদা ক্লা য়োনবীদু নত্তবা অতোপ্পা নহা ওইরিবী নুপী অমসু ফম্নী দুকান্দুদা।

সুনি মপি ইরা চেল্লদুনা অহীং নোংশোয়বা কপখিবনা মোনদো পূমচোৎ চোংলি।

"ফন্নীবা নুপীদুবু ওক্তবীরা নৎত্রগা বসন্তাগা মন্নীকা লৈনরীবা জাৎলা? করিনো মানা নুপীদুগী মমাঙদা ঙাঙলিবদুবো?"

মওন-মওন খল্লী, খনবমখৈ খল্লবসু মনুংদা চেল্লীবা য়্রাহৈদুগী ওইবা য়াবা অর্থদুদি খঙবা ঙমখিদে।" করি মন্নী লৈনবনো, মাগী মমাঙমক্তদা ঐবু মানা হায়খ্রিবা য়্রাফমদুবু।" মাগীসিবু করি ওইরম্বা য়াবগে?" তরেৎ-তরা থোক্লা খল্লী, অহীং তুমদবমখৈ অদুবু মাগী কোক্তা মদুগী সোলুসনদুদি চঙলকখিদমাল্লে।

"নুপানা পোষ্টীংদা লমদম তান্না লৈরগা ফিভমসিদা য়ুমগী নুপীবু লোয়নবিরকপা হায়বসিমকসু করিনো খরদি চিংনফম থোকপরা? নৎত্রগা ঐতনা পঙখল খল্লরিবরা? খল্লী খনবা য়াবমখৈ মায়গে তরা লৈদুনা, অর্থ তরাদগী হেন্না পুথোরকই মাগী কোক্তা, অদুবু মরু ওইবা অরেপ্পা য়্রাফমদুদি মাঙদা সুকলাকমক লাকখ্রিদ্রিবসিনি মানা য়ান্না য়্রাজরিবদুসু। করিগুম্বা লংফেদকা অয়োনবা মন্নী লৈনবী "মুরুশী" হায়বদু ওইনা থন্নীবা জাৎলা?

"ঙৈ অদু ওইরবদি ঐগী ইতিক খণ্ডহনগে" মসিগী ম্লাফমসি হেক মাগী মকোক্তা চণ্ডলকপা খুদক্তুদা সুনি উইরোন উইরোন তুমখিবনি।

য়াহৌরকপদদি বসন্ত ফমুংদা লৈরমগ্রে, নুমিৎসু ফনা য়াম্না থেংজিল্লমলেদনা। ক্লাতরগী নুপী পুম্নমক থবক ইনখাং লোইশিন্দুনা ইরু মাইথজনরগ্রে। সুনিসু পরপ-পরপ থবক ইনখাং লোইশিল্লরদুনা ইরু মাইথজরুরে। চানচিংবা থক্তুনা অয়ুক্কী চাক থোংনবা ইঙ্খাং-নাগী শেম-শাদুনা লোইরে। অদু ফাওবা বসন্তদি হলজিল্লকত্রিবনি। ঙম্না হৌগত্তুনা চথোকখিবদু।

সুনি মওন-মওন খল্লী করিনো মানা ঙম্না চথোকখিবদুবু হৌজিকফাওবা হনজিল্লকত্রিবসিবু? মহাক চাক-ইঙ্খাং থোং-থাকপা লোইরদুনা বসন্তগী চাকলুক শেম-শাবা লোইখরে।

মহাক য়ুমদা লাক্লনবা থৌরাং তৌবা হৌরকই। চাগদবা থক্কদবা চাথোক্লে। থবক লোইশিন্দুনা থমলে। অদু ফাওবা বসন্ত হলজিল্লকত্রিবনিদো। মসিদবু সুনি করি করম্না খল্লোইদৌরিবনো হায়বনি? চৎলমদায়দসু হৌদোক্তুনা তাক্লম্বসু য়াবনি তাক্লমদ্রিবসিমক্লসু মাগী মরমদা নৎত্রগা ফজদবা লিচৎকী মরমদা খলহল্লীবমকসুনি।

বসন্তনা পোষ্টীংদা লৈরিবনি, সুনিনা মচা য়োক্তুনা য়ুমদা। মসিদসু নোংমা ফাদোক লাকপসিদসু সে-মাইগা হাযবিবা পোৎ নত্তেদা, অরৈ লৈতবা তাথোক-তাসিন তৌগদবদুসু হৌজিক ফাওবা হল্লকত্রিবসিনিসে, সিদবু করম্বা নুপীনা ইংনা-চিক্লা য়ুম্বান শিম্বা পাঙজবা ঙমগনি। মচাদি অনী শুরবনি। অদুদগী সুনি মফি মরোল শেৎচিন্দুনা লমখাইবোমদা থোরকই।

য়ুমলোন-কৈরোম্নবা লৈকায়গী মচিন-মনাওশিংদা হংলুবদা নুপা লৈবী নুপীনি হায়রকপগী ম্রানিদা পানদুকান্দা নীংথিনা ফমদুনা লৈরম্লীবী নুপীদুসু। মওন-মওন খল্লী "নুপা লৈবী নুপীসু ওক্তবী ওইরব্রা নৎত্রগা ঐগী নুপানা ওক্তবদগী মবী লৈনকরিবর? নৎত্রগা য়ু য়োনবীরা?"

সুনি খনবমখৈ খল্লুরগা বসন্তদা পঙশাওত শাওনীংই, হায়ফম তৌপম খণ্ডদবমখৈনি মানা শাওরুরিবদুসু। হৌজিক্কী সমাজসিদা নুপীগী ফিরেপ ইমুংগী শান্তি লোইনা মাংখ্রেদা। থবক তৌবা নুপা কয়ানা থবক কারুরগা য়ু পঙবমখৈ থক্লগা ঙাওদুনা হনজিল্লকপদা লাউ লাউদনা চণ্ডলকপা অদুগা চাক-ইঙ্খাং থোং-থাক্তুনা থম্বা লংখাইবিবা, পোৎ-চৈ অফংবমখৈ থুগাইরিবা, মনীং থুংদ্রগা নুপী অঙাংদা তাইনরিবা, ময়ামসে খল্লুরগা করিনুংগী য়ুম পাল্লুরিবনো হায়দুনা মতোমতা বসন্তগী লিচৎনা মাবু হায়নীংঙাই লৈতনা ওৎলক্রবসিদা।

বসন্ত ওফিসকী থবক চৎলুবনি হায়দুনা নুপা অমা ফাদুনা পুরকই। চাক্তু তম্খাই অমা খাইদোক্লগা নিপাদুদা পিজরে, তম্খাইদুনা মানা চারগা ঙাইহাক পোথারম্মী।

মরকসিদা সুনি ঙরাংগী নুপীদুগী মরম খণ্ডদোক্লুরগা য়ুমদা হল্লকখিবনি। বসন্তগসু

উনরমদ্রে। মথব্রায় য়াম্না নুংঙাইখিদে, তলব ফংবগা মচাশিংগী অব্রাংপা কয়ামরুমদু লৈগনি হায়না খঞ্জরমবদু ওন্নবা ওইনা থোক্রবনি। বসন্তনা লুপা চংপী অমা ফাওবা পীরকখিদবনি তৌরিসে। মহাক তৌফম খঙদনা হল্লকখিবনি।

য়ুমদসু অহল-লমনগী মতেংসু ফংদবা ইফ-ফজনা লৈথোকখিবা কন্না শুজ নোমজরগা মচা অনীগী লাইরিক তম্বা ঙমজনবা হোৎনজরিবনি। নুপা লৈবসু লৈতবগা পাংখকনিদা তৌরিসে মীনদি তলব চাবীগী নুপীনিকা হায়বীরিবা। মনুংদা চেল্লীবা ব্রাফমসিদি উবীবা নত্তেদা। মচা শেম্বগী ব্রাখল লৈতবা নিপাদুনা করিগীনো খঙদে মচা পোক্লিবসিবো?

মতম অমগী মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী অদুঙৈ স্কুলদা লাইরিক তন্নীঙৈ সরস্বতী পূজাগী লাই লৌবা চংলিঙৈ, এন সি সিগী পেরোৎ তৌরিঙৈ, তোয়না থেংনরকখিবা মাগী মী উৎশিত্তবা থওইদবগী মীৎয়েং, অমরোমদা খল্লম্বা য়াই অদুবু সুনিদি "উশিত্তদুনা ঐবু লক্লরিবনি "হায়না করি করিগুম্বদা ব্রারু-নুংজু থোকপমখৈ খৎনদুনা ব্রাফংনবসু কোঙ্গাইনি।

মথং-মথং অসুম খনজিল্লুরগা হৌজিকপু মানা "ইচা অনী শুরবা ঐবু লক্লরিবা করিগীনো?" খল্লুবদা চমম্লরকই। করিগুম্বদা মসিবু লমচৎ চুমদ্রবা জাৎলা? নৎত্রগা লংফৈদা অতোপ্পা নুপীকা থল্লবা জাৎলা?" মওন-মওননি মানা ফুম্বংনরকখিবদুদা কোক্তা চঙলকখিবদুসু।

করি করিগুম্বদসু মপুরোইবদা হংজরুবনি। অশেংবা পাউখুম পীরক্তবনা মরম ওইদুনা হেন্না চিংনহল্লীবমক্লীদো। মদুদগী মরক মরক্তা শাওনীংমনখিদুনা মপূক পেনবমখৈ খৎনথোকই। মতমদি অরেপ্পা লৈতনা হৌখি। নহা ওইরিঙৈগী ব্রাখল পরীংদসু মমি শামপ্রে। পুন্সিগী পোৎলুম্না নন্থখিবদগী ঙাইহাক ফাওবা পোখাদবমখৈ শুজে নোমজে।

শিনফম লুবা নানবা থিরুদে, অফবা শেল খরা থোকপা য়াবা, অশংবা মতমদা শুজবা য়াবা, নুং শুই, ফিরোন লোন্দুনা য়োল্লী। বসন্তনা পীরকপা পৈশা খরদুনা ইমুংগী থা ১ গী খরচ পুবা ঙমলক্তবদগী মখল কয়াগী শিনফমদা পূক্লিং চঙশিল্লকই। মতম মতমগী লৌ-শিং কুম্বা খাওবা য়েবা ফাও চৎলিবনিদো।

সোমদনা বসন্ত য়ুদা ঙাওদুনা তলব তম্খাই হেন্না থকপদা মাংহল্লী। মচাগী, নুপীগী খল্লক্তে। করিগুম্বদা মতম চানা পীরক্তে, চাদবদি য়াদে।

য়াম্না ইংনা পাঞ্জগে খঞ্জখিবী সুনি। ঙসিদি মপুরোইবগী লিচৎতা পেন্সবনা মপূং ওইরকই। মাগী মনাক্তা চৎলুরবসু ঙাইহাক ফাওবা লৈনীংলক্তে।

পোষ্টীং মফমদা চৎলুবসু নোংম ফাদোক লৈবদো ব্রানা লেপ্পী। কনানা হায়রকই-"বসন্তদি বাশোক্তা চামঙাচংপী শেৎতুনা থাখিবনি"

"মানা ঐসিবু সুকখনমক খন্দবা জাৎলা? করিগীনো নহা ওইরিঙৈ চান্ন-চিন্ননা

লৈমিন্নখিবা নুপী মচা অমা/অনী লৈরবদি নুপানা থৌসাবিদবসিবো? করিগীনো মচা লৈরবা নিপানা য়ুমগী করিমত্তা খনদ্রিবসিবো?'

"ঐসিবো সুপ্নগী লুহোংলুবগীদমক মাগী নুপীনি হায়বগী নমাদুদরা? মানা ঐঙোন্দা পীরিবসিবু অদুগা মচা অনীগী মপা অমা ওইবগী হক মাগী মপাগী দ্যুতি অমদি নুপা ওইবগীনা কদোমদনো? থবক তৌবা পোষ্টীং চৎপা নুপা খুদিংমক্না ফিভমসিদা মচা মসুশিংবু থওইবিদ্রবদি করম্না অঙাং য়োক্তুনা নিউ জেনবেসন শেমগৎকনি। করম্না মপা-মচাগী মরী ফগদৌরিবনো?" মসিসু অরুবা সমস্যা অমা ওইনা খনবা হৌরকখিবনি সুনিনা।

ব্রাখলনা লূমথরক্তুনা সুনি নুমিৎ কয়ানি ফমুংদগী হৌগৎত্রে। পীক্লিবা মচা অনীনা মমাগী সেবা তৌরি। মচাশিংগী তুংগী ফিভম খল্লুবদা অনা লোয়রে, তৌরাং ফত্তা হিপ, লুতুং খোইতাক শা, হেদো নাহে চল মতৌ য়েংবা ঙমনদ্রে।

বসন্ত ফিভমসিদা মাইবা-মাইবী তানরকই, ডাক্তরদা পুদুনা য়েংনবা হোৎনরকই। ডাক্তরনা লায়ওং খঙখিদে অরেপ্পা লায়না হায়বা ঙমখিদরে। মাইব- মাইবীনসু লায়েংফম খঙদনা লৈরকই।

আশা লৈত্রবা অনাবসি করমনো করমনো খল্লরকই। শিরনি খল্লুরবা সুনি ব্রাখল মওন-মওন খল্লুরগা মচা অপিকপা রাজেসপু য়েংলদুনা মপি ইরা চেল, খুদাং পিফম নাইরকই। করম্না অপিকপা ইচাশিংসিবু অতোনবীগী শারৈদা পুন্সি পিখম্নলা লেনহৌনবা থনমগদৌরিবনো ঐনা।"

বৈতবনি লালুববা সুনি ব্রাখলগী তরংদা তাও, জ্ঞান মচেৎ মচেৎ লাকই। মচা অনীগী প্রেমগী দোরীনা মমাগী থব্রায় চেক্লাদো মখোঙদা লৌদুনা চিংলকইবোইদনা।

মচা পিক্লীবা অনীদুনা য়েৎ-ওই ফমদুনা মমাগী ফমশেন্নরিবনিদো। মখূৎ মচা-মচাশিংদুনা মমাগী মমায়দা নানবিরিবা অমোনবা ফিজেৎ অমনা মমাগী মিৎলুদগী তারক্লীবা পিরাংদু তপ্ন া-তপ্না তৈথোকপিরকই।

অহল রাজুনা চাক ইনবিরি। করি চানি, কবি থোংউগে হংদুনা মমানা চাবা য়ানবা থোং থাক্তুনা পিজরি। মচা অনীগী তুবোন-তুবোন মতৌদু উরুরগা শিরনি খল্লুরবা সুনি মচাশিংগীদমক্তা হীংনিংলক্লীবনি পুন্সিগী হীংবা শিবগী লাংদাইসিদা মচাগীদমক্তা মপুরোইবগী মায়োক্তা হীংখিগে খল্লে, খ্বাংচেৎ মচি লাং শন্নাং তুংবন লাক অকনবা ব্রাশক্তা লোয়ননা চোংশিল্লগে খল্লক্লেদো সুনিদো।

খল্লী- "ঐত্তা নত্তে মণিপুর ইমাগী ফম্বাকথকসিদা সুনিগুম্বী মশীং থিঙম্রদনা হীংলিঘনিকো ঙসিগী সমাজসিদা।"

# বামোন তোম্বী ওইজরোই

ঙাইহাক পুঙ্গোই হাইরুরবগী তুংদা রিসিকান্ত  হল্লকই। মপুরোইবগা তুংথ-মাংথ চঙমিন্নরকই মোনি। খাঙমদ্রবদা পূক্লিংনা থ্বাহৌরকই ঙাইঙমদনা- "করি তৌদুনা ঙসিদি অসুক থেংলবসি ফাও য়ুমদা হল্লকত্রিবসিবু। অফিসকী মতম লোইরফাওবা?" য়ুমগী নুপীনা মপুরোইবনা মতম চানা হল্লকপসিসু মরু ওইনা পামজে, অসোমদা ঈঙ্গিৎ তৌরকই।

"হেরো ঙসিদো ঐনা ওফিসতগী পাউ অমা তারকখিবনিদা, ইচে পিশক্কী মচা শান্তিদো মমান্নবা অনীগা পুন্না ফাদুনা পুখ্রে হায়রে। মদু হংবা চৎলুবনিদা।" থেংলকপগী মরমদু মাগী নুপীদা শেংদোক্লবগী মওংদা হায়রকপনি।

"অদো য়াওবির নু লৌথোক্লবা হোৎনবদা"

"ঐঙোন্দা ইচেনো হায়রকখিবনি অঙাং অমা থারক্তুনা, অদুদা...

মরক থৎতুনা মোনিনা- "হায়রক্লবসু...। কয়ারক্নো মসিগুম্বসিদা ঐখোয়না তৌবিথ্রিবা, হেনমল্লবনি। হন্দক্তি য়াওবীবা য়াদে" নুপীগী শক্তি শীজিন্নদুনা হেক্তা হায়রকপনি মরমদি থ্বাফমসিদা য়াওহন্নীংদদুনা।

"ফরেনে। লৈমিন্নরবনিনা ময়ামগী করিগুম্বদসু য়াওরুদবদি য়াদে। ফজফমসু লৈতে। অদুগা ঐখোয়না থ্বারকপসু ঙম্বা নত্তবা, অদু ঐসু য়াম্না নুংঙাইতে। চৎসি কদায়, চৎলুসি কদায়, ফজরোইদৌরিবনি।" চৎনরোন্দা বেজ তৌদুনা চৎলুরিবদু অচুম্বা অমদি চৎফম থোকপনি হায়না প্রমান তৌরক্লীবনি।

"অদু-অদা য়ামল্লবনি। হৌজিক তোকপিরো। মখোয়গীসি য়াওব কাক পেঞ্জরে। শীংথাবিবসু নত্তবা, অফবা থবক্কীসু নত্তে...।

"অদু অসুম তৌরসি, নঙগী ইথোলসি য়োল্লসি অদুগা মফম অমদা লৈরগা লৈরুরসিদনা?"

"লুহোংলবা নুপী খুদিং নুপা ময়ুমদা লৈনবা ঙাক্তনি। নঙগী নয়ুমদুদা য়ুম্বানবা য়াদবদগী লাকপনি। অদুনা নঙগীদু হান্না য়োল্লগা অতোপ্পা অমা লৈরো, মদুদা লৈরসি। ঐগীসিদি নিঙোনগী আউনপোৎনিনা শঙশাং অমা শারগা ভারা চারসি," মরৈগী মওংদা য়েৎনরকইবনি।

"করিনো? য়োল্লবদি অনীমক য়োল্লদৌনি। ময়ামসিগী মরক্তা লৈবসি নুংঙাইদৌবা মান্দরে। অঙাংশিংসু করম্না 'তিম্নবু' খিংলুনি। অদুনদি পূন্না মাংমিন্নবা তাবনি। সমাজ অমদা লৈবা হায়বসে তিন্নবদি তাবনিনা।' রিসিকান্ত অশেংবা ব্রাফমদু ফংনা হায়রকই তৌফম খঙদবগী মওংদা।

"অদু নঙগীসু য়োল্লু। ঐদি করিগুম্বা ইরাইবক থিদুনা জুগোৎ চাদ্রবদি, তামো তোম্বী ওইবা ঙমজরোইয়ে হং, ঐগী ইখোলসি লৈজখিসনুদা...।" মথ্বায় য়াম্না নুংঙাইতনা তপ্ন া হায়রকই শুকথোক্তুনা। রিসিকান্তদি উহন্দনা।

উরকখি মোনি অঙাং ওইরিঙৈদা থেংনখিবা শক্তম অমা, ফজখরে বামোন তোম্বীদো, মানা মৌ নহা ওইরিঙৈ, কা ঙাংনা চারদুনা, মশম মনা ফজনা কাং নান্না হাৎ শমজি চাউনা পুন, ময়ুম মপান্দা হোটেল তৌদুনা মশা নাননা লেঞ্জরম্বদো। মপুরোইবগী য়াথং ইন্দুনা সনা পাঙখক্লরবা বাজার ময়োনগী ইখোলদো, মমল মতীক চাদনা হোংলে মখৈ য়োনথোকখ্রিবা। মীনা লেম্না লৌখিবগুম্বনিদা। মতম খরা লৈরগা মপুরোইবদু লৈথিদ্রে, মচা নুপী অমা চেল্লদুনা মপাম লমদম পাংলকখিবনি অদুবু মপামগী ওইবা ইখোলদু লৈত্রবনি, মপুরোইবগীদুসু মফম কঞ্জবা ঙমদনা মপাম চাকসু চাদা, মত্রা ময়ুম চাকসু চাদা কোদোম পোকপীদা হেক্তাক মেৎলী হায়বদুনিদা। মীগী শায়গং শায়াদা তাংদুনা লৈবসু লৈহন্নীংলক্তবনা লৈফম চাফম লৈরক্তে।

মতমগী খোঙৈ তুংইন্না লাইর-কোনগী লৈরাং শাৎলক্তনু য়াদেদো। ঙাওদনা অঙাওবী শা, মশম মনা ইফা ফা, অমোৎপা ফিজেৎনদুনা লেল্লকখিদো অনীদো।

মচানুপীদো অচৌ অশাং ময়ুমদা কনাগুম্বনা য়োক্তুনা থম্বীবসু, মচা কৌবনিনা চক্তুনা হেক্তা মরৌরুই। লৈফম চাফম খঙলক্তা কৈথেন মচী অমদা মমা মচাগী য়ারেকফম ওইরকখি।

মতম খোঙলে তুংইন্না লৈশা শারেপতম, মীনসু লাইনসু কল্লকপা মতাং ওইরকই। মতমগী শারমচৎ চৎপা পান্বা কয়াগী অহীং য়ারেকফম ওইরক্রে। মমানা লৈশা লৌদুনা পোৎপা শাশেম তৌদুনা মতম লেনবা হৌরকই। ঈশ্বরগী লীলা কনানা খঙবা ঙমগনি? পিপী গর্ভ মিহুল লাংখিবা থাবুম মশীং য়ামশিল্লকই। লম্বী ব্রারীনরকই, লৈবাক ব্রা-ব্রা লাওনরকখি। মমানা ইকাই খাঙ ওইনা পিক্রবী পিপীবু কৈথেন মমাঙদা ঈহিং নাইহিং শাবমখৈ ফুবিরে।

মরাল লৈজদ্রবী নৌজরীবী পিপীদো ইকাই ফিরুক খুন্নকখি। থাবুম তরা শুরকপদা নুপী মরুপ্না কৈথেন শেল খাই তৌদুনা রিমসতা পুখৎপিদুনা মচা ফজরবা চাওরবা নিপা অমা ফংজরেদো। ফংজবগী হরাওবিনীংঙাইদি কদায়দনো মাগী তাইবঙদা?

নুপী মরুপ্না অঙাংদো লাপ্নবা ইনাকখুনবী, মপোক্কী মচা পোকচদবী অমদা য়োকহনখ্রে। ষষ্ঠী পূজা চাউনা শোন্দুনা লাইবক থিরম্বা মচাদো, তাইবঙ থৌশিন তুংইন্না মরাইবক ফংজখিবা

মোনিগী থম্মোয়দি পেঙ্খিবনি।

তাইবঙ শারমচৎকী অরোনবদু তাইবঙ ফাওনা ফোঙলকপা, অরোনবদু অফোঙবা ওল্লকপদা কনানা চোল্লীবনো? কনানা লেল্লীবনো? হো হুরানবা নকোক্তা নাপী পক্রে হায়গুম্ না থম্মোয়দুতনা খঙলমগনি।

অরোনবদু ফোঙলকপা, সমাজগী অমোৎপা কয়াদু ফিজি ফিনাদা তৈখিদুনা মশক পান্না থোরকপা কনানা ঙকনিংঙাই ওইরিবনো?

মতমদি হৌখি, কনানসু ঙাইবিদে। তাইবঙ খোঙচৎসু অঙকপনি। 'অমম্বা অহীংদা কনাসু উখিদে, অরোনবা য়াহিপ্তু' খনখিবনি অদুবু মতম কৌবী লাইরেম্বী মাতনি উহৌরিবা, অদুনা ফোঙদোরকই অমুকসু পিপীগী শিয়োমুংদা অরোনবা মশক পান্না থাশিং কুমশিং পাদুনা।

নোংমা ব্রাৎপা য়াদবা, নোংমা হেনবা য়াদবা, অদুগুম্বা থাশিংদো থাবুম তারা হায়বদো।

অদুবু করিগীনো হে তাইবঙ। ঙাওনা থিরক্তা শাৎচবী লৈরাং নতোনচাবীদু করিনি খন্দুনা নাপদা থেৎনীংলুরিসে? তিম্মং পাল্লী খঙদরা?

মমা তোম্বীদো ইকাইবনা খাঙফদা, অনৌবা লীলা শান্নরকই। থানাদা চত্তুনা পিপীগী শিয়োদুগী মীতমদুগী মপা থিরকই।

লৈকায় শায়া শন্নরকই। খবরগী লামায়গী লৈতেং ওইরকই। অয়ুক্কী চা মতমদা অনৌবা মথেল ওইরকই, পিপীগী শিয়োমুংগী মপা থিবা হেদ লাইন্দা দেল্লী খবর খরগী মথেল ওইনরকই।

য়ুমথোং খুদিং থুংখরে কৈথেন মচীগী অরোনবা অহীং কায়াগী ব্রারীদো।

চীংনবা নিপা ফাদুনা থানাদা পুখৎলকই ব্রাহং পাউহং তৌদুনা ঈ-চাংয়েং তৌনরক্কদৌরেদা। চেনবা য়াদে নুংঙাইবা পাম্বা তম্বদো। মমৈদা সরেন্দর তৌরকই "ঐহাক শোয়খরে অদুনা অঙাংসি পোকপগী খরচ পূম্বা পীজরগে" য়াম্না লায়না থানাদা হায়রকই নিপাদুনা।

"অদু য়াবরা? নচানি হায়দুনা লৌশিনবা ঙমবরা?" থানাগী মোইথেম তৌবা ব্রাহংনি খোইহী চেল্লবা।

"অদুমদি হায়বিনু সার, ঐগীসু ইমুং মনুং লৈবনিনা কায়হনবীদনবা শিনবীয়ু" লাংদা থুরবা তীন্দুনি মিনা অকোয়বদা নিল্লগা মিরাং ওনখিগদৌবা।

"করিগী, নুংঙাইবা পাম্বদি খলহৌদ্রগা হৌজিক্তা ইমুং কায়বগী ব্রারক্লীবরা?" ওসি তোমচৌনা হায়রকপনি লাংদা থুরবা অচৌবা ঙাদুনি।

থানাসু পৈশা পাম্বনি। পৈশানা ঙমদবা লৈতে হৌজিক কালসিদা। ইকাই খাঙদগী মচাদু

*পোকপগী খরচ তৌখিবনি। নুপী মরুপ্তা হায়জবদগী অরোনবা মফমদা অঙাংদু য়োকপিনবা* ব্রা লোইনগ্রে। শৈশানা গুমদবা লৈতে উৎলকই হৌজিক্কী সমাজসিদা।

মতমগী খোঙলে তুংইল্লা মচানুপা অমা ফংজরে পিপীদো অনীরক শুবা ওইনা অদুবু কনা *লৈখিদে নুপা পোকপগী হরাওবা ফোঙদোকপিনবা তাইবঙদা অরোনবা মহে ওইরুবনা;* অহাওকোনগী তাওজীংদো লেম্নদি মাংবা য়াদবনা অরোনবা মফমদা য়োকপ্রে। অঙাংদুগী নমাদা শঙ্গোমগী দোনেসন তৌদনা ফনবু নুংঙাইনা য়োক্লকখি অরোনবা মদমুদা সহরদগী থাপ্লা।

অসিগুম্বা নুপী অনীগী পুন্সিগী ব্রারীদো খল্লু খল্লুরগা মোনি হুমাং অনপ্পা কারকখিবনি। অদুদগী থম্মোয় ফাথজদুনা মপুরোইবদা হন্না-হন্না হায়রকই- ‘‘ঐদি হায়রিবসিনী বামোন তোম্বী ওইজরোই।’’

রসিকান্তনা হায়রকই মাগী ফুম্বংনবা মায়থোঙদু উরুরগা- ‘‘নঙগী ইথ্মোলসিদসু লৈনীংদে, ঐগীসু নঙগীসু অনীমক য়োল্লগা অতোপ্পা মফমদা লয়দুনা লৈরুসি হায়বনিনে’’

‘‘নঙগী য়োল্লগা হেক লয়রো অদুদা য়ুম শারগা ময়াম লৈরুসি, ঐগীদি ভাড়া চানবা শাগনিয়ে।’’

শাওনীংবোই করিবোই রিসিকান্তনা শোন্থংননা হেক হায়রকই- ‘‘নঙগী ঈথ্মোলসিদা পাঙ্গনদা হেক য়োল্লগা পেনখ্রনিদা।’’

‘‘নঙগীসে হেক য়োল্লু য়োম্নীংবা মীদা, মদুসু মঙাই মখন খেন্নবনি’’ মচিনদা পোকথোক্লুনা য়াম্না মখোইদৌ শিক্লা হায়রকই।

সমাজ, খুন্নাই, য়ুমলোন কৈরোন্নবা হায়বসিসু য়াম্না লুখ্রবা ব্রানি। হৌজিক্কী খুনাইসিদা শারমচৎ মাঙ ওইনরিবা নুপীবু করিসু খন্থবা তৌদনা শারাক তম্নরিবা, মীহাৎ মীপুন নহারোল কয়াগী মোরেলবু লৈখা তানা মাঙহল্লক্লিবা অসিগুম্বা ময়ামসি নিশানা মরু ওইরকখিবনি।

মোনিনা অঙাং ওইরিঙৈদগী খঞ্জরকপা ব্রাখল কয়া ঙসিদি মঙদা মঙ ওই মাঙখরে, লেম্না নুংশা মঙান্দা মাঙখিবগুম, মালংদা শাবা ফুরা নুংশিৎকী শাফুদা হুমদোকপিখ্রে।

নিশাগী য়াওনদা অকোয়বগী নুংশিৎপু নোংমা নোংমগী পোলুসন তৌশিল্লক্লীবা। মোনিনা হায়জরুবা খুদিং মপুরোইবনা ওন্ননা ওইনা হেক্তা লৌখি। উংখৎনবা কয়ানি, খৎন-চৈনবা ফাও য়াওরকই।

চারোন-শুরোন কয়াগী খল্লুরগা মিপাইহরিবা, উপায় লৈত-লৈত লেল্লকপনি। খন্দ-খল্লুরগা রিসিকান্ত অমদি মোনি য়ুম হোংগে খল্লুরবনি। মতমদি অসুম হৌখি। অঙাংশিং চাউশিল্লকই। য়োনবা লয়বগী থবক অমত্তসু পাংথোকপা য়াদদুনা লৈরকই।

ইম্ফালদা থাংমৈবন্দা ইথ্মোল লয়নবা হংনরুবদা য়ুমসু য়াওদনা লমমচেৎ অমগী মমল

য়ামলেমখৈ হায়রকখিবনি।

অথ্যাত্মীক্কী পুন্সিদা খোঙদাশিল্লকই। পুন্নীংগী অরাংবা নেমথখিদুনা মপানগী ব্রাখল থাদোকুনা নুংগী ওইবা ব্রাখলনা মপূং ওইরকই।

পুন্সিসু ফনা হৌজিনখি। অসুমনা অঙাং ওইরিঙৈগী খোয়রেন তাফম ইপা ইপুগী ইথোলসি মোনিনা মন্দিরনি খঞ্জরকখি।

# চম্প্রা অনী

কালেন থাগী ২১ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎনি। নুমিৎসি ঐহাক ইমুংগী মীওইশিংগা লোয়ননা মোইরাং হরাওবা য়েংবা অমদি থাংজিং খুরুম্বা চৎলুই। অঙকপা নুংঙাইবরা থৌদোক কয়াগা যাত্রদগী লোয়নরকই, 'খুদোং থিবদি হৌনদুনা লাকই শাগী শা, লানগী লান 'হায়নবদা চপ চানা থোক্লীবনি। ঐগী নিতিগী পুন্সিদসু অরেপ্পা লৈতনা থোক্লরি। এঃ মহাক চৎগ্রবদি ঐদি লৈহৌবা য়াদে, মানা চৎপদা ঐসু চৎতবা য়ারোই ঐতনা চৎলবদি খাঙবদা কয়া ব্রারোই' মতানি। মরী মরী অথাপ্পা অনকপা কাঙলুপ কাঙলুপ চিংথবা নাইদে অমত্তা থাক্তে। লৈমিন্নবা অসি ফাও য়ৌনা ইমাগী ব্রাঙাং-লীচৎ অকনবা ব্রাহৈশিং হৈশিংলবা লালগী শেম-শারবা ঙাক্তনি। ঐগীদি কদায় হৌজিক ফাওবা লাম্মী অমতসু লৈত্রি। ইতোমতা খুৎলাইসু য়াওদ হায়য়ু করম্বা মওংদা ইশাবু ঙাকথোকচগনি?

খুরুম্বা হল্লক্লে, মরাং-মরাং মনীং মমাঙ অব্রাং-মখা, অয়াকপা ব্রাঙাঙ ঐগী থম্মোয়দা অকনবা শাফু, কু ম্মৈ য়েংবীনবা কয়াসু ইব্রাৎ ব্রাৎতে। অমতসু চিথদে মায়গৈ খুদিংদগী। মরকসিদা ইচেনা চম্প্রা অনীখক পীরকই। মখোয় অনীদু মথোৎ কারকপা লৈশাবী পাখঙগী পাঙথক্লী। চপ-মান্নে, মপূং মরৈ ফায়, খেন্নবা লৈতে।

মচু মখেল, শভা মাইদা অসি ফাও য়ৌনা মিনোক মিচৈ, ব্রাঙাঙ শঙাঙ, মীৎয়েং নায়েং চপ চায় শাপ্পা থায় মসিমনা খরা হেল্লী হায়নীংঙাই লৈতে। করম্বা হৈ পাম্বীদা মপোক তম্বনো? করম্বা থাগৎনিঙাই ওইরবা হৈকোন মপুগী খুৎথানো? কয়াম হৈ-শিংবা খুৎশেমনো মপু মাগী? কয়া হৈবা সাইন্সতিসনা শেম্বা হারনা য়োকপনো? ঐগী জ্ঞান তাদ্রিবা অপঙবী ব্রাখলনা লাম্বা ফংদে। অদুবু জগত্তা অদুগুম্বা হৈকোনগী মপুসু অদুগুম্বা হারদুবু পুথোক্লীংবা নিপাদুসু ঐগী থম্মোয়না থাগৎতবদি মঙমলোইদৌরে।

অদুগুম্বা ফজরবা মপূং মরৈ ফারবা হৈরাং অনীদু পুরকপনি ঐগী ইচেনা ঐখোয় ইমুংদা। ইচেদু অদুগুম্বা পোৎতা মতম চাদনা, দরকার লৈতনা লৈগনবা মীদাসু নত্তে।

ইচেনদি ঐঙোন্দা ফাগি তৌদুনা ''লয়রকপনি চামিন্নসি হায়দুনা'' য়াম্না নুংশিবা উৎতুনা হায়রক্লীবনি ঐবু উৎ চাইগদবগী লাক্লরি। অদুবু ঙসাইগী হৈ-শিংলবা চম্প্রা অনীদুগী মরক্তগী অমনা; খঙহন্দ্রিঙৈ চাথোকপনা হানখিবা থোক্লবদি, মবানিগী পুন্সিদা মৈচাক্লা

লোয়ননা কলঙ্ক অমা লৈহৌবা তারে মতানি। মখোয়বু লয়দুনা পীরক্লীবা মপুদুনা মবানি তৌমিন্নরু হায়না থারকপা থবক্তু মখোন থোক্তবা ব্রাহৈনা ঐঙোন্দা ঈঙ্গিৎ তৌরকই, অরোনবা লোন্না মবানিগী পরিচয় তাক্লক্লিবনি।

অমনা অমুক থবক্তু পাঙথোকপদা ভাবোক ওইরুরবদি তৌবিমল খঙদবা তাখিবা তারে মতাগুম ব্রা কক্তুনা নঙহৌরোই মতানি, হেনখিনি মওংনি, মপুনা পাখোন শিরকপা থবক্কী মরম তন্নক্লে।

সংসারগী লীচৎ ওইথোক্তবা লৈতে। ব্রাবনা চাং হেল্লবদি নুংঙাইবগী ঙমখৈসু থিবা ফংদে। মখোয় অনীগী মপু নীংবা, ঐঙোন্দা উৎলক্লিবা তৌবিমল খঙবা মতৌদু উবদা পেন্দনীংঙাই লৈতে, ঐদা নত্তনা অউবা খুদিং পেনগনি। করিনা হায়ববু ''ফজবা হায়বসি মফম খুদিংদা জয় ওই'' হায়নবা লৈবনা ব্রাফমসি পূম্নমক্না য়াবিফমসু থোকই।

অমরোমদা লান্মী থোমজিল্লকপগী মওংনি। অঙাওবগী চোয়রোন লানশিংনরক্লে। ঐগী পিক্লবা থম্মোয় লমপাক্তা অকনবা লাল্লোংগা লোয়ননা ঐগী মোত্তা থাইনগী মঙাগা চাম্মগাগী কুরুক্ষেত্রগী লান্দগী শরুক চাম্মা হেনবোই নিংলুরে।

লাঞ্জাও অমদা থাইনা তেন; গদাগী লান ওইরম্মী, ঐগী হন্দক্কী লানসিদদি বোম, তোপ, সবমেরিন, মিসাইল, অদুনা লোয়রোই, অপানবদনা খঙগনি, ঐনা থাবা ঙম্বা নত্তে।

লাঞ্জাওদো নুমিদাংগী পুং ৮.৩০ তারবদুদদি মহৈ-মহৈ চোকথরদুনা য়েক্লবা তরামক পোখানীংবগী মওংদা নেমথনরক্লে। ভাবকসু কায়খরে। অদুবু হন্দক্কী লান্মীশিংসিদি খাম্বীনবা মমাংদা অকন-অরিং শীংনবা অপঙবগী থবক্কী হায়বা উবা খঙবা ঙম্বা ঙাক্তনি অমদি মমূৎ তানা, মনুং ফাওনা উবা ঙম্বা ঙাক্তনি। অচিকপদা হৈনবী ঐতবু ঙকহনবা অঙকপা মন্ত্র পুবা হুরানবা ফানবা হৈকোল লৈকোলগী উখোঙ ব্রাখোঙ লুম্বা, মতুংদা অচেংবা পায়বা হৈবা ঙাক্তনি।

মরমসিমক্না ইতোমতা চৎপা তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈরম্মীবনিদনা। মতৌসি উবদা ঐদি জগৎসি আই ভি য়াম্মি খঙনা খঙনা ইশাগী ফিভম খঙলবসু খুৎথীবা নংলবনা অপঙবা লাকশিনবা ঙম্ন্রা য়েংনীংবদুম পোক্লক্লে।

অখাকপা লৈতনা অরোনবা লানপাউ নুংশিৎতা থা ঙক্তবসু ঐঙোন্দদি খন্নসি ঙাইরি। করম্বা সাইন্সটিসনা অসিগুম্বা কান্নরবা মতম মাংহন্দবা, ষ্টেসন নাইদবা, লায়র ইনাকখুনবা খুদিংমক্কী নাকোংদা তাবা ফংহনবা পোৎশক্তি য়েংবদা উদবা অসিগুম্বা মখনগী ব্রায়রলেস রেডিয়োসিবু মার্কোনিদগী কয়া হেন্না হোৎনবা কনবনো ঐগী ব্রাখল লাম্বা ফংদরে, অদুগুম্বা নিপাদুগী মরমদা শীংথাবা ঙম্বগী।

মপুগী থৌজাল ফংলবা ওইরমগনি মহাক্তো মশক উদ্রবসু ফিভম খঙলুদ্রবসু, অদুগুম্বা সাইন্সটিসতো ঐগী লান পাউসি য়েক্লবদা নত্তনা ভাবোক ফাওবা অমত্তা চিংখদনা অঙাং নুবী মথোক কাবকপা, উচেক য়াব্রা হুই-চিৎথদনা, অঙাং নুবী মথোক কারকপা, উচেক য়াব্রা হুই হৌদোং ভুমিৎ কাং য়ৌনা তাহন্দনা জগৎ কুম্মৈ নুংঙাইহনবগীদমক্তা অসিগুম্বা পোৎশকসি পুথোকপিবম্বা মহাক্তদি লাইগী শক্তি লৈরবা মীওই অমা ওইরম্বা তাবনি হায়জনীংই ঐনা।

ঐগী পুন্সিনা মহাক্কী লমন শীংনবা হোৎনবদা ঙমদদুনতা লৈহৌরগদবনি, ব্রাখলসি খল্লুরগা নুংবংনৈ।

করম্না, অমদি করম্বা পোৎশক্না মাগী লমন শীংলসিগে খল্লুবতদা অব্রাবা অমসু ওইরে ঐদি। মহাক্কী হৈ-শিংবা অমদি ঐবু মতেং পাংবগীদমক্তদি হন্না হন্না থাগৎচরিবনি।

কনাগী পাউনো তন্নরিবা ঐগী অতিথি চম্প্রা অনীদো, ঙাইহাক ফাওবা য়ৌনা মীৎমাংদগী হেন্দোক্তে ঐনা য়েংথোকখিবা মপা-চানা কাগী চিদায় অমদা পাউ নোৎশিনগদৌবগী থৌরাংলবা মীৎয়েংনা ঙাইদুনা লৈরি, অতিথি সেবা ফাও থওইদে।

কয়াদা মপু নীংথ্রবনো দূত অনীসে। ঐনা থাবা ঙম্বা নত্তবনা ময়ামগী মফমদা শিন্নথোকচরে।

মথংগী অয়ুক পুং ৯ তাবদা ঐদি হোবে হোবে তৌদুনা "ওফিস থেংখিবা তারে, ঙাইহাক য়ৌরুখিগে, হল্লকলগা ঐগীসু দূত থাজরগে লান লেপ্পনবা" হায়রম্লগা চৎলে।

ঐনা ওফিসতগী কুম্নকপদদি নুমিত্তো। নুংশাসু খর কল্লপ শাখিবনি কালেন ওইবগী হৌনশা, পূকচেল চাউরবা চম্প্রা অনীদো মীওই খরনা ওৎপা হেলমল্লনি খল্লুরমাল্লে, নুংশিজরবা ঐগী অতিথি চম্প্রা অনীদো লোয়শিনবীরমলেদনা। মখোয়বু তরাম-তরাম ওকপিদে হাযনা ব্রারৌখিবরা খঙদে ঐদি হেন্নদুম খোইরাংলকইদকো।

মশক উরিঙে খরবু শাফরম্মী। উদরবদুদদি করি পাউ তম্নুগবা? করম্বা লাল্লোং শিল্লুরিগবা? নুংঙাইতবা অমসু পোক্লকই অদুগা নুংনাংবসু হৌরকই।

কুইদে ঐনা নীংলম্বা চুম্নকখি "ব্রায়র্লেসতা লোইশিনবা য়ারোইদৌরে। পাঙ্গল কনবনিনা হরাও কুম্মৈ বজাই বেঙ্গুলগা লোয়ননা লানবন তুম্নক্লে" হায়বা। পাউদুসু পাউমীদুনা নুংশিৎতা থুনা য়াংনা থারক্লি। মখোঙ য়াংগ্রে, করি করম্বা ফিজিকেল এক্সর্সাইজ তৌরিগবা? ঙসি ফাওবা ভাবনা লাম্বা ফংখিদরে।

# লিশংনু শাফবী

নোংমা কোরৌ নোংজাদা লিশংনু শাফবী পাম য়ানবা চৎলি। মপা পম্বৌগী খারি লৌবুক্তনি। নুজা ওইবী তনৌবী পম্বৌগী খরা লৌবুক্তগা মানা য়ানবা ঙমগদবা লমখৈ লেপথোক্লবা শিংমুৎ-শিংনাং খর ফে ায়রদুনা মদু য়েন্দুনা পনখৈ কোয়শিন্নুই। কোয়না চৎলুরগা নুজা খাঙচে মচিলাং লোইমোম খারি লৌবুক্তা তেংপাক য়োৎলৈ কাংলি।

নোংমদোন লাইরেন পাখঙবনা নুজাগী মতৌ উরুরগা তিল্লাং মাগী খোইদারুরমাল্লে। খোয়ুম মানা তাইবঙ পাখঙ শাদুনা লিশংনুনা খারি লৌবুক পাম য়ানফম তাম্না লাক্লে। য়াম্ন ।শাংনা লাকপা, খুল্লানবা শাদুনা অব্রা-হুইজোং লাংবা ইখৌলাংবা শাদুনা হায়রকই- 'নুজা! লমদম তাম্না লাকপদা লাইজ ইখৌ লাংবনে খনাউ চরম কং খরে, লাইজ য়াওরবদি খরদং নিজগে?''

''ইবুং ওইবা! লাইজ মরাং কায়না য়াওজরি, ইখৌলাংবা কোকপিয়ুনে।''

অসি হায়দুনা নুজানা পুরকপা ঈশিং উতোংদু পাখঙদা লানশিঞ্জরকই। অদুবু পাখঙ লাইজ লৌদেদো। হায়রকই- ''নুরা ইবেম্মা। পাখঙদি মমল য়াওদনা লেম্না লাইজ থকচরোই পাখঙগী শিম্থা অমতং হাম্না পীবিয়ুদো, অদু শুজরগা কোম্না লাইজ থকচগেনে।''

''করি ব্রানো ইবুং। লাইজ খরদং থকপবু করিগী শিম্থা পীবনো?''

''নুরানা শিম্থা পীদ্রবদি পাখঙসু লাইজ থকচররোয় খৌরাংনা অদুম হলব্রাইরগে।''

''পাখঙগী পাইমনা অদু য়ৌনা খল্লবদি নুজাগী লৌবুকসে য়ানবীরম্মুনে।'' উপায়-গতি লৈতদুনা লিশংনু হায়রকপনি।

''নুজাগী খুৎশু য়োৎতু পীরকউ।'' পাখঙবা খারি লৌবুক য়াননবা খৌরাং তৌরকই।

''লৌবিরো'' অসুম্না লিশংনু শাফবীনা খুৎশু য়োৎতু পাখঙদা পীরকই।

পাখঙবনা লিশংনুগী খারি লৌবুক্তা পাঙলবা পাখঙ অমনা তৌবশুম তেংপাক য়োৎলৈ কাংলকই। ফনা শাংনা য়াল্লে, য়াম্না ব্রানা তাইবঙ পাখঙনা হমাং ইরিক তাবশুম তারকই। অব্রা-হুইজোং লাংবা শাদুনা ঙাইহাক পোত্থারগা অমুক হম্না য়ানবা হৌরকই। অসুম্না ঙম ফনা শাংনা তৌরবা তুংদা লিশংনুদগী লাইজ নিরগা থকই। নুজানা লাইজ হৈজরি পাখঙ পেম্না থকচখি।

লিশংনুনা থোংদুনা পুরকপা তারা চাকয়োম থোক্নুনা পাখণ্ডদুসু পীজনবা থৌরাংজরকই।

নোংদা লাইরেল পাখণ্ডবনা পাইমা পিবুকুংদা থম্লকই "নুজাগী থম্মোয়বু শুমহৎপা ঙম্ননি অদুনা তারাসি চারগে।"

অসুম্না মথোয় অনী তারা চাকয়োম চাবা লোইরদুনা পাখণ্ড হলব্রাইনবা ব্রাখল তৌরকই। নুরা ইবেম্মা। পাখণ্ডসু খুল্লাকপনি, লমদম শাংনা চৎখিগদবনি, নুমিৎনা নারন ব্রাইদ্রিঙৈ থোঙশানখিবনা ফরনি। হলব্রাই থরগেনে? নুতি নোংবুম খুদিং নুরানা পাম য়ানবদা মরক মরক্তা পাখণ্ডসু য়াওজরগেনে নুরাও?"

অসি ব্রাদি হায়রদুনা পাখণ্ডবা হলব্রাইখি। নুরা লিশংনুসু নুমিৎ লৈরিঙৈ ময়ুম মায়কৈ পাংলকখি।

লিশংনু থাঙ্গাল খুল্লাকপগী অমতা পোকপী মমোমনি। পলেম নৌনা কায়নখিবনা, পম্থৌনা নাউকোল্লকপনি নুরানা লৈশা কাংদোং ফারক্লবা মতমসিদা পম্থৌ ওইবা খুল্লাকপদো কলাপ কুরুশুং হনুমালে কারবনা পামলৌ য়ানবা ঙম্নক্তে, মরমসি লৈবনা নুরা লিশংনু শাফবী পম্থৌ খারি লৌবুক্তা কুমগী মরু-মরাং হম্নবা, পান-মাইরেল থানবা পাস য়ানবা লাকখিবনি।

পম্থৌ মপা খুল্লাকপদো, মচানা চাউর কাংদোং ফারদুনা মপাগী থৌদাংবু মহৎশিন্না পাঙলুই তাবদা পায়মা থৈনা পেঞ্জখি। মপা-মচা তারা থোংদুনা চীন্দমজরে। নোংমাদুমা লেল্লেদো।

*মথংগী নোংনা ঙাল্লগা, নুজাওইবী লিশংনু নিতিগী মতৌশুম তারা চাকয়োম, লাইজ* উতোং পুদুনা খারি লৌবুক্তা পাম য়ানবা চৎলি। পাখণ্ডবনা খুঞ্জা পাখণ্ড শাদুনা নুরাগী মতেং পাংলখিবনি।

অসুম্না মতম শাংনা শুরকপনা পম্থৌগী লৌবুক্তু মহৈ মরোং হনবা য়ানা য়ানবা লোইখরে।

*নিতি নোংবুম খুদিং পাখণ্ডদুগা তারা চীন্দমমিম্নৈ পুরিবা চাকয়োম থোক্নুনা লাইজ* থকমিম্নৈ উতোংদগী। মতম থোঙলে তুংইন্না হৈরাং লোঞ্জানরকই, লৈরাং লোঞ্জিম্নরকই। লোয়দাম নুমিৎ মশীং য়াম্নক্রবদুদদি খুঞ্জা হৌনা থঙনরকই অউবা-অতাবা কোঙ্গাই য়াওরকই।

খুঞ্জা পাখণ্ডসু মানদে, লাইরা মীরা থঙদবা পাখণ্ড অমা লিশংনুগা পাম য়ানমিম্নবদো খুঞ্জানা য়ানীংলক্তে।

নোংমদি খুঞ্জা হৌদুনা খুল্লাকপগী য়ুমদা লাক্রে। অহল ওইরবা খুল্লাকপদুদা হায়রকই- "খুল্লাকপা! লিশংনুদি মীরা-লাইরা মশক থঙদবা পাখণ্ড অমগা পাম [illegible] লোঞ্জানৈ, লৈরাং লোঞ্জিননৈনে"

"করি য়াব্রানোনে?

কুন্দো পরেংগী হক



"অচুম্বনি মসিদি খুনসিগী পাখঙ লৈশা হৌরক্নী। অসিগুম্বা শায়মচৎপু চৎলিবা সিদি শরিৎ শরাৎননিংঙাইনি খুল্লাকপা!"

"ইয়া! খঙগনিদো ঙসিদি ঐগী ইকাই ফিরুপ খুম্নবা শায়মচৎপু চৎলবা শরি নামুংনবা থৌশিনবা ইমোম ওইবী নঙনা?"

অসুম হায়না শাওরকপদে খুঞ্জা লোইনা হলব্রাইখি। খুল্লাকপদো অশাও খাম্বী মৈব্রাই মীৎম্না অনীদু মৈবুলমুক ঙাংলেদো। মমোয়্না হলব্রাইরকপা ঙাইদুনা থোঙ্গান্দা লেপ্তুনা লৈখরেদো।

খুঞ্জা পূম্নমক অশাও খাম্বী মৈহৌরম্নগা মরান য়াইদা ঙম্না হলব্রাইখরে।

নুমিৎনা নারন ব্রাইশিনখিবনা লিশংনু খোঙকাপ খজিক লাওরকই। মরান য়াইদা থুংলখি। থোঙ্গান্দা লেপ্তুনা পম্বৌ মপানা শাওদুনা লৈরম্বদু উরুবদা কিজখিবনা নিকখিবদগী খোঙ থাংবা থোকখিদরে। শুমাং মচি য়ৌরকপদা "করিনো ঐনা তারিবসিবু, ইমোম?"

"ইপা ইবুংঙো। নমোম ওইবী ঐহাক্নী। নুজা ওইবী মপোকসি ওম্মোক্লসু তোনম্রে।"

অসুম অশেংবা য়াব্রাদু পাউদমলকই খুল্লাকপদা।" নমোমনা লানখিবদু ঙাকপিয়ুনে পম্বৌ অপোকপা।

'চৎখরো। চৎলু খুনসিদা লৈবা য়ারোই, অহল ওইরবা নপা ঐবু ইকাই ফিরুক খুমহনবা ...।"

অসি হায়দুনা খোঙপাক্লা কাওখিববু লাইবক খেলাইথোঙদা। নুরাদো শমগাকোম্লনা শুমাংদা হাইথখিবনি। খূৎশু খূৎলাই পুরকপা পোৎ পূম্বা পূমচাই চাইখিবনি। লিশংনু ঙাইহাক ব্রাম্বদুনা তাখি। মতম ঙাইহাক পুঙ্গোই লৈরগা জ্ঞান তারকুনা তপ্না তপ্না কাঙ্গাং কাঙ্গাং হৌগৎলকই। খুদক্তা অমুক মপানা চৈ-থাংলকই- "চৎখরো চৎলু লমচৎ নাইদবী শায়মচৎ চৎপী।"

"ইমা। নমোমগী অব্রাবসি উবিদ্রবরনে, তাইবঙসিদা লৈজনীংদরে। সনাগী কৈরাক থাদরকউনে, নচা ঐবু পলেমগী হৈনা ভুং ইনজরক্লগেনে, নমোমবু পঙলবী পাঙ্গল শোনবীদি পম্বৌগী সেবা মতোন লোম্বা ঙমলোয়দৌরে। খুরুমজরি পম্বৌ, ঐবু পোকপী ইমাগী খোঙ্গুল লীজরুখিগে।"

মমোমবু খামদে চৎখ্রগনু হায়বগী মতানি। খানা য়েংদুনা চৈরকখি।

লিশংনু পিরাংনা অরা-অরা শিম্বরদুনা মম্নবা মতমসিদা য়ুমদগী মপাম্বোকখরে। অমম্বা মরক্তা খর অমুক চৎ অমুক লেপ, মায়গৈসু খঙখিদরে, চৎফমসু খঙদে, চৎতবসু য়াদে, চৎপদি লেপ্তুনা চৎলি, কদায়দনো হায়বসু খঙদে। নুজা পাঙ্গল শোনবীদো মতম কুইনা নোঙ্গাখ্রবা পলেম মমাবু নীংশিং-নীংশিং চৎলি, অমুকসু কপ্নী হীক হীক লাউনা।

থাসিরমদাইগী অহীং, শুক্লা মন্নবা চীংমায়দুদা অহীং নোংশোয়বা খোঙশান্নকপনি। নোংঙান্নমদায়গী অমম-অঙান শিন্নরমদায়দা চাউরবা নুংপাক অমা উরকই। চাউরবা, শীরবা উজাউ অমগী উখাদুদা। থাঙ্গাল খুনগী ব্রাংমা লাম্লে হায়রগা।

নুংপাক থক্তুদা ব্রাম্নদুনা তাখরে। মতম খরা অব্রাবা পোথোক্তুনা য়াতাক্নরবা মতুংদা লিশংনু হৌগৎলকই। অসি য়ৌনা ব্রারবা কানসিদা, মশানৌনা অব্রাবা নংলবসিদসু পাখঙবনসু থিরকখিদে, পম্থৌ মপানিংথৌনসু থিন্নকপা লৈখিদরে। লিশংনু অঙম্বা চীংমায়দা চৎতুনা হৈরাং চাবা য়াবা থিদুনা চাই। উনা শিংনা চাবা য়াবা হেক্তুনা চাই। লোকখাদা কুমদুনা লাইজ ঈশিং থক্তুনা ব্রানা হীংজরকই।

অদুবু কনাগুম্বা জীব অমত্তগসু উনদে, শা-কৈনচিংবা শাহিং চাবা জীব অমত্তনসু শোকপিদে। কনা অমত্তনসু মতেং পাংনবা লাকখিদে। অকি-অখং লৈতে। চানবা লৈতবনা চারাদি হেল্লী চনুরাদো। শিদোক্নসি শিঙমদা ব্রাবনা পঙ্গেংলক্লে। পাখঙবা মানসু থিরকখিদরে।

নোংমা নুমিৎ অমদি চাউরবা উজাউ পামেন মউদু য়েংদুনা তপ্না তপ্না হৌগৎলকই অদুগা হায়রকই- "হে পামেন উজাউ অচৌবা, নরুম থুপ্না লৈজরকপনি, থা তারা ফাজিল্লক্লে। ঙসি ফাওবা কনাসু লাকখিদরে, হে উপাল ওইবা, ঐগী ইমা শক্নবা, ইপাসু শক্নবা, নঙনা ঐগী চেঙলৌ শকউহৌদ্রবা ইমাদো.. অদুমক্লী খঞ্জরগে।"

উপালদো চেৎনা কোন্দুনা লৈখরে। মরাইবক্লা উদুদা দং দং শুবদুদা লাইবক্লী কুরাংবান উনশা তৎলদুনা ইঙা-ইঙেলগী নোংজু পাঙখক্লনা ঈতনা চুথরকখিবনা হেনমনখিবনা লিশংনু লৈমায়দা তিংদম ব্রাম্নদুনা তাখরে।

তাওবীরোই, তাওরোই নাই অমদি ভুবী লাইরেন লাখঙবনা লৈফমনি। লিশংনুগী মমানা লাইরমলেন্দগী য়েংবা ঙমদরে মমোমগী মতৌদো অদুঙৈ।

ঈনা লেখোঙ চেন্নবা, ঈখেংতনা ফিরাংজিগুম থারবা লৈমায়দা তিঙ্লোক তাগুম তাদুনা লৈখিবনি নুজাদো।

লাইবমলেন্দা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনীনা নুরাগী মতৌ য়েংবা ঙন্নদরে অদুঙৈ "নপারীনা তাংজ মক হনখিবা অঙাংদো মাংফদবনি লৈমরেন নঙবু কবি থল্লী, ইশানৌ?" "লৈমরেম্বী ওইবী ঐদি ইশাবীগী য়াথং ঙাইজবনিদো ইশাবী"।

"অদুহিকপু ওইরদি ঐনা পাম্বা কৈবেন শাইওন ওল্লগে লৈমবেম্বী নঙনা শাওম অমোম ওল্লোদো, ইশানৌ।"

অসি ব্রাদি কোল্লোয়না নোংমদোন অতিয়া তরংদগী নোংথাং লৈগুম কুপখিবনি। লৈমায়দা যৌরকপনা হানখিবনি লাইনিংথৌ লৈমারেম্বী অনীনা অনৌবা শাইওন লৌদুনা কৈজাও ওন্দুনা লিশংনুগী লুখুমদা চাউশেন শেন্নদু লৈখরে, অদুগা লৈমারেম্বীনা শওম

অমোম ওল্লদুনা খুয়াদা ফমশেনমদুনা লৈখরে।

লাইগী নোংদম অঙকপনি। শিরগনি হায়না উজাউ কুরাং য়ৈশিন্দুনা ঈখেং-ফিরাংগী থক্তা তাদুনা ব্রাম্বখিবা লিশংনু ব্রাম্বরুবদগী তপ্না তপ্না জ্ঞান লাকই, তুন্নুবগী পাঙথক্লুম কাঙ্গাং কাঙ্গাং হৌগৎতুনা মীৎন্না লয়দুনা য়েংলকই। ইহান হান্না লুখুমদা লয়দুনা য়েংলকপদুদা চাউরে হায়রবা পাম্বা কৈরেন্দুনা ফন্দুনা মাবু শংব্রিক য়েংদুনা লৈরম্বদু থেংনরুই, কিজবনা নীক্লকই, অমুকসু খুয়ারোমদা লৈদুনা য়েংলকপদা চাউরে হায়রবা শওম অমোম অমনা ফমশেন্নদুনা লৈরম্বদু থেংনরুই।

লিশংনু কিরুবা পূম্বা থাদোক্তুনা খল্লকই "ঐগী হকচাংসে চাননবা মখোয় অনী মুন্নরম্বা ওইরিনি। অব্রা-হুইজোং লাংদুনা মবানি তুমিন তুমিন লৈরিবাজাৎনি, অদুনদি ঐগী হকচাংসি কৈজাউসিদা ওইনা পীজথোকলগে" অসি ব্রাদি খল্লদুনা মমীৎ চেজেৎ ওইইশন্দুনা কৈজাউনা লৈবা মায়কৈদা চোংশিল্লুই। তাপ ওক্তুনা ফৈবমননা পম্বীরে, শিৎ শিৎ নান্দুনা নুংশিনা য়েংদুনা লৈরেদো।

অদুদগী অমুক অঙকপা অমা ওইরদুনা লিশংনু "অদু ওইরদি শওমদা ওইনা পীজথোকলগে" অসি খল্লুদুনা মমীৎ উইশিন্দুনা শওমদা অমুক চোংশিল্লুই।

শওম অমোমদুনা খুদোংনা অমুক ওক্লদুনা শীৎতনা- নান্দুনা লেকপিরকই। লিশংনুনা অমুক খল্লকই "ঐসে মাংবা ওইরমাল্লে, কনামতনসু ঐগী হকচাংসি চাবিনীংদরে।"

ঙকপগী পনখৈ লৈতরে। করি নোংদয়ো। অসিবু। লিশংনু শাফবী কৌবী নুজাদো, করি তৌফম খঙদনা থৌনু নুংপাক্তা ওন্দুনা নাওয়েক খাঙজরকই। মতমগী খোঙলৈ তুংইন্না নাওয়েক মতম কুংশিল্লকই। ইমা লৈমরেল্লা লাংওনবী শওম অমোম্না মায়োক্লবী ওইদুনা কূপ্ন া শেনবীরি, কৈজাউ ওইবা লাইনিংথৌনা চাউশেন চাউশেন শেনবীদুনা লৈরকই।

লিশংনু নাওয়েক নাওশং কুংশিল্লকই। নুংপাক মথক্তা ওম্মোয়না খাঙলকই। নাওয়েক নাওশং লোইদুনা অঙাং তারকই। শওমনা খোয় ককলে, শিৎনা নান্দুনা শেংদোকপিরে। মপারী অমা ফংজরেদো নুরাদো। পারী খোল্লাং ইনখরে।

লিশংনুনা মপারী অমা ফংজবদুদা নোংমাদোন থক্তগী লৈরাংনা নোংগুম খিকথরক্লে। নোংমা নোংমা হৌখিদুনা নুমিৎ হুমনি শুরক্লে লাইয়াম্না পায়মা খৈনা পেঙ্গরে। উচেক ম্নাব্রাশিংনা উনবী পূক্লিং চঙলকই। নুরা-পারী অনীনা তেক্ত কায়দনা উবদা উনবী পূক্লিং হুনরি, লিশংনু য়েংনা য়েংনা থাবুম অমা হৌখরে, থাবুম অনীসু হৌখরে, খঙহৌদনা অব্রাবা পূম্বা কোকখরে, মপারী য়েংনা য়েংনা খঙহৌদনা অব্রাবা পূম্বা কোকখরে, মপারী য়েংনা য়েংনা হীংলকপনা লেতাইদাম থাবুম অহম শুরকলেনে। অব্রাবা পূম্বা কোকখ্রে, মপারী য়েংনা য়েংনা হীংলকপনা হৈনবে, ব্রাখিদরে।

নোংমদি কৈরেন কৈজাউ ওইরিবা লাইনিংথৌনা শওম শক্তম লৌরিবা লৈমারেম্বী য়েংদুনা চীংগোই য়াব্রা মপাউ মেঙ্গরকই- "লৈমরেম্বী, ইবানিনা নোংমদোন নোংগানবা খৌরাং তৌরসিনে ইশানৌ। ইয়ুম মোংবা ইরানয়াই থাদোক্তুনা নোংগুম্নকপা লোইদাম থাবুম অহম শুরক্লেনে।"

"নশানৌনা ফিগাওশানা য়াজরিবনি নয়াথং তাকপিরকউ ইশাবী।"

"ইবানিগী শক্তমসি হোংলসি অদুনা লিশংনুগী হীংজনবগী ফিভমসু শেম্বীরসিনে ইশানৌ।"

"ফগনি লাইনিংথৌ"

লিশংনু মপারী খোন্নাং পীথক্লী য়েৎ-ওই ওন্না ওন্না। মতম অসিমক্তদা য়েংখঙলকই। য়েৎতা লাইনিংথৌ ওইদা লৈমরেম্বী অনীনা য়েৎকা ওইগা ঙানথোয়রম্বদু থেংনরকই।

নোংমাদোন অতিয়া মকোয়দা অরং অরাক্লা লৈতেংবগুম চীংউ লাইনিংথৌ লৈমরেম্বী অনীগী অব্রাৎপা লৈতনা ফজরবা শকফম উরুরগা ঙাইহাক শংব্রিক য়েংজরকই। হকচাং থক থক নীক্লকই। ঙাইহাক লৈরগা পূক্লিং ফাথজদুনা থোৎনা থেঙনা হঙ্গৎচরকই- "হে খোইযুম লাইনিংথৌ লৈমরেম্বী ওঃ খোইয়ুম নপাউ শেংবীয়ুদো পম্খৌ কনাগী শাইওন্নো পলেম কনাগী শাইওন্নো।? লায়ররবী পাঙ্গল লৈজদবী নমোমনা খুকমজরি ঙাংলৌ, খুয়া খাদা হন্না হন্না।

"হায় হায় লিশংনু শাফবী কৌবী, ঐসে লৈমরেম্বীনি। নঙগী শিয়োমুংদা হৈরাং হৈরু থাখিবদো ঐগী পারী ইবুংঙো পাখঙবা মাগী ঈনি। মসি মাঙবা য়াবা নত্তে। চরৈ ফিমাং শেৎফদে, চমাং চাবা য়াদে, মোইরাংদা ফম্নাইবা অমা লৈবনি। তিল্লী লাইরী খঙবনি। মাগী মফমদা থব্রায় হীংনবা লৈরুবা তায়। কোলোয়দি অঙাংগী হী য়াই মঙান লৈবা লাইনিংথৌনি সনা" হায়বা অমা অদুদগী পাখঙবনাচানবীবদগী ফজবগী 'সনাহল য়াইরম চাউ' হায়না খোল্লগে অদুগা লাইনিংথৌনা কোয়াং মতাং তরেৎ পানবা অমা পুথোক্তুনা পীবিরে- "চৈসি পায়রগা মোইরাং লৈবাক্তা য়ৌখরো। চৈসে মাঙবা য়ারোই তোঙান তোঙানবসু য়ারোইকো।

"চীংঙু ইবুংঙো, ননাইনা নাহলমুক্কী মপোক্তা করি পুন্য তৌজরক্তুনা লাইনিংথৌ লৈমরেম্বীবু উজবা ফংজবনোনে? ঙাকপিগনি লাইনিংথৌ, ননাই লৈকুমজখরগে।

"সে লিশংনু! অব্রাবা মতমদা লাইনিংথৌ লৈমরেম্বী কাউগনু, নশাবী পাখঙবসু লৈরিবনিকো।

খুদক্তা নোংথাং মশেক্লুম লংলম্নগা লাইনিংথৌ লৈমরেন মাঙখ্রে।

লিশংনু নাহোংদি লৈজদ, উরী 'মা চিংথরগা নাহোং ওইনা শারদুনা নব্রা পোজরকই।

মহাক অচুম্বা ঙাঙবী, পূক্লিং তুথূপ লৈতবী অশেংবী নুজানি। উপান্দুদা চঙশিন্দুনা

লাইবক কৎলি; নুংপাক্তুবু খুরুমজে- ‘‘নঙনা ইমা-ইপা শক্লা য়োকপীরকপনি। খুরুমজরি তালা উজাউ নঙবুসু, থৌদু নুংপাক নঙবুসু।’’’

অসুম্না উজাউ অমদি নুংপাক্তগী বিদায় লৌজরগা থব্রায় মঙা মিগা থানা তরুকপুসু খোমজিনজে।

মপারী নমদা পোরদুনা তমদা কুম্লক্লে। কোয়াং চৈশুদু পায়রদুনা লাকপনা অব্রাবা খঙহৌদে।

তমদা মোইরাং লৈপাক য়ৌরবদা ‘‘ফমনাইবা ব্রাখোঙ শেংবা’’ হায়বসিবু করম্না থিরুগদৌনো খন নুরা লিশংনু ব্রাখল তৌরকই। হুমাং ইরিক কারকই। মোইরাং লৈপাক্তু মী অমতসু লৈবা উদে, লম্বী সড়ক্তু মী চৎপা উদরে। লিশংনু ‘‘কনাদনো হংগদবসিবু, মী অমতসু উদবসিবু।’’

অসুম খল্লীঙৈ অথাপ্পদা নুজা অমা মাগা লেঙগা ওইগদবী অমা চৎপা উরকই।

মহাক্তু মোইরাং থাংজিংগী থৌশিন মতুংইন্না পান্থোইবীনা নুরা অমগী শকতম লৌদুনা লাকপনি। লাইনিংথৌগী নোংদমনিদো ওইহনগে খনবদা ঙমদবা লৈতবনি।

কনানো খঙজদে, নোংদম্বগী থৌশিন্নিদো। ওঃ খুমন লমকেৎপা লমহাবা মতমদি য়ৌদ্রিঙৈদা কোংয়াং ব্রাখোঙ শেংবগী ময়ুমদদি তাকপিরমগদরা খল্লুদুনা হায়রকই- ‘‘ইতা মদম মানবী’’।

‘‘করি ওইরবনো তাকপিয়ু’’।

‘‘সিদা কোনুংগী মাইবা ফন্নাইবা অমা মমিং কোংয়াং ব্রাখোঙ শেংবা কৌই হায়, মাগী য়ুমদো খরা তাকপিয়ু?’’

‘‘উম, তাক্কে, ভূ আদা ব্রাখোঙসিদা ইনা কুপ্পা য়ুম অমা লৈরিবসে উবিরবরা?’’

‘‘আতা লৈরিবসিরা?’’

‘‘উম মানি মানি অসিনি।’’

‘‘লাইগী নোংদমদগী ইতাবু থেংনজবনি নুংঙাইজরে।’’

অসুম্না ব্রাখোঙ শেংবগী য়ুম তাক্লন্নগা পান্থোইবী মফম লাংদা হলব্রাইখি। লাইনিংথৌগী থৌদাবু পাঙথোকচরন্নদুনা।

মৈনা ব্রাইনা তাংনশম থাংজিংগী নোংদমনি। থব্রায় পিবৃক লুবা, উনবী পূক্লিং শেংবা, তারা চাকশেং চাবা মীওইশিংসে অব্রাবা খাঙদুনা লাকপনি।

কয়াদা ব্রানা খোইজি মীহুন লাংখিবদগী হৌনা অরাবা কয়া খাঙজরক্লবা চীং লৈবাক্কী চেনাবাক চাদুনা, উনা ব্রানা চাদুনা থাংলকপনি। তাইবঙ ফাওরবা মতমদসু অঙাং নব্রাসে নিংঙাই চাওজদে, কপচদে উরীনা চেৎনা নাহোং শারিবনি, অঙাং তুন্নী।

কাইদা লোয়রোই লাকপনা কোংয়াং ব্রাখোঙ শেংবগী কোম্বোং য়েংলে। পৌরোন শৎলে। মতমসিদা ব্রাখোঙ শেংব কৌবা অহলদো হিদাক খুদোং ফান্দুনা তোঙজৈ চিনজিংনরিদো ফমমেন ফক্তা ফম্রীবনি। নীংথিজরেদা, মঙান চাওই, মতিক হেল্লী।

লিশংনু মখূৎ লোন্নদুনা খুরুমজৈ ''কবিগুম্বা অমত্তা হংঙ্গৎচগে। পম্বৌ মানবা ইপা-ইবুংঙো।''

''করি ওইরবনো ইমোম মদম মানবী।''

''ঐনা চঙজরক্লীবসিবু 'ব্রাখোঙ শেংবা' হায়বা পম্বৌ অমবু থিজরকপনি।''

''উম ঐনিনে ব্রাখোঙ শেংবা হায়বদো। করি হায়নীংই হায়য়ু চিংনবা লৈতনা?''

''ইপা ইবুংঙোগী মীং তাজৈ নমোমদি ইপা ইমাসু লৈজদে, কনাগুম্বনা পম্বৌগী মিংলেন তাকপিরকপনি। ইপাগী নাক্তা মতম খরদং নচিঙ নরুম থুপ্পা হীংজগে, পারী চাউনবা য়োকচগে, ইপানা হায়বা ইঙ্গরগা শিম্থা-শিম্বোং তমজগে, পম্বৌগী কনা লৈজদেসু হায়বিরকইনে পম্বৌ।'' অসি হায়দুনা হন্না-হন্না খুরুমজরকই।

''হোয়, চুম্মী ইবেম্মা। নবেনসু নোংগাখিবা কুইরে, ইদোম লৈবনি ইমোম''

''পম্বৌ''

''লাকও, লাকও অঙাংদো কদায় নপারিদো কিশি থোকউসে।''

লিশংনু অঙাংদু উরীদো থোক্কুনা অহলসিনা ওকপিরে। অহন্না শিৎ শিৎ নানবীবদগী ঙসাই শাংনা উরীনা পোরকপদগী ময়ী তারিবদু মাংখিদুনা অঙাং মিকপ থোরকই। থব্রায় তানা অহন্দুনা মোমোল্লা য়েংদুনা নোক্লকই।

''ইমোম ইপাই করিসু ব্রাৎতে, চান-থক্লবা হোংনরুরসি লাকও।''

অসি হায়দুনা লিশংনুবু ইমুংদা পুশিনবীবে। অঙাংদুসু পোথাজরে নুংঙাইনা।

লিশংনুগী পল্লেপফম খঙখিবদু উরুরগা লাইনিংথৌ লৈমারেম্বী কয়া হরাও-নুংঙাইজখ্রিবা।

# নিঙোল চাক্কৌবা

ঙসিদি নিঙোল চাক্কৌবা নুমিৎনি। তোলেন মচা নুপী অমত্তা য়াওবনি। চাক্কৌনবা লাংলি। মমা ইবেম্মা জ্ঞানপতীবু কৌরদুনা হায়রকই- "হায়, মমা ঙসি ইচাগী দক্ষিনাসি নঙবু করি লাংলিবগেনেহৈ?"

"করিসু লাংদে। মৌপ্পা অতোনবগী গাড়ীগী পৈশা থিখিবদা থাগী তলব কোন্নদে। খুত্তা পৈশা লৈতে।" অকৃপ্পা বজেংকী ব্রাফমদা ঈঙ্গিৎ তৌরদুনা চবেৎ-চবেৎ হেক ঙাওথরকই।

"হোয়দা অদুবুদি মখোয় মখোয় মতিক চানা লাইরিক তমহন্দুনা মকোক্তা লোইনা হানখ্রবদুনিদনা।"

"অদুসু চন্নবনি মাইপাবুং। অদুদা হৌজিক কালগী চৎনবীসিদা খরা তৌসিরা থল্লুবতনি। ইচানুপী এম এনি কলেজগী ওজানি করিবু ব্রাত্তুনা ব্রাগদৌরিবনো ঐনা?" চাওথোকচবগী ব্রাফমদুনা মাঙথাদুনা দক্ষিনাগী ব্রাফমদুবুদি নমশিন্দুনা থমখিবনি।

"হোয় হোয় অদুবু করিনো খরদি পীদবা য়াদেনে, চৎনবী চৎনবসু হোৎনদবায়াদবনি। নচানুপীনা দক্ষিনা চাওদ্রবদি য়াদেদি হায়ররোইদনা।"

"অদুবুদি ফি অমা লাংলি। মৌপ্পা অচৌবনসু করিনো অমা পুরক্কনি হায়রকখিবনি ঙরাং ফোন্দা"।

"ফরেনে অদু ওইরবদি চাক থোংনবা ঙম্না লাংউ, মচাশিংদো লামগনিকো" অহল ওইবগী হৌনবা কাচিন কোয়া শুনা ঙাঙলকই।

"হোয় হোয় মৌপ্পা য়াইমানা থোংলনি হায়দুনা ইরুজরে, ঐহাক কৈথেল চৎলুখিগে।'

অসুম্না চাক ঙন্নবা কোয়লাং লাংই। জ্ঞানপতী কৈথেন্দা ঙা লৈবা চৎখিবনি।

সোমি মচে খোয়দা চত্তুনা এদভান্স ওইনা অঙাং অনী পুদুনা লাক্লে। মমা ইবেম্মানা ঙা পুরক্লে। শান্তনা চাক থোংবা হৌখ্রে। ইম্ফালদা লৈবা ময়াম্বা অহল অনন্দসু লাক্লনি হায়রকখিবনি।

মথেল মরীদি ঙাগী ওইরে। ইরোনবা, শিংজুগদি তরুক শুরে। লোয়না নীংথিজনা থোংলে। চাক লোইরে, মচে মবাই অমদি মচা অতোনবদি লাক্তরি। মমানা ফোন তৌদুনা মচে কৌনবা হায়রকই- "সেথি নচেদা ফোন তৌ, থেংলে হায়য়ুনে"

“হোয় ইমা।”

“অসুক থেংলবসি ফাওবা লাক্তে, মচা অনীসে লামলেনেসে” মমানা অঙাংশিংদু য়েংলগা হায়রকই।

“ঙন্না পীজথোক্লবা তৌবিরো। ইমা লাক্লগে হায়রকই।” সেথিনা হায়রকপনি ফোন তৌরুরবা মতুংদুদা।

ঙাইহাক নৈরগা গাড়ী মখোন তাই, মচা নিঙোন য়ৌরক্রে। মবুংসু মতৈমা মপামদা থিল্লুরগা হল্লগ্রবনি। মী শুরে, চাননবা শেম শাদুনা চান-থক্লবা হোৎনরকই।

ময়াম মাঙোন্দা ইকোয় কোয়না ফম্লরে, মমাগা মচা য়াইমগনা চাক-ইঞ্জাং অৱাৎ-অপা হাপ্লরি।

মপাবুং তোলেন লাইগী চাক থাবা লোইরদুনা ময়াম পূম্নমক চাবা হৌরে।

“নচা অনীদি হান্নবা চাক পীজথোকগ্রবনি।” মমানা হায়রকপনি।

“ফরবনি ইমা মখোয় লাগ্নরনি হান্না পীজথোকপিরম্বা” মেরীনা চাক্লুক মপান্দগী হায়রকই।

“হোয়নে, নখোয়নগা থেংবদুদা মবূক থন্দবদি খঙদে, খর অমুক চাগে চাজসনুদা।” মশুশিংদু নুংশিনা য়েংলদুনা হায়রকই মবোক্লা।

ময়াম হাওই হাওই হায়না চানরি, অৱাৎ অপা হাপ্লদুনা শান্ত ঙাইহাক কোম্থৌরে।

“শান্ত! নঙসু চাহৌররো। য়ারে-য়ারে কোম্নরনি।” মপাবুংনা হায়রকপদগী শান্তবু ফমথদুনা চাবা হৌখরে।

চাবা থকপা লোইরে। চাকথোকপদা মঙাইরি শান্তনুপী মপামদা চৎনবা থৌরাং তৌরকই।

“কদায় চৎকদৌরিবনো?” মমানা হংলকলিবনি। “ইমা অঙাংদো মশাদু কয়া ঙমদনা চৎখিবদুদা হংলুগে তৌবনি” শান্তনা চৎনবগী মরম শেংদোক্লুনা খঙহল্লক্লিবনি। “মী খাইনা চাক্লৌবা নুমিত্তা লেম্না চৎনৈ, মানা হাপ্তা অমা ৱাৎলিঙৈদগী চৎপ্রবনি। অদুগা নঙনা অমুক্ হৌজিক চৎকে তৌরিবনিনে?”

“মশা ঙমদা-ঙমদনা পুখিবদুদা হংলুগে তৌবনি।”

“চাক্লৌবা লোইরে, ঙসি নৎত্রগা হয়েংদি মরাইনা লাকচরগদবদুবু?” হায়রিবা হায়দুনি মমা ওইবগী মপূক ৱারৌনা চৎনবী হৌনবীগী ৱাংমদা লৈখিবশুম তৌরিবদুদা।

শান্ত করি করিনো খর পুদুনা চৎগ্রে, মচেদা মমানা ওনশিন্দুনা অমুক হায়বকই-

“ঙরাংদি মপানা তোঙান চারো হায়রুবনি অদুদা শান্ত য়াম্না কপখিবনি’”

“করিগীনো ইমা”

“মপূক্লিং নুংশিদুনা কপ্লীবনি। মানা হায়রিবা নুপী হেক থিরগা মচা নৎত্রবরা’ সিনি।

“অদুবু মাদি শেলথোক লম্বী লৈতবদুদা, মাগী প্রাইবেত খর তৌবদুনা করিবু কোন্ননি? মচেনা মৌপ্পাগী মায়কৈদা শৌগৎপগুম হেক হায়রকপনি।

অদুবুদি ইম্মানসু খঙলিবনি অদুবু করি তৌনি ? ঐখোয়গী সেবা তৌনিংদরে। থা ১ দা হাপ্ত অমবু ফারমলোইনে, নারে অঙাং য়াদে অদুদগী মপামদা হাপ্তা ১/২, তৌবদি মশা ইফ হেক ফনা।”

অদুবু ময়ামগী থোংবদা মৌগী খর হাপ্লদনি, অদু করি কায়বগে?” ব্রাহং ওইনদুম হংজিল্লকই মচেনা।

কায়দে-কায়দে, ঐখোয়গী থোংবদা খরদং হেন্না হাপশিনবদুবু করি কায়রুনি? অহল ওইরবী ঐনা থবক কানবসু হোৎনবা ময়ামগী থোঙ-থাক্তুনা পিজনবসু হোৎনবা ঙমজদরেদা” শুকথোক্তুনা য়েংলকই মচানুপীরোমদা।

ফরেনে অদুগা খৎন চৈনদ্রিঙৈদা তোঙান থোক হেক পিজথোকপনবু ফরনি।”

শেলথোক লম্বী লৈতবনিনা ব্রাগনি সিনিদা। ঐসু মদু খল্লীবনি অদুবু ময়ামগী সেবাসিদি খরখিৎ ব্রাগদৌরে। শাওরপ্পা মচানুপীরোমদা ওনশিন্দুনা ঙাংলিবনি। মাসু য়ুম অমগী মৌ অমদি ওইরবনিদো।

নৌনা য়ুম্বানবগী দোষানিদো। খরদি নৌমনবনি মমাগী মপূক্লিং ফাথনবা হায়দুনা হায়রক্লীবনি অদুবু ওন্নবা ওইনদুম থোক্লক্লি- “হরে, ঐখোয়দি নঙ পোকপসে চহী ১৮ দনি মাদি হৌজিক ২২ শুরবনি। মনেম মকু সেবা তৌনীংদ্রবদি মমা মপা লৈজদবা রিক্সা ব্রালাগুম্বা থিরগা পালম্বনা ফগদবা।

শোন্থাংননা হায়রকপনি মমানা।

“মদু নখোয়গী নরাইবক্লী।”

“মদু হায়বদা মতাই, লাইবক্তা তাইনদ্রবদি করিতৌনি? নৎত্রদো? ঐনা অসুক ব্রানা পানখৎচরকপা ইমুংসে মখোয় মখোয় লাক্লগা খর নুংঙাইরগদ্রা হায়দুনা চাউনা লুহোংখিবনি।” মপি ইরা চেল্লকই জ্ঞানপ্পী।

“অনীগী নমৌ উরেদনা, অতোনবগীদি করম থোক্লগদবা।”

অনী উবদা পেল্লে, অমা অমুক উনীংদরেদা।

অসুম্না মমা মচা ব্রারী শারম্বদগী মচা শুম্বা চঙখিবনি। সোমদা অনন্দ তুম্বদগী হৌগৎলকই- ইমা ব্রা অমা হায়গে?

“করি ব্রানোনে”

“ইমাগী জী পীদু কায়রবদি নমৌগী সনা খরদি কায়রগে খরনা ইমানা হন্দোকপিয়ু। ইন্দুদো মথ্বায় নুংঙাইত্রে মাগী পুরকপা সনা মখৈ বন্ধান থম্বীবসিদা ঙসিসু নানম্লীদুগা অদুম

চৎখিবনি।”

“ফরে ইবুংঙো। নপাগী পেন্সিন কার্ড থম্বদু হন্দোক্লে তৌবনি। নপাগা য়ানরবদি মদু খরা কোম্না হন্দোক্লবা থম্নবনি, অদুদা মাগী খরচ পীবা ঙমহৌদ্রবদি ঙাংবা শকপা তানীংদে। নপা-নচা য়ানরবদি ঐদি করিসু হায়দে।”

“ঐসু খনবনি। পাবগীদো হন্দোকপনদি ফবনি। ঐনা থা মরী/মঙা ঙাইয়ু হায়বদু মথ্বায় নুংঙাইরোই খল্লী”। মপাগী ফিভমদসু অমুক থস্থরুরিনি।

“ফরে খরদি পাংলগে অদুদা নখোয় য়ুমসিদা হোংজিনবরা নৎত্রগা ভাড়া শান্থোকপরা খন্নসি। শেল থুমগী ফিভম ফত্রবনিনা।”...।

মচা অহনগা ব্রারী শারম্বদগী মপাবুং লাক্কুনা য়াওরকই। মপানা বেঙ্ককী ভাড়া থম্বগী মতাংদা পল্লকই।

মরকসিদা মমানা হায়রকই- “ঙাইখো, মদুদ নমথীগদৌরিবদি মখোয়গী সেক্যুরিতিগীদো...।

“ঙাইহাক লৈরগা চাক্লৌবা চৎখিবা মমৌদু হল্লক্লে, অমুক কয়ানিনো লৈগদবসিনা, হাপ্পা ফাগদবা মানদে। নুমিৎ কয়ানিকা চৎনগদবনো? মমাগী ব্রাফমদুসু মপাবুং ভাব তাই অদুগা ইমুংগী ফিভমসু ময়েংবা তারিবনি, হায়রকই”- খরদি ময়েংবা তারিদনা।

“হোয়-হোয় মাইপাবুং, ইচা অঙাওবসি মকোক চাওনিদো মসিসু মমা-মপা ওইরিবা ঐখোয়না খরদি খনবা মফেদো। ইশুনগা নুংশিরবা অমা লৈরবনিদো, হা করি হায়গে? মমা য়েংখিসিনে। ঙসি ঙরাংদি মশাসে খর খিঙ খিঙ লাউন উরেনে তো-তো অসুম্না ফজনা লৈরবদবু মখোয়বু নুংশিদনিঙাই লৈবরনে?”

“ঐদি লুহোংবা নুমিৎকী নুমিদাং ঐনা কোন্দুনা পুসিল্লকখিবদুদা শিবু তারকখিবনি। ইচা নুপীনা চৎখিবদগী হাংহৌরবা য়ুমসি মখোয় লাকপদা থল্লনি খঞ্জরুদুনা” মমানা মথ্বায় নুংঙাইনা নোকচরকই।

মমৌ য়াইমগী জ্ঞান তাবা উরুরগা মমা মপা অনীনা মথ্বায় নুংঙাইজে। মমা ইবেম্মা জ্ঞানপতীনা মমৌ য়াইমাগী লুহোংবগী কেশেৎ য়েংলুরগা মচা সেথিনা হায়রকখিবা ব্রাফমদু নৌহৌনা নীংশিল্লকই।

“ভাবী নফী শেৎশিল্লু” হোবে হোবে লাক্লগা হায়রকখিবনি নোংমা।

“করিগীনো সেথি” মতৈমনা হংলকখিবনি ইথা থাজদনা কৌরকপদুদা।

“নয়ুমদা থিনবীগে ভৌবনি। কেশেৎ য়েংলুবদা নখোয় মনম্মগা ইনেগনা লুহোংবা লোয়দুনা থিল্লমদায় ভাবীনা গাড়ী কাখৎলমদায়দা মাগুপ মচীন্দা কপুনা লৈহৌবদু ঐদি য়াম্ন া নুংঙাইতে।”

মসিসু নিঙোন পোকপী মমা-মপাগী ওইরিবা থম্মোয় কায়নীংঙাই ওইরবা দৃশ্য অমনি।

হৌজিক খ্বাইদগী লুরিবদি মপাবুংগী পেন্সিনবুক হন্দোকপগী ৱাফমসিনি। মমাগী জীপী কায়বা ঙাইবনি। মমৌ অহন্দুগী সনা বন্ধব থন্নীবদুসু হন্দোকপা ঙমলবদি ফগদবনি অদুবু শেলদি য়ামদবনা কোম্নবগী ৱাদি লৈতে।

মসি পূম্নমকসি আনন্দ মপা মচাগী অচাউরম কাবননি। লুহোংবদা মীঙোন্দগী পৈশা পুদুনা য়াম্না ধুম ধাম তৌখিবগী দোষনি। মমানদি হায়খিবনি- ইবুংঙো উচেক অপিকপনা পিক্রা মহুম শাবনি, অচৌবনা চাউনা " অচুম্বা ৱাফমদুবু খঙহন্নবা হায়খিবনি অদুবু মচা ইবুংঙো লাইরিক হৈবদো মমাগী ৱাহৈগী অর্থ ভাব তাদে।" ইমা! লুহেংবসি পুন্সিদা অমুক্তনি। মসিদা মীনা হায়বসু তৌদবা য়াদে। মতমগী মীওইবগী ৱাথল মতাদুনি মানা হায়রক্লিবসিসু।

"অদুবুনি ইমানা হায়রিবসে। মখোয়সু হয়েং মচানুপীদুনা লাক্লগা অৱাবদু য়াওগদবা লৈরবনি। মসিদা অচাউরম কাদুনা অদু তৌগদবনি, অদা পুরক্কদবনি হায়বদি য়াম্না ফত্রবনি।"

অদো ইমা। মচানুপীগী তিল খর পুরুবদুদা য়াম্না চৎপদি নত্তেদনা। অকক্লবা ৱাফমদুদা শেংনা হেক্তা অনন্দা ঙাঙলকপনি মচা ইবুংঙোদুনা।

"অদুবুদি চুন্নবনি অদুনদি লোয়ত্রিদনা। অতৈ ময়াম অমসু লৈরিবসিদি।" সোমদসু চঙদবা য়াদবা কয়া অমসুনি ফিভমদুগী নাক-য়েৎ য়েংহন্নীংবগী মওংনি মানা হায়রিবদুসু।

"অদু খরদি মখোয়না হায়রকপদু তৌদবসু য়াদবনি, মখোয় পাবুংদুসু মীরক তিল্লীবনিনা মচাগী হৈজিংপোৎ লাক্লগা কবোক চু তাক্কক, লফোই খর পুখিবদুসু পান্নমলোই।"

"ফরেনে, মদু ময়ামদুদগীনি ঙসি চহী অনী শুরক্লবা ফাওবা পুথদুনা ৱারিবসি। মসি ঐঙোন্দা পোকপীবগী তৌদবা য়াদবনি হায়দুনা ননবসু ঙম্মনদরা?"

মমা-মচা শেলদোন খরা শিংবা ঙমদ্রবদা ৱা ঙাংনরকলিবনি। হৌখিবা নুমিৎ খরনি মমাঙদা ফোন্দা মমানা হায়রুই- "য়ুমদা লাক্লনু। নুপীগ মমা-মপা মতিক চাবনিনা নঙগীসু ওইরো। ঐখোয়দি মতিক চাদ্রবনি।"

অদুবু মচেগী চাক্তৌবা দক্ষিনা তৌগনি হায়না লাক্লিবনি।

ঙসি মখোয় মতিক চারদুনা থবক মচা অমা তৌজরে। মমৌসু লুহোংদুনা পুশিঞ্জরে। অদুবু মমা মপাগী পূক্লিং লুমজরম্বা মায়থোঙদু উদনা মখোয়গী সেবা তৌহন্নীংদ্রবদি মদু মচাশিংগী দোষ ওইরোইদবনে?

মমা মপা ওইবশিংগীদি পোকপীদনা মহৈ মশিং তমহন্দুনা ময়ুম মকৈ পানহনবীরবা অদু মখোয়গী কর্ম্ম লোয়রবনি।

মতুং তাবদি মচাশিংগী কর্ম ওইগদবনি। মখোয়না মমা-মপাবু অহন ওইরক্লবা মতমদা নীংথিজনা য়েংশিবিগদবনি। মথ্বায় নুংঙাইহনগদবনি।

ইপা-ইপুনা থারম্বা উহৈব্রাহে ঙসি ঐখোয়না চারি। ঙসি অমুক ঐখোয়না থারবদি মদু তুংগী চারোন শুরোম্না চাগদৌরিবনি। মসি তাইবঙ হৌনশা ওইবা মরিচৎ। হৌনশা কায়না চৎফরোই। করিগুম্বদা কায়রুরবা মীদু মদুগী দোষ ফংগনি।

স্তানপতীদা মচা নুপীনা মৌ অহুমগী ব্রারী অমা নীংশিংলকই হায়দুনা লীরকখিবনি, মমৌ য়াইমগী নাগনবদুগা মরী লৈননা।

বামোন ইমুং অমদা মৌ অহুম লৈবনি। মকুবোক লৈখিদ্রবা কুইরে। মমৌ হুমগী মরক্তা মীতৈ নিঙোন য়াওই। বামোন্দা মীতৈ নিঙোন ওংবসি খুৎচাদবী হায়দুনা মওং অমদি চাওখৎলে হায়রিবা যুগ সিদসু অদুম লৈরিবনিনা মকুদি চাক থোংহন্দে কোনফেং ব্রাইতে তৌহল্লী। বামোন নিঙোন অনীদুনা পালী নাইনা থোংলিবনি।

অদুদগী মৌশিং অমা নারে হায়ুদনা হাপ্তামুক হেল্লা লৈথোকপ্রে অদুগী খর অমুক লৈরগা অমদুমুক নারে হায়দুনা হিণ্ডুনা লৈথোকপ্রে, অসুম্না তৌবসিদা মনেমদু চাকথোংবা য়াওরকই অয়াম্বা মতমদা।

খর অমুক লৈরগা- "ইমা ঙসিদি ঐহাক ঙমদ্রে," মীতৈ নিঙোন্দুনা হায়রকখিবনি।

অসুম তৌদুনা পালি নাইনা নাবসিদা মনেম অহল ওইরবীদুনা ব্রাখল তৌরকই- "নাবসি পালি নাইনা নাবা য়াবগুম তৌরে ঐখোয় ইমুংসিদা। মখোয়গী পালি নাইবা অনাবসি লোয়শিনহন্দবা য়াদে।"

মসি খল্লদুনা নুমিৎতু মচাশিং মমৌশিং লোয়না কৌশিল্লগা হায়রকই- সে সে ঙসিদি নুমিৎসু য়াম্না ফরবনি। অদুনা ইমা ব্রা হায়গেসে, পূম্নমক তাউ, অরৈবা চেঙ-ইঙ্গাং নাপীসিদগী নঙগী নঙগী ওক্লবা লৌনরো, অদুদগী থোংদুনা চারো। হয়েংদগী ফৌ শংবাই অমমম ফৌরগা তোঙান তোঙান তক্লনবা তৌরো। অদুগা নুংঙাইনা পানবা ঙম্ন ঙম্নবা হোৎনরোসে।

মাগী মাগী খঙনরকপদগী নাবগী মতম শংনদে। মাগী মাগী ঙম্না ঙম্বা হোৎনবদা ইমুংদুগী অনাবা হায়বা ফৎত্রবা লাইদো মতম পূম্নমক্কী ওইনা চৎখিবনি।

## তম্ফালৈমা চাম্মা চাম্মা

কামিনী কৈথেন্দগী কুন্নকই। ব্রাকচীংগী উন তাবনা ঙসিদি নুমিদাংব্রাইরমসে য়াম্না ঈংই। য়ুম য়ৌরগা মৈ তিক্কুনা ঙাইহাক ফমগে খল্লী।

মঙ্গোন্দা বোনি অমদি তম্ফাতোম্বী অনী থোরক্কুনা পোৎ থারে। মবানী চঙদুনা মমাগী পোৎচৈ লোইশিল্লী। লৈরকপা ইঙ্গাং-নাপী য়েংদুনা থোং-থাক্লবা হোৎনৈ।

কামিনি ফুঙ্গাদা মৈ য়াইরি। মচা অনীগী মতৌ উরুরগা মতম অমগী মচননুপী তম্ফাতোম্বীগী মমা তমফা লৈমা খঙনীং নীংশিংলকই।

মপি চদুম-চদুম শিম্থরকই। ব্রাফমদু কাউগে সুকঙম ঙমদবনি। কাউরগে খল্লুবা অদুনা থোয়না হেন্না নীংশিংবা ওইরকহল্লীবনি।

মনম মচন কয়া চান্নবা লৈমিন্নজবা। মনম্মনা নুংশি চান্ননা তৌবীবা অমদি মচননসু লুনা-কিনা চৎচবনি। মচনগী মপান্না কামিনী ঈংনা চীক্লা নুংঙাইনা পাঞ্জরকখিবনি। ঙসিদি ইমুংসে ইহাং হাংবগুম ফাওরকই।

নুমিত্তু মনম্মনা কৌরকই

- তম্ফা লৈমা, নঙবু লৈবরা?

- ইনম্ম! লৈয়ে, করি হায়বগে?

- লাওনে চাকসে চাথোকমিন্নরসি।

- লাক্লে, লাক্লে ইনম্মা।

অসুম্না মনম্ম মচন চাক চামিন্নদুনা লোইখ্রে। লৈমা থবক ইনখাং লোইশিল্লী। মনম্মা কামিনী কৈথেন পোৎ লোইশিল্লদুনা কৌরকই-

- তম্ফা লৈমা। পোৎসে থোল্লো লাও।

- লাক্লে-লাক্লে ইনম্মা।

মনম্মাগী পোৎ থোনগৎপিরগা লৈমা লৈহৌরে। মনম্মা কৈথেন কাখরে।

তম্ফা লৈমা লৈশাবী মপৃং ফারক্লবী নুপীমচানি। লাইরিক খরদি তমহৌই। অদুবু মপৃং ফানা অব্রাংবা থাক্লী য়ৌহৌদরে। নোংঙালবদগী মনম্মগী মতেং পাংজে ফৌ তকই, চেঙ খে।

নুংথিল য়ুম কোই। মনম্মা লাক্লগা চাক থোংনবা লাংদুনা থল্লম্মী। ইখোলদগী ইঙ্খাং নাপী, মরোই-মপাংনচিংবা হেকচিন্দনা থনম্মী। মনম্মা লাক্লগা কৈথেন্দগী পুরকপা পোৎ পূম্নমক লোইশিল্লী। লাই ধুপ-থাওমৈ কৎচৈ।

- ইনম্মা! ঙসিদি করি ইঙ্খাং চাসিগে, করি থোংউগে?

- লৈমা। ঙসিদি ইনম্মা ইরোনবা অমা চানীংই , মোরোক খর শারপা তৌনা অদুগা ঙা অয়াইবদু থাক্লুনা অশিনবা মথেন অমা থোংউ। নঙগী তাদদি অশিনবা পাম্বনি। নঙনা হেক্রম্বা হঙ্গাম অশিনবদু থাক্লুনা।

অসুম্না তাক্লকই মনম্মানা চানীংবা ইঙ্খাং মথেন লুখোইশিংদু মচা খাইনা।

মনম মচন য়াম্না নুংশি চান্নদা লোয়নৈ। তম্ফা লৈমানা কৈথেন্দগী মনম্মানা লৈকপা ঙামোক হৈরা পুথোক্লুনা চামিম্লৈ। অদুদগী নিমিদাংগী থবক লোইথোকই। হয়েং অয়ুক থবক ঙনবা ঙম্নবা।

তম্ফা লৈমা লৈকায়না নুপীশিংনা মরু ওইনা য়াম্না লুনা তৌই। মরম ওকপা, মচীন মখা নুংশিবা অঙাং ওইনা হৌরকই। মশক মতৌ নুংশি লৈখোন লৈ। লৈকায় মচে মনেম্না থৌদাবসু হেক্তা য়াই।

- লৈমা লাওনে, ইন্দোন ব্রা অমত্তা হায়গে?

কৌরকপনি লৈকায়গী নুপী অমনা মাবু নুংশিনা।

- ফনি ইন্দোন।

- ইবেম্মা! ঙসিদি ইফুত্তগী ঈশিং সনাবুন অমা শোক্লকউ।

মন্দোন তোম্বীনা থৌদারকপনি নোংমা।

- ফনি ইন্দোন শোকচরককে।

মন্দোন তোম্বীগী ঈশিংদু শোক্লুদুনা চাকশংদা ইরেন্না থম্বীরম্বনি। কৈরোয় লৈকায়গী নুপীশিংনা লুনা চান্না তৌবী লৈমাদো। মনম্মনা য়ানবা চৎলি। মরমসিনা লৈকায়নসু লুনা চান্না নুংশিনা লোইনরকই।

লৈকায় অতোপ্পগীসু মমাম্নবীশিংগী য়ুমদা দেব কর্ম্ম থোকপদা মাবু হায়রকই। থবক নোম্বা চৎলি। মবুং অহল গৌরো মচন চাওশিল্লকপসিদা য়াম্না ব্রাজে। থাজ-য়োনজবা মতম হেনখিগদ্রা। অমরোমদা মনম মচন নুংশি চান্নদা লৈমিম্নবসি উক্লরগা অমুকসু পূক্লিং হরাওজে পেঙ্জে।

মহাক্লসু মথৌ চিনবা অহল ওইবনা লৌ ইখোলগী থবক কয়া শুবনা হেক-হেক কাউথোকই। অচৌবা ইমুং অমগী ভার পুবদা অব্রাবা অমা ওইরকই। অসিগী মথক্তা অমত্তা পোকচবী মবুং অনীগী অতোনবী মচন তম্ফা লৈমাগীসু ব্রাজবনি।

মরকসিদা অওং-অউন খর পিনবসু খল্লী। খর-খর লাংশিন্দুনা থম্মবা মনম্মাগা তান্নজে। মবুক ঈং-তপ্পী কামিনী মচনবু নুংশি চান্ননা লোয়নবসিদা মবুংনা পেঙ্গখিবনি।

অহল-লমন্না নৌনা ছন্দোক্রম, মবুংনা পূম্নমক শুপ্না য়োক্লকপা ওইবনা তম্ফালৈমা মবুংবু লুনা-কিনা চৎচবনি।

- কমিনী, নোংমা মবুংনা ব্রা খন্নবা কৌরকই।

- করি ওইরবনো মাই পাবুং, ঐবু কৌবিবু।

- লৈমাসে চাউশিল্লক্নে। মাগী অউনপোৎ ওইনবা মরূপ মচা ১/২ য়াওনবা খন্নসিনে।

- হোয়নে, ফৈয়ে অদুনসু খর-খর থাংলগা মতম-মতমদা লৌনবদো।

- অদুনিনে, কনা-কনাগীদা কোল্লিক, ফিরোননচিংবগী খর য়াওশিল্লু।

- ফনি মাইপাবুং। অসুম্না মরূপ য়াওদুনা মচনগীদমক থৌরাং তৌদুনা লোইখরে।

লৈমা মপুং ফারকপনা মশুং মমান্নবা কনানাসু লংন খোম্ন তৌরকই। থব্রায়না তাবা কনাসু য়াওনরকই। থৌবনগী মতম য়ৌরকপনি।

মনম্মানা কূপ্না শেন্নজরিবনি। হায়রকই- লৈমা, মতমসে লুবনি। মথোং ছক্তবা পাখঙ কয়াসু থেংনরক্কনি।

পূক্নিং হৈনা-শিংনা চৎলু। নবুংগী মায় চোপ্না য়াবা নত্তে। মতিক চাবা নিপাদা থাজগনি হায়রিবনি। অদুনা উন্নবা পোৎ-চৈসু মতিকচানা পীননবা হৌজিক্তগী মরূপ য়াওনবা হায়রম্বনি।

- ফনি ইনম্মা। ইনম্মগা তাদগনা ইমা-ইপানি, ঐবু চাউনবা য়োকপিরকপনি। ঙসি ফাওবা নখোয়না ঐবু লুনা চান্না তৌবিরি। অসিদগী হেনবা ঐদি করিসু পামজদে।

হায়বা ইনবা মচা ওইবনা মনম্মাগী পূক্নিং খঙনা খুমদোরকপদা মনম্মা ইপেন-পেঙ্গখি।

- হোয়নে ইবেম্মা! অদুবু সমাজগী চৎনবী অমা লৈবনা নবুংনা কন্না হোৎনদুনা মরূপ য়াওরবনি। মদু পূম্নমক নঙগীদমক্তনি। মদুদগী অব্রাৎপা খরনা ইনম্মনা লৈগনি।

- ইনম্মা! ইনম্মনা কৈ হায়বদু ঐগীদি মদুদনা পেঙ্গরবনি। অতোপ্পা করিসু হায়জদে।

মনম্মনা নোংমগী থৌদোক্তু কাউগে খনবা কাউবা সুকঙম ঙমজদবনি। নুমিত্তু কৈথেল কুন্নকপদা তম্ফা লৈমা তুমিন লৈরম্মী। নুতিগীদি হরাও-হরাও থোক্লক্তুনা মনম্মবু ওকপনি।

কামিনী মওন মওন খল্লী করি তৌরবনো? ঙসি তম্ফা লৈমনা তৌরিবা মতৌসে?

- লৈমা - লৈমা। ইনম্মা লাক্লে পোৎ থাবা লাওনে।

য়াম্না হৈনীংদনা লৈমা ইমুংদগী থোরকই। মমায় মমিৎ ইপোম পোম্মী।

তম্ফা লৈমা। নঙবু করি তৌরবগে? নশা ঙমদবরা? নুংতিগা মান্নদববু?

লৈমা খুমদে, লোম্না মপি তৈথোকই।

- ইনম্মদা নঙগী নুংঙাইতবদো শেংনা হায়য়ু ইনম্মা লৈরিহ্‌বসিদি? নঙগী করি ব্রাৎলি? নবুংগা তান্নদুনা ইনম্মানা ননীং থুংনবা হোৎনরগা লোইরে।

লৈমা খুমদে, কপ্তমক কপ্পী। মখা তাদে।

- তম্ফা লৈমা। ইনম্মাগী ইবেম্মা। নীংবা করি থুংদবা লৈবনো? কনানা ইচনবু লাকচবা য়াওগ্রবগে? শেংন হায়য়ু ? কোইগনু, ঐনা ঙম্বা ইচনগীদমক ননিং থুংনবা হোৎনগনিনে।

মচনগী মবুক থৌদুনা হংলকই মনম্মনা।

- ইনম্মা...।

মখা তাদনা হীক হীক কপ্লকই।

- লৈমা! করি তৌরবগে? নঙবু কনান লাকচ-খুদুম চনবগে ইনম্মদা শেংনা খুম্মুনে ইবেম্মা। নঙনা অদুম তৌরগা ইনম্মগী থম্মোয় পুবা ঙমদরেনে।

মনম্মাগী মতৌ উরুরগা তম্ফা লৈমা তপ্না খুন্নকই- সাইরেম ইন্দোন থোইবীনা ময়ুমদা পোৎ থোনগৎলু হায়দুনা চৎলুই।

- দুদদি নঙদি করিগী চৎলুরিবনো? অদুদা করি তৌরবা, হায়য়ুনে?

- ইন্দোনগী পোৎ থোনগভুনা মাদি কৈথেন চৎখরে অদুদা খুরা তোমান্না ইমুংদগী ঈশিং গিলাস অমত্তা কল্লম্মু হায়দুনা কল্লগা পীরম্মী অদুদা...।

- হায়য়ুনে অদুদা করি তৌরবনো?

- খুরা তোমান্না ঐবু চিংশিন্দুনা ফমুংদা...।

মখা তাদনা কপ্পুনা লৈথোকখরে।

মনম্মা কামিনী শাওনীংবনা মথব্রায়দো প্রোক প্রোক হেক চাকই। হমাং মরীক মরীক কারকই।

- নঙগী তাদ তারবদি কুম্মে থোকপা তারে, করম তৌনি তম্ফা লৈমা! নঙবু অদুব্রাইদা করিগী চৎলুরিবনো হায়ম্মী ?

- সরক্তা সনাতোম্বীথোয়দগী য়ুমদা লাকপনি ইন্দোম্না কৌরকপনি।

- ফরে ফরে...। অসি হায়রন্নগা মখোঙ মখুৎ তিংথোক্তুনা কপ্লকই, ইনম্মাগী ইবেম্মা। করি মতৌনো নঙনা ঙসি তৌরম্নীবা লীলাসিবো? ঐবু করি ওইয়ু হায়রিবনো? মীগী মমাঙসিদা? থম্মোয়সে খুভুম্না শুদুনসু পেল্লরোইকো? হে তাইবঙ মী নঙ শা ওল্লবা? হনুরবা, কল্লাপ কুরুশংলবা নঙনা লৈরাং পাংখক্করক্লীবা নশুগী মতম ওইরক্লীবা ঐগী ইচনবু করিগীনো শারমচৎ চৎলম্নীবা নঙবুদি লেম্না থাররোই হন্দক মপোকসিদা।

তাহন্দবা য়াদবা মতাং ওইখিবনা মবুং অহন্দা হায়দোক্লুরে। মৈ হৌনা শাওখিবনা মনা পায়বা য়াদরে।

মীশি-মীনা থোক্লুগনি খনবদা কামিনী অব্রাবা ওইরকই। করি করম তৌদুনা পূকথেন্নসিগে?

- মাইপাবুং। ব্রা অমা হায়গে, হৌজিক নিংদোন পোম্নুন্দুনা কাম্নরোই...।

গৌরো থম্মোয় মৈ হৌনা চাকই, শায়েং পাম্বোম ঙাম্না নীংলকই। অফ-ফত্ত খনবা ঙম্নক্তে।

কামিনীগী অতপ্পা পূকথেম ব্রাহৈ তারুরগা মবূ ক তপথরকই, করি তৌবনা ফগনি খনবা হৌরকই। নোংমদুমা তুম্বা চাবা খঙনদরে। তরঙ মালংদা লেনখি। নোংঙাল্লে মতম চানা কোর্টতা চে লালখৎলুরে। কেস রেজিস্তার তৌরে। তোমাল ফাগত্তুনা ব্রাহং পাউহং তৌখরে।

তম্ফা লৈমা কৌখৎলি, জবান লৌরে। কোর্টকী জর্জনা হংলকই- তম্ফা লৈমা। নঙ মফমদুদা করিগী চৎলুবনো?

তম্ফা লৈমা থোকখিবা থৌদোক্তু পূম্বা ইকাই-ইকাই করিগুম্বা অশেংবদু হায়দোক্লবদি মরান ওইজদুনা কেস মাংখিবা ভারে খন্দুনা অশেংবদু তন্নম্মী।

তোমান মরাল লৈরে হায়দুনা জেলদা থাজিনখিবনি। থা তরুক্কী মতুংদা জামিন্দা শৎলুরে মাগী নুপী থোইবীনা মতমদি হৌখিবা খঙহৌদে, সোমদা তম্ফা তোম্বী তাইবঙ ফাওরক্নুনা মমাগী অনাবা ওইরকই।

তোমান্দগী কোর্টনা চাক থাকন পিহনখিবনি মতম অদুদগী হৌদুনা অদুবু তম্ফা লৈমগী থম্মোয় লায়নদি ফবা কৌবা লৈখিদরে।

মনম্মগী মীনুংশি মখাদা ফাইবোক্লুম লৈহৌরনি খন পূক্লিং ইংজরকপনি।

কালেনগী নুমিদাং ব্রারম অমদা তম্ফা লৈমা মবুং তোনগী ঈখোল মতোন্দা লৈবা পুন্ত্রীদা সনাবুন অমা পায়দুনা ঈশিং শোকপা চৎখিবা সনাবুল উপ্পা তাউদুনা লৈরম্বনি।

ঙসি মণিপুরগী ফম্বাকসিদা তম্ফালৈমা চাম্মা চাম্মানা খুজিং ওই নোংমত্তা কাংদনা আম্বা ঘাট তৌরিবনি।

কমিনীগী থম্মোয়না ঙসিসু হংলি-হীংবগী মহাওবু অসিরা?

# নাথেরুরবা ঈচেল

ওজা প্রিন্সিপালনা হায়রকপনি- ''সুধা! ওজাগী দিউতিদো রুম নম্বর ৯/১০ থমজরে।''

''মদু মীগী শোইনি মেদাম'' ফাগি লোন্দাদা সুধনা সুকথরদুনা হায়রকখিবনি।

''ঐনা চেঞ্জ তৌরবনি ওজা'' অশেংবদু হায়দোরকই মেদামনসু।

''অদু ওর্দরনি হায়না লৌজবা তারেনে'' হান্নগী মাগী রুম নম্বরদুদা লৈরমদবদুগী মায়কৈদা মীৎয়েং থন্নকপনি।

''ফনি ওজা। চঙবিরো, পুং তারে।''

'''চঙজরে মেদাম'' সুধা মাগী এলোট তৌরিবা রুমদুদা চঙলকখি।

সুধাগী রুম নম্বর ১৭/১৮ দা লৈবদু ৯/১০ দা প্রিসিপালনা চেঞ্জ তৌরুদুনা চঙখিবনি। এস আইদা কা অনী/অনী পীবনি।

ওল কোর্সকী ছাত্রশিংগী মনুংদা কাদু স্কুলদুগী ওইনা তৌই। সুধা অহলসু ওইরবনি। তৌবদি মাদি ঙাওনীংবা পন্দে। মচেক ময়াদসু ঙাঙদে, মপূক লোমদে। মীঙোন্দা হায়জবা চৎচবা হৈতে। অসিনি মাগী ময়াম্না হঙোইরিবা ব্রাফমদুসু। করিগুম্বদা মঙোন্দবু লাল্লুরবদি খুদোংননা ওক্কুনা হায়রকপদি শোয়দবনি।

ওজাদু য়াম্না চেকশিন্না মথৌ তৌই। ঙাইহাক ফাওবা ফমদে। মনীং ময়া, কনা-কনা চৎপা ফাও য়েংদুনা কোয়না চৎলি। রুম নম্বর ৯ গী মনীংলোমদা নিপা অমনা নোট মতুম অমা লংশিনখিবদু উরকই। মদু খুন্দোক্লবা হায়দুনা অদোমদা চৎখিবনি। তালক্কুদা সোমদা ওজা জোনীনা রুম নম্বর ১০ দা অনীশুবা দেক্সতা ছুরি অমা য়ুংখিবা উরকখি। ''করিগীনো মানা ওফিসতগী পরীক্ষা হোলদা চঙলগা ছুরি য়ুংলিবসিবু'' মদু য়েংবা লাকপদদি মহাক ওফিসতা চঙখরে। কাদুদা নৌনা লাকপা ওজা মোনীনা ইনভিজিলেটর তাবনি। মাদি নৌরিবনি, করিসু খঙবা নত্তে, করিনো, নুংগী অর্থসু ভাব তাদে।

সুধানা মদু হাইফেৎ উহৌবনি। মানা লাকপদা নুপীমচা অমনা কার্বন কোপি অমসু শীবা লাক্লরি। মদু মানা লৌথোক্লে তৌবদা পুদুনা ওফিসলোমদা চেলশিনখিবনি।

অদুদগী ঙসাই রুম নম্বর ৯ দগী হাইদোক্লকপদা ওজা কোইনা হায়খিবশুম তাখিবনি

“মসি ফাহনবা য়াদেকো।”

- ফনি ওজা “নুপীমচাদুনা শোস্থাংননা হায়খিবনি। সুখা হৎ লৈথোক্লকপনি। ফাবদি নংহৌদরে অঙাংদু মাগী ফমফমদা লৈরমদে।

- মপান থোক্লে হায়রদি চেসিদা সাইন তৌগদবনি। করিগীনো কোইচেল চেল্লীবসে? মসি পরীক্ষানিনে।

“ওজা! জাৎ অমনি, হৌদুনা চেনখিবনি” অঙাং অমনা হায়রকপনি।

ওজানা অতোপ্পা অঙাং অমদগী নুপীমচাদুনা পায়খিবা কোপিদুগা চপ-মান্নবা কোপি অমা লৌথোক্লে ওজা সুখানা তাম্থোকপিদরে ‘ব্রানিং’ থারগা ঙাকপিরে, নোটতুদি লৌথোকখরে। কাদুদগী অতোপ্পা তোঙান-তোঙানবা মান্ন-মান্নবা কোপি অনী / অহুম ফারগা লৌশিল্লে।

অঙাংশিংদুদদি থোয়না নুংঙাইতবা তৌদরে তৌইগুম্বসুং স্কুলদুগী মাংথরক্লীবা মোরেলদুদি করিদা প্রমান তৌরুগনি? মতোমতনা মখোয় ময়ামগী অপুনবা তীমদুগা করম থেংনরুগনি? হন্দোকপা তাবনি। মেজোরিতি কেরি দি ভোটহায়বদুনি ফত্তবসে তৌবনা মশীং য়ামশিল্লক্লবদুদা অঙকপসু ওইরেদা।

মোনী! কনাদনো মানা তৌরম্লীবসিবো সুখানা ওজা মোনিদা হংলকপনি নুংগী ভাব তাবরা খঙনীংদুনা।

“ঐদি খঙদে ওজা, করিনে হায়না তৌজসারিনো?” মোনিনা শাওরংনরদুনা পাউখুম পীরকখিবনি। “অদুদি ওজা মোনীদা ওইরেদনা” ফাগিগী মীৎয়েংদা সুখানা লংনরকই।

“খঙদেদো ওজা, মসিবু করিগীনো?” ইচম চম্না হায়রকখিবনি।

অসুম্না পরীক্ষাদা ছাত্রগী মতেং নিয়ম চুমদবা তৌবসি অঙাংদুবু মাংহনবীবনি শেম্বীবা নত্তে।

ওজা খরদি শেল তানবগী ব্রাফমদুদা য়েংলগা অঙাংগী কান্নবনি হায়বগী মওংদা পাস তৌজথ্রগা লোয়রে অসিনি।

সুখানা নোট কার্বন কোপী খর ফাবদু প্রিন্সিপাল অমদি কন্ট্রোরলদা পীশিল্লী। অদুবু মখোয় অনী পুল্লবসু এক্সন করিমতা লৌখৎপা ঙমদে। ইরিবা নোটতুগী খূৎসু খঙথ্রবনি। চেদুসু ওফিসকী এক্ট্রা সীটতুংদনি। অচম্বা চে নত্তে স্কুলগী শীল নম্বা অমদি বোর্দ

চেনি মশক নাইবা।

মসিদনি সুধা নীংবা কায়রক্লীবা, অচুম্বদু নাথৈথ্রবা সমাজসিদা তুংদা করি ওইরকপা য়াবগে?

ভুরেল মরুদা নোং য়ায়া কন্না তারে, পুং ২৪ চুপ্না অদুদগী নোংগী ঈশিংদু লৈনাং ওইনা

অকনবা শাফুদা চেল্লকপদা অরূবা হান্না ইংনা তপ্না, মোং-হাদনা চেন্থুরম্বা ঈচৈলদু মমাং থাদুনা য়াংনা চেলখি অদুগা খরনা লৈকুৎ লৈরাইদা লোত্তুনা অমদি নৈহন্নীংদবদগী খাঙদুনা লৈহৌখি। অতৈ অয়াম্বদি অনৈবা ইনাংদুগা তোৎশিন নৈশিন্দুনা অদুম চেম্থুমিন্নখিবা হৌনশানি।

অনৈবনা য়াইদা, অরূবনা তাইদ থং হায়বদুনি।অচুম্বা হৌনশা ওইবা অকনবা শাফুবু করম্না থিংবা ঙমগনি? মতোমতা খল্লী -"প্রকৃতিগী থৌশিন, নোংগী শাফুনা কন্না চেল্লকখিবা ঈচেলগা পাঙখক্লরবা মাস কোপিইং তৌবগী ফত্রবা ঈচেলসে নোংগী ঈহৌনা লোয়খ্রবা অরুবা ঈচেলদা অমুক হল্লকপা য়াই অদুবু মীওইবগী খুৎশেমসিদা মতম শাংনা চংখ্রনিদা।"

"ঙাইবা তাবনি। মপুগী থৌশিগী হিরোমদোম্না শকথোকপদি ওইথোক্তরেনা, অদুবু অচুম্বা ফজরবুদি থাদোকচখিরোই।"

অমুকসু চংদুনা হংল্লুই- "ঙরাংগী পোৎশিংদুগী পাউদু কাংলুপ্তুদা য়ৌনিংবা পীবিখ্রবরা?"

ওজা, মদু হেক তাপ হায়বসু নুংঙাইদৌ মান্দে। তপ্না নোংমা নিংশিজগে" প্রিন্সিপালনা কন্ট্রোল্লরগী মমাংদা হায়রখিবনি, মদুনা তাপদি অনীমক থবক ঙমদে অসি নত্তবরা?

"ফরে মেদাম ঐগী থবক্তু মহৈ য়ান্দবা অদুবু মসি মতম চানা থিংহৌদ্রবদি, মাংগদবসি পুম্নমক্কীনিকো" সুখানা য়াম্না নীংহা কায়রবা মওংদা তপ্না হায়রকখিবনি।

"অদু ঐসু খঙই, অদুবু ময়ামগী মমাংদা হায়বা কয়া ফজদবা লৈদুনা তৌবনি" অচুম্বা তৌদি তৌনিংবাতৌবা ঙমজদবগী মায়লোংদুদা তারিবা মমিদু সুধানা উপা ঙমখি।

সুধা তুমিন্না হল্লকই, খল্লী"হে অচুম্বা! নঙগীশক্তিসু কলি যুগসিদা লাইয়ামী শক্তি মাংখিবগুম উন্না নুংশা মঙান্দা শৌদোকপগী পাঙখক ওইরবা?

মতুং তারকপগী ওল কোর্সকী পরিক্ষাদদি নহারোল খরনা থিগৎতুনা মুসলিম ওজা অমদি নোংমৈনা পান্দুনা শিখ্রবনি। চহিগীদা ছাত্র অমা/অনী তাম্থোকখি। বোর্দনা খরা একজাম কন্ট্রোল্লরনা খরা।

মরকসিদা সুধাগী কাদগী ইনভিজিলেটর অনীদুনা ফারগা পীরক্তুনা ওফিস লোমদা পুরকপনি। নুমিৎতুগী একজাম লোয়রমদাইসু ওইরক্লবনি মতমদুদা ওফিসতা ওখোংদুনা কপ্তুনা লৈরম্রীবা নুপী মচাদুসু কা অমদগী ফারকপনি ইকুই কুইদনা, তাম্থোক্কদৌরিবনি।

মতমদুদা সুধানা পুরকপা অঙাংদুনা - "মাফ তৌবিরে। পুংসু তাগদবা য়াম্নক্রবনি।" হায়রকখিবনি।

ওজা সুধা নুংঙাইতে "ওজা অঙাং নুপী অমা কপ্রীবদুনা হৌজিক্তা ফাবনি নুপীনি ঐনা

পুরকলিবসিসু হৌজিক্তা ফাবনি নুপানি। অনীমক সেম ত্রিৎমেন্ট তৌফম থোকই। ঐনা পুরক্লিবসিনা নুপানি, তৌবা ঙম্বনি, থাদোকপা তারবা, ওজানা ফাদুনা কপ্লীবীসিনা নুপীমচানা, করিসু তৌবা ঙমলোই তাম্হোকখ্রগে সিরা? ঐদি য়াজদে, অনীমক থাদোকপিগেরা অনীমক তাম্হোকপিগেরা চপ মান্নবা থবক লৌখৎপিয়ু ওজা সুধানা কল্লপ্ন া হায়রকপনি।

মসিগী ব্রারৌদুনা সুধা পরীক্ষা লোইরকপগা য়াম্না মুনা ময়ুম চৎখিবনি অদু অমুক লম্বীদগী গাড়ী থারক্লুনা লৌররিবনি। অদুবু ওজা সুধা ফিরেপ হোংদে, "অনীমক্কী মান্নবা ত্রিৎমেন্ট পামজে" হায়না হায়রম্নগা চৎখি।

মথং চহীগী পরীক্ষাদা এস আই ওইনা থবক পুরক্লীবা ওজা সুধাবু এনভিজিলেটর ওইনা পু হায় মদুদা গ্রেজুয়েট ওজা কয়ামরম এফিলেট স্কুলশিংগী সেকেন্দ মাস্তরশিং এস আই ওইনা থবক তৌরক্লনি। ওজা সুধা এপোইন্টমেন্ট লৌখিদরে মরমদি মহাক লেকচররনি।

তুংহন্না য়েংলুবদা স্কুলসিগী অরিবা চৎনবীগী খোঙ্গুল খর উরকখিবনি।

"ওজা সুধা। হন্দক্কী একজামসিদা মাম্মগী মচানুপী ইমৌদো য়াওরিয়ে মদুদা হেলপ খর তৌবিয়ু হায়গে লাকপনি" নোংমা পরীক্ষা মমাঙদা সুধাগী য়ুমদা নৌনা লাকপী রোবার্তীনা হায়রকপনি।

ফৈয়ে ওজা, য়েংবা য়াবা য়েংজগে। মখোয়না পাস তৌখিবসি ঐখোয়গীসু অপাম্বনি। অদুদা...।'

"অদুদা... করি তৌরবনো? ঙাইঙমদনা রোবার্তীনা হংলকখিবনি খর তথক্লা মরক থত্তুনা।

"ঐদি পিশিনবদুনি... ময়াম্না পীশিনবদুসু য়ানীংদে" তপ্নপ্না হায়রুবনি। তৌনীংদেবা ফোঙদোক্লুনা হায়রকপদুদা।

"ফরে চৎলগে" হায়রম্নগা চৎখি।

"অদু থিন্দোকচররোই লৈজরৌরগে ওজা"

অসুম্না সুধা লৈহৌখি ওজা রোবার্তী চৎখিরম্মী।

হৌবা নুমিত্তুমক্তদা রোবার্তীগী মমৌ নুপীদু সুধাগী কাদুমক্তদা তারম্বনিদা। পুংখাই ফাও ফানা তাদরিবনি ফোরগেট অমা থাজিল্লকই, ময়াম মমাঙদা লৌথোক্লবা হোৎনরুবদা ওন্ননা পিরকখিবনি। মথংদসু অমুক লাকই, অদুদগী সুধানা শাওদুনা চঙহন্দরে মদুদগী মাগা তামিন্নরিবা ওজাদু হেক থাজিল্লক্লীবনিদনা। মদুসু ওজানা পীহন্দদুনা চৎখরে।

কনাগুম্বা হায়ঙম তৌঙম্বশিংনা হায়রকপা য়াওরকই- "মীগী মচাদি অঙাংবা লিক্লী মঙক লৈথৎতুনা খিলাইখিবনি" মদুদা ওজানা করিসু হায়দে নোক্লুনা তারম্মী।

মথংগী নুমিত্তুদি ওজা সুধাগী কাগা রোবার্তীগী কাগী থংননা হেক তারমলেদনা। মোজা ফুরিৎ লিৎপা নুপামচা অমা চঙখিবনি, সুকথোক থোক্লক্তে পরীক্ষা থাবা ছাত্রসু নত্তে, সুধানা ওজা লৈত্রবরা হায়দুনা য়েংলুবদা ওজা নুপাদু লৈরমদে। সুধানা হায়রুই- "ওজ! ছাত্র নত্তবা অঙাং অমা কাসিদা চঙখিবনি সুকথোক থোক্লক্লে খর য়েংবিয়ু"।

"নঙগী নঙগী কাদা য়েংবীয়ু মীগী কাদা হুইশা নাইশা তৌবিনু" মমিৎ লাওথোক্তুনা পৈরদনা হায়রকখিবনি রোবার্তীনা।

"করি ব্রানো ওজা, মসি স্কুলনিনে ওজাগী য়ুম ওইরবোই খল্লুরবরা? মফমসিদা। মীপুম খুদিং মান্নবা নিয়ম ঙাকমিন্নবগী তঙাইফদবা লৈবনি" তপ্না হায়রুবনি।

"অদু অদা খঙদে ঐগী কাদি ঐগী কুসিনি" য়াম্না মশোম ফল্লদুনা মলোম ফুদোকপগী মওংনি।

মুখা অঙাংনি জ্ঞান তাদদুনা তৌবা ওইরিনি খন্দুনা শাওবা নেম্লুরবনি। হঙোইনা বোরোরবদি লিনহানা দায় লৈতে। লৈশাবী শাইরিতৎ হায়দুনি।

"ঙরাং ঐঙোন্দগী লৌখিবা চেদুনা ইরগা নচানিপাদা পিরমগনি অদুননি।" হেক হায়রকপনি অশাবা ওইদবা নাতোক তৌদুনা।

সুধা অহল ওইরবনি য়াম্না নেমথরুরবনি অদুবু নত্ত ওইদবা ঙাঙলকপদুদা- "নঙদি পারসোনেল এটেক তৌরেনা লাউ ইচাদো মনীংগী স্কুলদা তাখিবনি গাড়ী ওক্তোসে ব্রাইগে নঙ চৎলগা ফারুচো" অশেংবদু খঙনবা চৎলু হায়রকপনি সুধানা।

খুদক্তুদা রোবার্তীনা ওজা অহনদুগী অনোক্তু লাক্তুনা লংখিবনি। খর তেক্লে।

মথংগী নুমিত্তা পৈশা খর চঙদুনা শেন্লুরে, কনাদসু করিসু হায়দরে।

নুমিত্তুদা প্রিন্সিপিললনা সুধাদা হংলকই মদুদসু অচুম্বদু অদুম খুম্মী "ঐনা ইচাদা মতেং পাংনীংবা লৈরবদি ইচানা তারিবা স্কুলদুদা ব্রানোমদুনা তাহনবা য়াবনি ওজা"।

ঙাইহাক লৈরগা প্রিন্সিপালদো গাড়ী থৌদোকখিবনি। স্কুলশিংদুদা য়েংশিল্লুনবা চৎখিবা ওইরিনি।

য়ুম য়ৌরগা ইংনা ফম্নবা কান্দা মচানিপাদা হংলুই- "বোই প্রিন্সিপাল চৎখিবদো নখোয়গীদুদা লাকপরা?"

"লাকই মম্মী, ঐখোয় সেন্তরদা য়েংলম্বনি" ইচম চম্না বোইনা হায়রকপনি।

"নোটকা ফাখিবা লৈবরা?"

"ফাদে, মম্মী, ঐদি নোট তৌদনা ফমমিন্নবদুসু তৌদমাল্লে।" মামানা হংলকলিবা ব্রাহংদুদা মুম্না ব্রাখল তৌরকই।

সুধা কোম্নদি মচাদুদা স্কুলগী ক্রাইসিসকী মরমদা মরীক চুম্না লীরকই- "বোই নমাগী

ইজ্জৎ শোকপা থবক তৌগনু, লাইরিক পানীংদ্রবদি তম্বসু তোকপা তাবনি।

অতোপ্পা শিনফম অমা খনখো, নত্তদুনা ওইদবা পাম্বেনা পাস তৌবা পামদে, ঐদি ফত্তবা চৎনবীসে য়ানীংদে, অঙাংগা হুরানবা তম্বীবনি।"

"ময়ামগা মান্নদ্রবদি করম তিন্নরুনি" অশেংবা মতমগী ব্রাদু ভাঙলকপনি অঙাংদুনা।

"ময়ামগা তিন্নবা নুংঙাইনবা নোট পিশিনবদা শৌগৎপা তারিবরা?" সুধানা মচাগী মবুক খঙদোক্লবা হংলকইবনি।

"অদুদি ফত্তে, শৌগৎলু হায়জরোই অদুদা...।"

বোইদু মখা তাদনা লেপখি। ভাইহাক লৈরগা মমায় থাগৎতুনা অমুক মখা শমথরকই- "মতমসিগী চৎনবীসে নোংমা নোংমাগী ফত্তবা হেঙ্গৎলকইবনি।"

"অদুনবু হৌজিক ইদুকেসন হায়দুনা হান্ননা মপুং ফাজরবসিগী মমাঙদা ক্বালিতী হায়বা এদজেক্টীভ অসিমসু ফমহনবীরেদনা। মসি য়াম্না ফত্তবা চৎনবীসিনা পুরকখিবনি। হান্না লৈজরম্বা নত্তে" মচাগী মবুক্লিং মরৌশিং চাংয়েংনীংবগী ভাবতা মখা থর অমুক হংজিল্লকই।

হৌজিক নহারোল য়াওনা থিংনবা হোৎনরকপসিদা ওজা অমা নোংমৈনা পান্দুনা শিরেদনা অদুগা হৌখিবা চহীদা দি এম কোলেজদা ওজা অমনা মখোঙদা কাপ্পন্নেদনা।"

"মদুদি নোট ফারুবনিবু হায়নৈনা।

"খঙদেদা ইবুংঙো, অফবা তৌবসু ফত্তবা মীওইগী য়েক্লবা ওইবনি। হীংবদা য়াম্না লুরবা মতম অমা ওইরবনি।"

সুধা য়াম্না নুংঙাইতবগী মম্মী তাই মাগী মায়থোঙদা। মচানা মমাগী নুংঙাইতবদু খঙখিবগুম তৌখি অদুগা মমাদা অমুক ব্রাহং হংজিল্লকই- "অদু মম্মী মদুগী হৌরকপফম কদায়দগী ওইরম্বা য়াবগে?"

"বোই! মসি ইমাগী মোত্তদি মমা মপাশিংনা মচা অশোনবদু পাস তৌহননীংবদগী মতম অমদা ওজা, চাক কৌবগী চৎনবী অমসু লৈরকখি। ইনাক খুনবা মমা মপাশিংদুদগী পাক সন্না শন্দোকখিবনি হায়নীংই।" সুধা অশেংবদু লোত্তুনা থম্বা পান্নক্লে। মাসু ওজানি চহী কুইনা ওইরক্লবা শিনফমসিদা।

"চুম্মী, মম্মী অদুদি হৌজিক অমুক ক্বালিটি এদজুকেসন পুরক্লবা হায়দুনা পাকসন্না ভাঙননরক্লিবসিনা করম তৌনা পুরক্কনি" বোই য়াম্না খঙনীংনা মমাদা হংলকই মসিসু মতমসিগী বর্নিং কুইসন অমদি ওইরিবনিনা।

য়াম্না লায়না লৈ মদুদি। ওজাশিং অমদি মমা মপাশিং পুন্না জ্ঞান তামিন্নরবদি অঙাংশিংনা ফের লাওবা ওস্বগী ব্রা লৈতে। য়াদ্রবদি মখোয়সু পাবা তাবনি। মতম অমদা ঐখোয়সু পারক্লীবদুনি। পৈশা পায়বশিংনা নিয়ম হেক হেক থুগাইরকপসিগী লায়েংবদা ঙমদ্রবা

কেল্সরগুম ঙসি অশেংবা ইভালুএসনগী শকতম অমা ফংবা ঙমদ্রিবসে।”

“মম্মী ঐদি অঙাং ওইরিঙৈদগী মিসন স্কুলদা তম্নকখিবদুদা নোট তৌবগী আর্টসি খঙলক্তে। মথং সেকেন্দরীদা তম্নকপদা পাদনা নম্বর ফংবদু ঐসু পাম্নকপনি। মদু ফৈ হায়নদি লৌজদে” য়াম্মা কিজনা মমাদা ব্রাফমসি হায়রকখিবনি।

“য়াম্মা ফরবনি। মদু খঙবা ফত্তবদু তৌদবা ফৈ। নমাগী মোত্তসু খঙলেদনা” সুধা খর কল্লপ মচাদা মসি তৌহল্লীংতবগী শাফুদা হায়রকই।

“খঙজরে মম্মীগী নুংঙাইতনবা তৌরোই ফেল ওইরগা অমুক থাবনা হেন্না ফৈ খল্লী য়াম্মা খল্লগা মমাগী মমাঙদা মমিত্তু তুকথরদু হায়রকপনি।

“ফরে ইবুংঙো! নঙ লাইহিরিক পারুরো। পাবা তম্লকপা নুমিত্তগী তম্বা তোরুবা তৌকো।”

অশাওবা পূম্বা মচাগী মথক্তা হৈথরকপনি করিগীনো খঙদে। তৌববুদি মচাদো মতমসিগী হৈনবী ফত্তবদুদা চুশিনহনখিদনবা ব্রার্নিং তৌবা ওইরম্বসু য়াই।

“ফনি মম্মী” তুমিন্না হৌগত্তুনা ইমুংদা চঙখি বোই।

সুধা অসুম্না মচানুপাগা ব্রারী ঙাইহাক শারুরগা থম্মোয় পেঙখি। অদুবু হৌখিবা চহী কয়াগী মমাঙদা থোকখিবা ব্রাফম অমদি কাউবা ঙমজদে।

মচা য়াইমগী হাক্তক্তা ওজা একজাম দ্যুতি লৌদে, হংলুবদা অসুম খুম্নকখিবনি- “ইবেম্মা, অদু য়াইমদো লাইরিক পানীংদে, কয়াসু পাংদবা জাৎনিদা, নোট তৌরুদুনা ঐগী ইজ্জৎ মাংলগদ্রা অসিনি।

অদুবু ওজা ময়াম পূম্নমক্কীনি মতোমতা তৌদ্রগা ফেল ওইরদি কমদৌবা” ঐনা হায়রুবনিদা।”

“ফেল ওইরগা অমুক থাজনি। থাবা তল্লগা তোকপা হায়দুনি। ঐদি ওইররোইদৌবা অঙাংদো শৌগৎপা পামদে” য়াম্মা ইমোসনেল ওইনা খুম্নকখিবনি।

হৌজিক সুধা য়াম্মা নুংঙাইরে। নহারোলনা কন্ট্রোল তৌখিবদগী নোট তৌবগী থবক লৈখিদরে। ময়ামগী মীৎয়েংদা মরীং মরাংনা লৈরম্বদুসু কোকখরে। মখ্বায়সু নুংঙাইনা থবক তৌজবা ঙমলে।

নাথৈরুরবা ঈচেলনা অমুক হল্লকপদা তোর্বন্দা ফমদুনা খোঙ-খূৎ শেংনা হামদোকচরে ওজা সুধাদো।

# ঈন্নাওখোন

"বেনু, ঙসিদি লুপা ৮০০ পীয়ু" য়ুম্বুরেম্বনা মাগী নুপীদা হায়রক্লীবনি অয়ুক অঙনবদা।

"করিগী ওইরবনো মাইপাবুং?" ইঙক ঙক্লা মরম খঙনীংদুনা মাগী নুপীনা হংলকপনি ঙকচাননা।

"তাদ মাখোপখোয়' পাবুংগী শোরাৎনি ঐনা ঙসি চৎকদৌরিবসে" পৈশাদুগী চন্নফমদু ময়েক শেংনা খঙহল্লকই।

"করিগীনো অদুক য়াম্না শেলফমদুদি?"

"করিগী য়ামগদৌরিবনো? ৫০০/- দি পাংদবা য়াদে, চহমসিনা ১০ চৎপী কায়রগা অহুন্নক্তি চঙদবা য়ারিবরা?" য়াম্না লেম্না তৌফম থোকপদু শুগায়না হায়রকপনি য়ুম্বুরেম্বদুনা।

"য়ামনখরে অমুকতমক চঙবীয়ু। ২০০/- দং পাংবীয়ুদা"

"মদু য়াবা নত্তে বেনু, চৎনবী হায়বসিসু চৎতবা য়াদবনি। সমাজসিদা হীংলিবনিনা।"

"হীংলিবনি হায়দুনা ইমুংদদি পৈশা লৈতনা মদুগীদমক হৌজিকপু পোৎ-চৈ সনা ব্রাইদুনা বন্ধব থম্লুবা তারিবরা?" শাওনীংবোই করিবোই লৈথোক্তুনা বেনুনা হায়রকপনি।

"তৌদ্রবদি হৌজিক করি পুদুনা চৎকনি শোরাৎসিদি" মমিৎতু লাওথোক্তুনা হায়রকই।

"ঙসিগী মণিপুর ইরাং ইপাক্ত তাওরে, ইরাং ফিজেৎনরক্রবনি মসিবু কনানা খঙ্গবগে? সরকারনা শেল থুমগী ফিভম ফত্তে হায়দুনা থা ২/৩ লৈরগা কর্মচারীশিংগী তলব পীরি। কর্মচারী খুদিংমক অব্রাবা মায়োক্লরিবনি" বেনুনা মতমসিগী মণিপুরগী শেল-থুমগী ফিভমগী মরমদা ব্রাহৌরকপনি।

"অদুবুদি চুন্নীবনি বেনু" মাসু য়াবা তাবনি মতমগী অচুম্বা ব্রাফমনিনা।

"মৈতৈ দেব-কর্ম ঈশৈ শকপদা থাবদি লেপ্তে, চৎনবীনি তৌদবা য়াদবনি, পুদুনা লংদুনা চৎনবীসি চৎনবা হোৎনৈ।" কুঞ্জেগী মতৌদুদা বেনু শাওরংনদুনা পুয়া থিথরক্লিবনি। অদুগা মখা অমুক তারকই- "হৌজিক অমুক নিঙোন চাক্লৌবগী মতম য়ৌরে। মচন চাক কৌদবা য়াদে, মানা মানা পাম্বা পোৎসু পীগদবনি। থা অনীগী তলব ফংলে, হান্না থা অহুম পৈশা ফংদনা হীংলকপনি, দুকান্দগী শোৎলুবা সনা লিক্কোন বন্ধোপ হন্দোকপসু কোম্নদে, মথংসিদি করম তৌবা তারিবা" বেনু তৌফম খঙদবদুনি শেংনা হেক্তা হায়দোক্লকই।

নীংথিনা হায়নদুনা ৩০০/- দা য়ানদুনা ইরেন শোরাৎ চৎখি। নুমিদাং চাক-ঈশিং চারবা মতুং টি ভি দা 'কুন্তী' সেরিয়েল য়েংলী কুপ্তোগা লোয়ননা। মচা মখে তুমখরে।

"য়েংউ মাইপাবুং ঐনা থেংননরকপা ব্রারী অমসু লৈরে"।

"করি ব্রারীনো তাসিদনা" য়াম্না তানীংনা কুপ্তোনী হায়রকপদুদা মথন্নায় নুংঙাইনা বেনু ব্রারী লীথরকই-

"তাবিয়ু লীজরক্নে"

বেনু অসি হায়রদুনা ব্রারী লীবা হৌরকই- "অকবর শাহ রাজদরবারদা ফন্ত্রীঙৈদা খুৎহৈবা অমনা ফজরবা লৈরোং হকপা ইনফি অমা বাদশাহদা কৎলরি। মহারাজনা ফিদু পূক্লিং চঙনা য়েংই। হকচাংদগী খর তেয়া উরকই। পূক্লিংদা ব্রাখল অমা খল্লকই- "ঐ লৈমায়দা হিপকে, চাদরসি ঐঙোন্দা কুপলকউ"।

বাদশাহ লৈমায়দা কালিন মথক্তা মখোঙ শাংনা তিংথোক্তুনা হিপ্লকই। খুৎহৈবদুনা চাদরদু বাদশাহগী হকচাংদা কুপ্লকই। চাদরদু খোঙ কুপ্লগা কোক থুংদরে কোক কুপ্লগা খোঙ থুংদরে। অদুদগী দরবারদা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক্না বাদশাহগী হকচাংদা ফিদু কুপ্নবা হোৎনৈ। কনামতনা খোঙগী তোন ফাওবা থুংনা কুপ্লা ঙমদরে।

"মহারাজ ফিসি পিকই অদুননি" দরবারী অমনা য়াম্না নোম্লুক্লা অচুম্বদু হায়জরকই।

"বীরবল লাকখিসনু। ব্রাফমসি মানা খঙগনি" মরকসিদা বীরবল লাকই, হায়রকই- "মহারাজ অব্রা-হুইজোং লাবীববু...?" য়াম্না নোম্লুক্লা হঙৎলকই।

"বীরবল দরবারী পূম্নমক্না নঙবু কল্লকই। পূম্নমক্তগী নঙবু হেম্না লুনা তৌই 'সিনি। মখোয়দা নঙগী নতিক উত্নুনা তাকউ। ফিসি ঐগী হকচাংদা কুপ্নবা হোৎনবদা কুপ্লা ঙমদরে।"

ফিদু লৌরগা য়েংই- 'খর পিকই' হায়রকই- "করিবু পাম্বীরিবনো মহারাজ?"

মহারাজনা কালীন্দা হীপথরগা হায়রকই- "ফিসি ঐঙোন্দা খোঙদগী তোনফাওবা থুংনা কুপ্লকউ।"

"মসি অরুবা থবক্তি নত্তে, অদুবু মহারাজ, চুম্না হীপ্লিয়ু অঙাংনা হীপ্লগুম খোঙদু কোনশিন্দুনা।"

মহারাজনা অদুম্না হীপ্লম্মী। বীরবলনা মহারাজগী মথক্তা ফিদু কুপ্লকই। হকচাং পূম্নমক খোঙসু তোনসু নোক্লদুনা হায়রকই- "মহারাজ ফিদুনা শাংবা মখেদা খোঙ তিংথোকপিয়ু। চাগা য়েংনা চাদিং তৌগনি। চাগাদগী চাদিংনা হেল্লবদি ঐখোয় মালেমদা হীংদুনা লৈবা ফাও ঙম্লকলোই।"

বেনুনা ব্রারী লোইরকপদা ব্রাফম অমসু নোৎশিল্লকই- "উচেক মচানা মহুম পিক্লা শাই, অচৌবনা চাউনা' মসি মসু তথ্বাই ফাদনা খঙজিনবীয়ু নৎত্রবদি ইচাশিংসে শেন্দোনগী

ঈরৈদা ঈরাক্লদুনা শিবা তাবনি'' অশেংবা তাইবগুদা ব্রাতারকপনি।

''খম্লবদি তাই নংত্রবদি অব্রাবা নংবা তাবনি'' হৌজিক্কী বরনিং কোইসন্না চাক্লৌবনি। করি করিদি লৈবীনিংলিবগে'' কুপ্পোরোমদা ওনশিন্দুনা ব্রাহং ওইনা হংজিল্লীবনি।

''ফরে নগুনা অরৈবদুনা কোম্লনবা শিন্নু। মদুদা ঐ করিসু অমত্তা হায়ররোইকো'' ত্তান য়াম্না তারবা শাদুনা ইমুংগী অব্রাৎপরোমদা ঈঙ্গিৎ তৌরক্লীবনি।

''নুংঙাইজরে ঐসু ইচনশিংগী মীমাগুদা চোপ্তনবা তৌগনি মদুদা হোরেন মাইপাবুংনা অমুক দুকান্দগী শোৎতুনদি পীবিরোইকো'' মপূক্লিং থৌদোক্তুনা লৈদুনা হংলকপনি বেনুনা।

''পীররোই বেনু, নগু ব্রামল্লে, ঐসু খগুদবা নত্তে।''

অসুম্না বেনুগী ইমুং কুইরবগী তুংদা ইংনা হীংজম্নবগী মরু ওইবা ব্রাফমদু খগুনরকপগুম তৌরক্লিবনি। অদুবু মরকসিদা মচানুপা পাখগুদুনা কোইরুবদগী হঞ্জিল্লকই। মমাদা হেক হায়রকই- ''ইমা ঐগী গাড়ী মচা অমদি লৈদবা য়াদ্রে। কলেজ কাবদা মীগী মচানা গাড়ী তোংদুনা লাকই'' য়াম্না নুংঙাইতবা উত্তুনা হায়রকপনি।

''ইবুংঙো! হৌজিক কান্দা গাড়ীনা ব্রাইটাইরে, সরক ফুল্লে, ঈশিংনা থৌবা য়াবসু নত্তবা।''লয়দনবা মওংদা মচাদা নাকোয়ননা হায়রকপনি। হৌজিক কান্দা গাড়ী তোংদ্রবদি কলেজ কাবা য়াদ্রে, ইমা'' মতমসিগী অওইবা ফিভমদুদা বেজ তৌরকই।

''করি ব্রানো? ঐখোয়দি চপল ফাও তোংদনা কারকখিবনি।''

''নখোয় অচা-থাও তৈরিঙৈগী ব্রাদুবু হৌজিক চৎনবা য়াবরা?''

''অদুমক্তী হায়খিদেনা।''

''অদু ওইরবদি ঐগী গাড়ী লৈবদা করিগী য়ানীংদ্রিবনো হায়বা'' মরৈ ওইনা হেক্তা য়েৎলকপনি মচানুপাদুনা।

''য়াদবা নত্তে, লৈতদুনা হায়বনি। অরৈবনা তৌবা মতৌ খুদিং লৈতবা ঐখোয়না তৌবা ঙম্বা হৌনদে'' মমানা মচাগী ব্রাদু থৈদোক্লবগী হায়রকপনি।

''করিসু লৈতবা লৌমী মচা ফাওবা গাড়ী তোংই ইমা'' থৈদোকপা য়ারোইদৌবগী মওংনি মচাগী মুকখাইদুনা হায়রকলিবদো।

''লৌ শগুম অমদি য়োল্লন্নগনি। মথং চহীদা পূকচাক ব্রাৎলকপদগী গাড়ী থাউ হাপ্লবা লৈতদুনা কোৎহিয়ং কাবা মতাং লাক্তুনা কোনচাক য়োনবদা য়াওরকপসু য়ারি''

''ইমা, অদু ফাওবদি হায়দবনা ফৈ'' শাওনা হায়রকই মচা নুপানা।

''মসি মীগী ব্রা ঙাক্তসু নত্তে ঐখোয়গীসুনি। তলব মচা অমা চারিবসিসু মতম চানা ফংদবদগী মহাজনগী পৈশা পুরুরগা মখোয় অমুক হাপ্তুনা শিংবা। হৈক্রু মনাদা য়োম্বা তলব অদুগীসু মথক্তা অচৌ অশাং ময়ামসিগা মাম্লনা হীংবা ঙম্ববা ফিজেৎ লৈতেং চাকচা হৈজানবা

পোৎপাং চৈপাং চপ মায়ে, খন্দোকনিঙাই লৈতে। অদুদা নত্তনা যুমরৈ কৈরেসু মান্নবা ঙমনবা হায়দুনা পু-লংদুনা ফরনিচর, কলব তিভি, সি দি মেছিন, ব্রাচিং মেছিন, মতমগী য়াওনদি য়াওদবা য়াদে কোনবা কোন্নদবগী ব্রাসু লৈবিবনি। তলবকী ফিভমদি করম তৌরি? অনীগী চাং চানরিবরা? চানদ্রিবরা? হায়বদি কবিসু খঙ্কুরুদে।" মরী মরী শমথবকপদুদগী মচানুপাদু মাগী কাদা চঙখ্রে।

বেনু মচাগী ব্রা লোইবম লোইফাৎতনা মতম অমগী ব্রাফম অমা মীৎমাঙদা চোংথরকপনি মদুগী মরুদুনি মানা য়ান্না চেকশিন্না খিদোক্নবা হোৎনরকখিবদুমক্কী মাগী কোক্তা চঙলক্লীবদুসু।

মতম ফরিঙৈ, কুম অমখক শাগৈগী মতৈমা মপী খরা মখারোমদগী চাক্লৌগদৌরিবনি হায়রখিবদু। খুদক্তা বেনু অরৈবা খরনা লাংজদুনা লাক্লিবা পূন্নমকপু ফিরোল অমত্ত ওইববসু পৈশা খর খর হাপ্তুনা দক্ষিনা তৌজরম্বনি। অদুবু কুঞ্জোনা লম্বীদা দুকান্দগী কম্পোর শোত্তুনা অমুক নোৎশিনখি হায়বসি কোন্না দুকান মপুনা পৈশা থৌরক্লবদুদতা খঙনরকখিবনি।

মদুগী মরুমদা কুঞ্জোনা ফি শোৎলুবা শাগৈদু অমুক মরী তৎনরকপগুম তৌরকখিবনি। মদুদা বেনু খোয়না নুংঙাইতবা লৈখিদে মরমদি য়ার- "নারবা কান্দা নাক্তা লেম্নীরদ্রবা শাগৈদবু নুংঙাই য়াইফবগীদমক্তা ফু কাইনদুনা থমখিগদরা?" সিনি মরু ওইনা মাগী কোক্তা অয়াম্বা মতমদা ব্রাইচিনহল্লরিবদুমকসু।

মতম অমদা কুঞ্জো মানা থদত্তুনা থম্বীরম্নবা শাগৈদুমক্কী মখোয়দো। অদুনসুনি বেনুনা করিসু নাচুংখিদবগী মরমদুসু।

অদুয়া শগৈ ফাওবনা মওং অমা ওইনরক্লবা যুগসিদা ফিভম চানা হীংহৌদ্রবদি কনাসু মতেং পাঙবীনীংদে অদু ওইনমকসু ঐখোয়দি পাংবা ঙম্নবা হোৎনদবা য়াদে।

মীওইবগী লমচৎতি মীগী মতেং পাঙবা তম্বা তাই অদুবু ইমুংগী খরচ ফাও কোন্নদবা চাদিংনা চাগাদগী হেন্না চৎলবদি মীগী মতেং পাংনীংই, পাংফম থোকই হায়দুনা করিদি উপায় লৈরিবগে?

# নাইতোম তারবা চেক্লা

নুমিদাং ব্রাইরম, নুমিৎনা চীংয়া থাংবা কানদা তময়ানা কোরি চেনবা, মালয়া নুংশিৎ নামিবনা লিরী নাপ্পা চিক্লা হুন্নবদা, নুংশাগী মৈশানা চাকথেক্লুরবা উপাল-ব্রাপাল, নাপী-শিংবী কয়া ঈংথরকপদুদা ইংলগদবগুম, পূক্লিং-হকচাং তেকখৎনরক্লী।

চীংয়া তময়া নোংজাবীনা ঙাংঙানরবা মচুদা জগোয় খূৎথেক লৈবগুম, তপ্পা ইংনা পাইরিবা। নুমিৎ চুপ্পা চাক্তারুবগী ব্রারবা চেক্লা কয়াসু তুফাং খপ্পা পাইমিন্নৈ, নুংশি চীল্লোক্ল অহাংবা অতিয়া মকোয়দা।

"নাইতোম তাবী ওইদুনা ফন্নী লৈকোন্দা ইরোমদোম পুন্সিদা মপাং লৈজদ নুংশিবা কনা য়াওদনা ইদোম নীংবা কায়বগী পোৎপু পুরদুনা পুম্ব্রী মপান্দা, শীঙ্গারে মখোঙদা, চীক্লা ইচিক থেম্বসে, হা চেক্লা নখোয়বু উরুরগা ঐগী পুন্সিবু নীংশিংদুনা ইদোম তাবা চেক্লাগুম থব্রায় মিপাইহল্লীবা করি মতৌনোনে ইতারোই"।

"অসুম খল্লদুনা ঐহাক ইদোম পিরাং শিন্থদুনা কনা মতেং লৈজদ, পলেম পাঙ্গলদগী লুপ্লাকোন্দা নাওয়োক্লক মীমান্নবা ঙমজদ, তাইবঙ মীরক্ত হীংদৌ শরুক ঐসু নখোয় নরক্ত তিন, চেক্লাচাগুম তিল্লগে, ঙাইরমখোনে মরূপলোয়।"

"অদুঙৈ ইবেমবোক্কী চাকঙাই ব্রারীদা উচেক লাংমৈদোং মতু খুঞ্জিন্দুনা মশাদা তুশিঞ্জরগা লাংমৈদোং মরক্তা উচেক ওইনা পাইখিবী ইচাতোম্বীসু নৌহৌনা নীংশিংলকখি।"

রশ্মী অঙাং ওইনা লাইরিক ফজনা তম্বা হৌরকই। স্কুলগী মমান্নবীশিংদগী তাদনা লাকই। মবুং মৌপ্বা লৈজদে মচে অনী লৈ। মখোয়দি মপাবুং লৈরিঙৈদা ডি এম কলেজদা পি ইউ সি ফাওবা তমহৌখিবনি। ইমুংগী ফিভম্না শাফরিঙৈ মাগী মাগী চান্নজবা নিপাদা লুহোংবিরন্নবনি। রশ্মী মতোমতা ঙাইহৌরে লাইবক থীরিবা। ইমুংদগী লৈতবসু উরকই। আশানসু চাউরুবনি। হৌবদগী ডাক্তর তম্বা পামজরকখিবনি। মপাবুং লৈরিঙৈদদি মচা তোম্বীগী পূক্লিং থৌগৎপিরম্বনি। হৌজিক খঙহৌদনা লৈখিদ্রবদা রশ্মী অব্রাবা ঈপাক্তা তারকই। মমা ইবেমহল মচাগীদমক্তা খনবদা ব্রাজৈ "করম থোক্লগবা ইচানা লাইরিক অসুক তম্লীংববু ঐনা নুপী ওইরম্বনা মনীং থুংহনবা ঙমলোয়দৌরে।"

নাম্মা ব্রাৎলবা পুন্সিদা মনীং কয়া থুংজদে। মতমগী খোঙলৈ তুংইন্না ঙরাং পোন্নম্মবা

লৈবাংদো ঙসি ফুগাইনা মশাৎলি। লৈরাংগী কেন্নবা মতমসু অকক্লবা ওইরকই।

তাইবঙ লৈরাংগী পুক্নিদা নোংমা নোংমা হৌখিবনা লৈশা কাংদোং ফারকই। লৈনারম্ভা লোৎচবী অপোম্বা লৈরাংসু শাৎনবা মতম লৈজেদো। মপান থোকচদনা লোত্তুনা লৈজবী ওইদুনসু লৈরাংগী লৈনমদি মালংনা পুদুনা মায়কৈ শিন্না য়েল্লুবনি।

রশ্মী নোংমা নোংমা চাউশিল্লকই। চাউর কাংদোং ফাদুনা মপূং ফারবী চুং ফিরান চানা ফজরবী লৈশাবী ওইরকখিবা থোয়না ঙকনীংঙাই ওইদে।

লাইরিক লাইশুদা থব্রায় য়াওজরকপী ওইবনা বুদ্ধি লৌশিংসু চঙখোল্লি, মমা ইবেমহলগী ব্রা তান্নফম ওইদুনা ইংনা চীক্লা পাঞ্জরীবনি।

লায়র কোনগী লৈরাং লৈশাৎ তম্নু য়াবরা? রশ্মীনা মপূং মরৈ ফারকপা অউবা কনাগী মীহৌনফম ওইরকই।

হায়ঙম-তৌঙম্বা কনানা মচা-মমৌ ওইগে হায়রকপসু ময়াওরকই। ইনাক খুনবা চাউরেলগী মচানুপা তোমচৌগীদমক্তা মমৌ ওইজরগে হায়রক্লেদো। মমা ইবেমহলনা য়াম্ন া হৈ-শিংনা লৈথোক্লবা হোৎনজরকই।

“লাকপিরিবরা তাদা “ব্যাবহার কায়দনা হঙৎলকই লৈকায়গী অহল অমা ওইরিবা চাউরেন্দা।

“ইবেমহল। নচানুপী রশ্মীসে ইমৌ ওইজনীংদুনা নঙোন্দগী নিজগে লাক্লিবনিনে” য়াম্না হৌনা লোনচৎ লৈনা হৈ-শিংনা ঙাঙলকপনিদো অহন্দুনা নোংমা।

“লাইবক ফবনি তাদা। ঐগুম্বীগী ইচাবু তাদগী ইমৌ ওইনা লৌশিনবীগে হায়বদি অদুবু ..।”

মরক থৎনা চাউরেম্না- “অদুবু হায়বদি করিনো? ইবেমহল” ঙাইঙমদে অহলসে ইবেমহলগী পূক্লিং খঙখিবগুম তোই।

“অঙাংসে নৌসু নৌজরি অদুগী মথক্তা লাইরিক তমজনীংবনা ঙাওরিবনিদো। মতমসিদা মাবু থাজ-য়োনজবা হায়বসি মতম খরদি নুংঙাইগদৌবা মান্দেনে তাদা।”

লয়থোক্লবগী মওংদা হায়রকলিবনি ইবেমহলনা।

“কবি ব্রানো, ঐগী য়ুমদা লৈবসু মানবু তম্নীংলবদি তম্বা য়াইনা ইবেমহল” ব্রাঙাঙ কামজাউ হুন্না নাপল কাবা মতৌদুনি উৎননবা হোৎনরকইবা।

“তাদা অদু নুংঙাইগদৌবা মান্দেদা। ঐগীসিদা মনীং তম্না তমজখিসনু হায়দনা তৌবনি। য়ুমগী মৌ ওইরগা মখা তম্বা হায়বদু সমাজ মমাঙদা ইকাইজেদা” মরৌ লৈবা ব্রাঙাঙদুগী অর্থবুদি খঙলিপোৎনি চাউবেন্দো অদুবু অমুক মখা শমথরকই- “তৌনু তৌনু। মশাদসু

হায়দুনা ময়েংউ ঐ অমুক লাকখিগেকো ইবেমহল।

হৌখিবা য়াওশং থাদুনা মেট্রিক থাখিবনি হায়দোকলকপদা রশ্মী ফার্স্ট ক্লাসতা পাস তৌরকই। কয়া হরাওজখি, মমা মচেশিং লোয়না। অদুবু মথংগী মিকুপ্তা মখা তমথনবগী অৱাৎপদু থম্নরুবদা অৱাবা অমসু ফাওরকই। নুংঙাইজরব্দু লোইখিদুনা মথংগী নুমিৎতগী নীংবা কায়বগী লৈচিননা থানা কৃপশিল্লক্লিবনি। অদুবু পূক্লিং ফাথজদুনা মচেশিং লৈরি চাওথোকচখিবনি।

তন্না চৎখিদুনা মচে চৌবীখোয়দা মাগী মতেং পাঙবীয়ু হায়জনবা উনরুরে। "ইচে চৌবী নঙ ঐবু লাইরিক মখা তমহল্লু হায়মী" কেজবনি হান্নদগী মচে অনীনা লুনা-চান্না তৌবিরকখিবদুনসু।

"ইনাওগীবু করিগী পাঙদনি হায়গে? নতৈনি নঙনা ফাষ্ট তারকপদুদা কয়া হরাওখিবা" তরায়া ওক্লকখিবনি মচেনা নোক্লুনা।

"অদু ঐনা সাইকল অমা লৈবিয়ুকো। অদুগা ইচেমচাদা লাইরিক ফিরোন লৈহনগেকো ইচেচৌবী" কোথ কোথ হায়জরকই রশ্মীদো মচেদা।

"ঐ অমুক ইচে মচাখোয়দা হায়রুদৌরিনি"। অসুয়া মচে চৌবী খোয়দগী অমুক চৎখিদুনা মখা তানা মচে মচাদা মতেং পাঙবীনবা হায়রকপনি।

'ইনাওগীদি করিগী তৌদনি ইনাওনা ফাষ্ট তারকপদা ঐখোয় লোইনা নুংঙাইজরিবনি, মীগী মমাঙদা চাওথোকচখিবনি" মনাওগী পূক্লিং থৌগৎপীরকপদুদা রশ্মী মপূক্লিং পেঙ্গখিবনি।

"অদো ঐ চৎলগে" চৎকে তৌবদা মচেনা খান্নকই- "ঙাইখো ঐ ঙা মচা অমতং লৈরুগে, থোংনবা থৌরাংদুম তৌরম্মু "অসি হায়রল্লগা কৈথেন চৎখি।

রশ্মীনা চাক থোংনবা শেম-শারি মচেনা ঙা চাক ইল্লাং নাপী মরোইনচিংবা লৈরিঙেদা মতৈ লাকপা থেংনদুনা মবানি লাকমিল্লরে।

ৱারী শাদুনা ময়াম চঙদুনা চাক থোংবা লোইখরে। হরাও নুংঙাইনা চামিন-থকমিল্লবা লোইরদুনা মতৈনা গাড়ীদা ময়ুম য়ৌনা রশ্মীবু থিনবীরকই।

রশ্মী ডি এম কলেজদা মিংচন্দুনা ডাক্তর লাইন্দা চৎপা য়াবা সবজেক কয়ীনিসন লৌদুনা কন্না হোৎনরকই। মচে অনীগী মতেংনা মহাক পি উই সিদা নীংথিজনা তম্বা হৌরকই। মচে চৌবীনা লৈবীবা সাইকল তোংদুনা কলেজ কয়া কন্না হোৎনজদুনা পি য়ু সিদসু ফার্স্ট ক্লাস ফার্স্ট অদুনা পাস তৌরকই।

ব্রানা হোৎনজবা রশ্মী ঙসিদি পূক্লিং লুমজরে। ডাক্তর তম্নবা খন্নবা হৌরকই। মচে মতৈশিং য়াওনা। মখোয়গীসু ফিভম য়াম্না অদুক ফবদি নত্তবনিনা অদুগী মথক্তা মচা ১/২ য়াওনরকই। ফনা হায়বা শাবনি অচৌবা শেলফমদি মখোয়সু ব্রানা থোক্লকইদো। মনুং মপান নাইরকই অরুবা তাক্কক য়ৌরকই। মণিপুরদা এম বি বি এস তম্নবগী এন্ত্রান্স পরীক্ষাদা শেঞ্জা থুমজাগী মকোন শারকপগিদি ফনা য়াম্না কুইরক্লবনি। অদুগী পীনবা পৈশা লৈরক্তে।

আশা চাওবী রশ্মী তুমিন-তুমিন ফমদুনা অচিকপদা ব্রাখলগী ইপাক্তা তাওরকই। ঙাইহাক কপ, ঙাইহাক তুম, খর চা, খর চাদ, লেনলকপনা মশাদো অনা লোয়রকই। নীংথম অহীংসে কালেনগুমলে। মমা ইবেমহল ব্রাখল থোক্তে। য়োনবা য়াবা লৌ-ইথোলসু লৈনরিবা মচেৎসি নত্তনা অতৈ লৈতে।

রশ্মী মশাদা ফি থোংবা য়ারক্তে। খুয়াদা অরং অরংবা ঈশিং হানবদৌনা পোকখাইরকই। খোঙ-খুৎ অমদি চিনবানদা মফম অমা/অনীদা মশক পান্না উৎলকই। করি লায়নানো হায়বসু খঙদরে।

রশ্মী বুদ্ধি লৌশিং চাউবী নুপীমচানি। মতাংসি য়ৌরকপদদি ব্রাখল তৌরকই- "ঐদি হন্দক মপোকসিমদি মাংলেদনা, নীংবা কায়বগী ইরোম্নুংদা তাইবঙ পিথমনৌ তমথ্রবোইরে" ব্রাখলসি হেক খঙলকপদগীদি ডাক্তর কৌদুনা হিদাক কাপ্পদগী মহাক অঙকপা অনাবসিদগী কনবদি ঙমহৌরে, অদুবু মপান্থোংগী অনাবদুদি ফথরে। ব্রাখলগী মনুং হুলজিনবা লায়নাদুদি মতম লৈবা খিবিক্কী ওইনা লৈহৌরে।

"লাকচৈদা নুপীজাগী পুন্সি, নুপা ওইরম্বা থোক্রবদি লৈবাক লাম্ন চত্তুনা চাকরি তৌরগা তন্নী হায়সু হায়ঙমদা হা বিধি নোংদম্বা! নোংদম থিনা তম্বীরমবোই ঐবু।"

রশ্মী ব্রাখলগী ইপাক্তা তাওথরি, তাইবঙ পানসিদা অনীংবা অমা কায়খিবগী নোংমা নোংমা শোকচিন্নকই। অদুক নোই চাউরম্বী, চুং ফিরান চানা ফজরম্বী রশ্মী চাইরুং ময়েং তা, ময়াং কংবনা য়েংবা ঙমদরে। চাবা মচেৎ ওইরকখিবী, তুম্বা মপুং ফারকখিদবনা মরম ওইদুনা। মরমসিনা মমা ইবেমহল অন্না হুইজোং লাংলকই। পূক্লিং লৈতাফম খঙলক্তে।

মচানুগীগী লাইরিক তম্বগী হোৎনবদা নীংথিবা ফি অমা ফাও লৈরক্তবা কুইরবনি। হৌজিক ফমুংদা মীমাঙদা পুথোকপা য়াবা নীংথিরবা ফি অম ফাওবা তাদরে।

মচে অনী লাকই। মনাওগী ফিভম উরুরগা মপি ইবা চেল ওখোঙদুনা মপাবুং কৌদুনা তেংথা নাওইদুনা কপ্লকই। মপা কৌদুনা কপ্পমখৈ কপ্পুরগা মথা তারকই।

"হে করপসন নঙ পেল্লোকো। নহাক্নি ঙসি ইনাওগী ফিভমসি য়ৌথিবসিকো নৎত্রবদি ইনাওনা কনাবু কিরুনি মমায়বীগা মাং থানা পাস তৌরক্কদবনিকো। করি তৌরি নঙ মণিপুব পুম্বা য়োৎলগে হায়রিবরা?"' তৌফম খঙদ মচে চৌবীদো হায়নি হায়রোই খঙখিদরে।

"নত্তে-নত্তে ইনাক খুনবগীদি করি ব্রাৎলি? নহাকসিমক ইনাক খুনবগী চাবোক্ল ীকো। লায়রবা ঐখোয়দি হীংলনু হায়বা নৎত্রদো?" মচে মচানা অমুক মখা শমথরকইসি কায়রবা থম্মোয়গী খোল্লাউদুনি।

অসুম্না মচে অনীনা অব্রা-তেংথাজরকখিবনি। ইবেমহল ফিভমসিদা এম বি বি এসকী খননবা পৈশা পিজবা ঙম্বগী ব্রাংমদা লৈখিবনি। মপানা লাইফ ইন্সুরেন্সকী পোলিসি অমত্তসু য়াওবিরমদে। অথোক অথোকপা পূম্নমক মচা অনীগী লাইরিক তম্বা অমদি লুহোংবদা খরচ তৌখিবনি। অতোনবীগীদমক্তী করিসু খাকপিরমদবনি।

হৌজিকসু হীংদুনা লৈরিবা ওইরবদি চারা নামত্তা চারবসু মচা তোম্বীবু ডাক্তর তমহনবদি শোয়দ্রবা ব্রানি রস্মীগী লাইবক কনানা তম্বা ঙমগনি?

আশাগী হৌরকফমদু খাঙ্গুথক্তা থৎতুনা পুবিখিবনি নোংদম্বা মানা। ইবেমহলগী কৈথেনগী করবার মচাসিনদি ইমুংগী খরচ, লৈকায়গী শেলখাই-থুমখাই, আশি-অনাগী পোৎয়েং-চায়েং অমদি লেমহৌরিবা খরদুনা রস্মীগী লাইরিক তম্বগী খরচ। নোমজ-শুজবনি ফন কল্লা অদুবু নোংমা নোংমগী পুৎথবা হেল্লকই, মেনবা থুংবা ঙন্নক্তে। পোৎতাং-চৈতাংনসু ঈশিং ইচাওশুম হেনগৎলক্লিবা, করি উপায় লৈতে কপচবা নত্তনা।

নোংমা নুংথিল অমা ব্রাখলগী ইরোম্নুংদা তোরৈ ওই, তয়াং তশোইবা তাওরুরে অচীকপদা। য়াম্না লাপ্না খঙহৌদে ফজপ্রবা মফম অমদা রস্মী মদোম ফম্নুরি ইচিক থেমদুনা মালংগী।

মশক মতৌ চঙখোল্লবী, নুপী অমা শংবানবী সারী মতেক অমানা লৈতেংদুনা ফনেক শংবানবী অমা শেৎ কলিদা খর লৈ শল্লপ তৌরবী অমা রস্মীনা ফন্নীবা মফমদুদা তপ্না মো-হাদনা চঙশিল্লকই। মনাক য়ৌরক্লবদুদা রস্মীনা কৌরুই।

"কনা ওইরবনো" মাগী ফজরবা শক্তমনা রস্মীবু শুমহৎখিরস্মী। ইংনা চীংলেম্বীনি নুপীদো।

"ঐহাক মফমসিদা লাক্লিবনি" মহাক্লা য়াম্না নুংশিনা পূকথেম ব্রাহে কয়াসু হায়রক্লম্মী- "নতৌদু উবদা নুংঙাইতদুনা নঙনা উন্নবা লাক্লীবনি।"

"ইচে হায়না হেক কৌজরগেনে ইচে ইবেম্মা! ননাও ওইবী ঐহাক্তী লাইরিক মখা তমথবা ঙমদবদগী অমদি নীংবদু থুংনবগী আশা উরক্তবদগী শিনীংলুরে অদুবু পলেম অশোনবীগী খল্লুবদা শিবা ঙমদনা হল্লক্লে। হীংলি হায়বদা মঙাইরে, হীংনিংলুবগী মহাওদুদি লৈতরে।" মকশিল্লবা মায়থোঙদু লৈথোক্লদুনা হায়রকই।

"করি ব্রানো ইনাও' বেম্মা। নীংবা থুংবা ঙাক্তা ওইরদি মালেমদা "অব্রাবা" হায়বা ব্রাহৈসিমক লৈরমলোয়। অব্রা নুংঙাইসে ব্রাখল খক্তগী ব্রানি করিসু লৈতবনি", অচুম্বা

ব্রাফমদোমদা ঈঙ্গিৎ তৌরকই।

"অদু ঐদি করিতৌনি, হীংবা-শিবগী লানফমসিদা" রস্মী তৌফম খঙদনা হেক্তা হায়দোকখি মাগী পূক্লিংগী অরোনবা ব্রাফমদো।

"খাঙবা কল্লু, তৌগে খনবা থবক্তু তৌনবা হোৎনৌ, খুদোং থিবা কয়া থেংনরবসু মায়রৈনগনু। মীওইবনা তৌবা ঙমদবা থবক লৈতবনি। জীব খুদিংমক্তগী অথোইবনি" মপুগী খূৎশেমদা খ্বাইদগী থোইরবা মীওইপোক্লী, ব্রহ্মামক্লসু পোকঙমদবনি হায়নরিবা মপোকসিদা নীংবা কায়নিংঙাই লৈতে হায়বসি খঙহল্লক্লিবনি।

রস্মী পূক্লিং ফাথজদুনা খূতুম শিংদুনা হৌগৎলকই

"খঙলনি" খুদক্তা হেক হায়দোকখি।

"ইবেম্মা রস্মী কৈদৌরে, নমীৎ শীংউসে"।

# মমাগী মচা উগী মহৈ

"ইমা! ইমা! ঐখোয়সু লাক্কে, ঙাইখোও চৎখিনু ঐখোয়বু থাদোক্কুনা।" মচা নুপী অহন্দুনা কপ্পী মমাবু য়েংদুনা অপিকপা অঙাং অনীদুসু মচেগী মতুং ইন্নদুনা কপ্পীবনি।

অদুবু জীপ্তু থৌবা হৌখরে, কপ্পা কপ্পা অঙাংশিংদু মমাদগী লাপথোক্লকই। অউবা, অতাবা কয়ানা য়েংনরি তানরি, করিনো করিনো হংনরি অমনা অমদা, ব্রাফমদুগী মরমদা।

খ্বাইরম্বন্দ কৈথেন্দা মোনিকা, মমাগী পোৎফমদা মচা অহমদু পুদুনা লাকখিবনি। অদুবু হান্না লৌতুনদুনা লৈরম্বা পাঙল নহা অমনা মোনিকাবু পুদুনা চৎখিবনি। মচা অহমদু মপাগী ময়ুমদা জীপ্তা মবেনবোকইবেন্মা রাধে সনানা হাপ্লকপনি। কপ্পা কপ্পা মপা পোকপা মবেনবোক্কী মনাক্তা জীপ্তুগী থাংথবিরম্মী হেন্দনমেন্দুনা। পেরী-পেরী তৌদুনা মপি ইরা চেল্লীবী নুপী মচা সন্ধ্যানা মবেনবোক্তা তন্নকই। "করি তৌরে নমাদি লাকত্রীবসিবো" মবেনবোক্না হংলক্লীবদুদা।

"ইম্বোকপনিদকো তাইবঙপান' মপা লৈত্রবা মচা অহমসিবু অমুক হন্দোকপিরম্ববকো?" থম্মোয় শোক্লবী ভানুমতী মশু অহমবু য়েংদুনা হায়রকইবনি।

"অবোক ইমাদো মশানা য়াজদবনি, অদুবু নিপাদুনা নমদুনা পুখিবনি।" পি ইরা চেল্লদুনা হায়রকখিবনি।

"ফরে, ফরে ইশুসিদি। অবোক লৈরিবসিদি? লাক্লো, চঙলসি, কপ্পুরনু, নরাইবক্ল া তম্বা হায়বদুনি।" মশুবু থেমজিন্দুনা মবোক্তু মশুশিংবু কোন্দুনা ইমুংদা পুশিনবীরে মশুশিং উহন্দনা মপি লোল্লা লোল্লা তৈথোকচৈ।

"মপোপ মতাং ফগ্রবা ইচানুপা ধনঞ্জয় লৌয়াম উদুনা চহীগী ফৌনা চীংশুম পৈদুনা থন্নগা পোইনু লৌরোক লোয়রগা ইখোল শংবন শুদুনা ইঞ্জাং নাপীনা পুমশং শংবনি লৌবুক অমদি ইখোল থুংনা। মদুদগী খ্বাইরম্বন্দদা পুখৎ পুখৎতুনা য়োনবনি। ঙসিদি ইখোলসু লৌসু পূমকং কংলে। ইচা লৈখিদবদগী অদুগীসু মথক্তা অমুক অতোপ্পা উপদ্রোপ অমা মাংদা উৎপিররবা? হে ঈশ্বর নঙদি নুংঙাইরিনি য়েংবা, মপা-মমা লৈজদ্রবা অমদি মচা কায়নরবী ঐগী ইতৌসে? নঙগী খুৎশেম্মী পেন্না য়েংবীয়ু।"

অসুম্না অনুতাপ্পা চাক্লবা থম্মোয়বু ঈশ্বরগী থৌশিল্লি খন্দুনা ফাথজরগা মশু অহমদু চান-

থক্লবা শিল লাংদুনা পীজরে। মখোয়দি ওন্না তুমথগ্রে অদুবু ভানুমতী তুন্বা য়ারমদে। হৌখিবা ফিজং হাইগৎতুনা হন্না অমুক্তং য়েংজরকই।

ওসিদি লৌ পরী অমা য়েগদৌরিবনি। ফৌরেন লৌফমনি, তুরেল মপান তাবা। ফৌসু য়াম্না ফবনি। ধনঞ্জয় মমাদা হায়রকই-

“ইমা! ওসিদি খর ওন্না হৈথা-পোখাদো লৈবীরুরো”

“ফরে ইবুংঙো, মী কায়মুক্কী লাংগদৌরিবনো?”

“মী নিফুরোম হেন্না লাক্কনি হায়রকপনি, অদুগী চাবা থকপা ওক্লবা, কাদি অনীরক্তুন্বা য়েনবা তাই, কবোক লফোই অথুম অহাও অদুগা ইমা চাদি লৌফমদা অদুম লোনবা য়ানবা শিনবীয়ু।” “ফরে ফরে ইমা লৈরুখিগে।”

ভানুমতী খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল কাখি। মোনিকা চাক ঈশিং লোইরদুনা চানা থক্লরে। লৌদা পুগদবা পোৎ খুদিং চিপ্পদনা শন গাড়ীদা হাপকৎলি।

মরকসিদা ভানুমতী লাকই। পুরকপা পোৎ মফম চানা চানা গাড়ীদা হাপচিন্নবা মমৌদা শিন্নজে।

মনেম চা-থক্লগা য়ুম শংহৌই মগুশিংগা লোয়ননা। হোরেন ফৌ কারকপদা ওক্লবা, ধুপ থাওমৈ খোইজু-লৈথাম কেগামনচিংবা নীংথিনা তৈথোক শেংদোক্তুনা শেম-শাদুনা থন্নী কৈমাং শেংদোকই, ব্রাইতৈথোক্রে, মদুদা পূজাগী পোৎলম শেমদুনা থম্মী, থুমোক অমনা কুপ্তুনা।

ইমোইনুগী অথেনপোৎ মচু-তানা শেম্মী, চহীগী অনৌ অপেৎ শুনা হাপ্তুনা। য়ুমগী অকোইবদা তাইরেন পুমফাই চাইথোকই। চহীগী অনৌবা ফৌ কারক্লগনি খল্লুবদা হরাওজে, থম্মোয় মকা লামজে ভানুমতী। মগুশিংগী তুংগী য়াইফ মঙ্গলগী আশাদা পুক্রিং লুম্না লেপ্পুররি।

সঙ্গারকপা মতমদা শনগাড়ী পরেং পরেং মরী মরী কাররকই। ধুপ-থাওমৈ থাগত্তুনা হরাও-হরাও ওকচৈ, ধনঞ্জয় মমা ইবেম্মনা।

ফৌনা কৈদুমা চীংদুম পৈরকই। ভানুমতী মোমোন তৌজে। মচাগী য়াইফ থৌগাই খল্লুবদা পুক্রিং লূমজে।

মথংগী হাপ্তা য়ুমশকৈশা নুমিত্তা অনীশুবা লৌফম য়েগদবা নুমিৎনি। মনি মমৌ ব্রাজে ইমুংগী কৃপনোমদা। মোনিকাদি মপুরোইবগী মতেং পাওবা লৌকুম্বসু চৎলিবনি। নুত্তিগী খুল্লং অনী পাদুনা। মবানি য়াম্না নুংশি-চান্নরা লোয়নজে, অমনা অমবু ইকাই খুম্নজে। মোনিকা মপুরোইবগী য়াকা য়েংদুনা অওম্বা মতেং পাওজে, য়ুমদা হল্লক্রে ইমুংগী কৃপনোম, মনেমগী সেবা, মচাশিংগী মপুরোইবগী।

মায়গৈ থুংনা শুজে-নোমজে হকচাংদি চোকথরবসু থম্মোয় মকা লামজে। মপুরোইবগী নুংশি মিৎয়েং ফংজবদা। মনেম্মসু লুনা-চান্না লোয়নবী থবক অমা লৈবদা মমৌগা তান্নে, করি তৌসিগে, সিনা ফগদবরা? হায়না হংন-তান্নদুনা। মনেমসু মখূৎচাবী, মবূক তপ্পী থৌনা ফবী, শুবা নোম্বা কনবী মমৌ ফংজবদা নুংঙাইবগী মপান নাইখিদে। অহল ওইরকপগী খুইরবা ময়ী মরক্তা থম্মোয়গী আশাতনা ইরংলংনা ঙাম্মোক্লকই মায়থোঙদো মমান মমান্নবগী মমাঙদা মীরক তিনজরকই। মহাও লৈনা হীংজবা ঙম্নকই।

নোংমা মনেম্না কৌরকই- ''মোনিকা'' মমৌ নুপীবু নুংশিনা।

''করি ওইরবনো ইমা।'' ইমুংদগী খুন্নকই মোনিকানা মোং-হাদনা।

''ঙসিদি লৈকায়গী নুপী ময়াম কাং শান্নগনি হায়নে, মদুদা ঐবুসু য়াওদবা য়াদে হায়রম্মী ইচে মনিলৈমানা''

''ফনি য়াওবীয়ু ইমা, শেৎন ইন্নবা ফিদু য়েংজগে পুথোকপিরকউ।''

''সে সে সিহেক শেৎ ইল্লগা লোইরে। ফজদ্রবরা 'সিবো?'' ফিরোন্দু পুথোক্তুনা মমৌদা উৎলকই মোমোন নোক্তুনা।

''য়ানি ইমা। ঐ ফিসি শুজরুখিগে। ফনেকসিনা শঙ্গোই মচিদা য়াম্মোকচরমগে। হোরেন ঐনা ইস্ত্রী তক্লগা লোইরে ফিদু তিংথোক্তুনা য়েংলগা হায়রকই।

''অদুদি ঐসু চেঙহী লুরুখিগেকো ঙরাং ফূৎপদো।'' ''ফনি ইমা অতৈদি ঐ লোইনা তৌজরগে, ইমাগী চৎনবা থৌরাং তৌবীরুরো।''

নুংশিনজে মনি মমৌ, থব্রায় তাজে মমৌগী সেবাদা।

ফৌনা ফৌগে থল্লি, ইখোল শংবন লৌবূক তুনা ইশং ইশং শংলি, আলু কৌবী হঙ্গামনা। অব্রাৎ অপা লৈতনা পাল্লকপনি। মচা অহমদু স্কুলদা লাইরিক তম্বা থানবা থৌরাং তৌরকই।

ফৌ খর তাইদুনা স্কুল য়ুনিফোর্ম তুরুরে। লাইরিক খাও লৈরে। অসুম্না স্কুল থারকপনি। হৌজিক অহল নুপীদুদি ফনা চাউজরবনি ক্লাস সিক্স তম্নক্লবনি অনীদুনা থ্রি/ ফোরদা তম্নীবা।

ঘানা লৌবূক্তা থবক শুরুরগা হল্লকপদা মচা অহমদুগী লাইরিক ওরাইফমদা ফমদুনা য়েংলি ধনঞ্জয় মচাশিংগী কোপী মখোয়না স্কুলদা কারুরগা অমদি য়ুমদা তৌনবা পীরকপা পুম্বা।

সোমদা মোনিকা চা লোন্দুনা পুথোরকই চাকথোংনা থোংনা। নোংঙাল্লগা মনেম্না য়োল্লুনবা পোৎ ময়োম ময়োম শেমজিন-পুনশিল্লী, মফম চানা পৈশিল্লী।

ময়াম চাবা-থবক লোইরদুনা তুম্নম্রে। মোনিকা হঙ্গাম পুনবা হোৎনরি হয়েং য়োল্লুনবা মখুৎ লেপ্তে ফনা থেংলে ময়ামদু লোইনা হোৎনবদা।

তুমথবদা মঙাইরি কুইদে নোংঙাল্লকই। অয়ুক্কী থবক ইনখাং লোইশিন্দুনা শনগাড়ীদা পোৎ হাপকৎলি ধনঞ্জয়। মরক্তুদা চা লোন্দুনা পিজ পিথক তৌদুনা কৈথেন চৎননবা থৌরাং তৌনরকই। অন্নাবা খঙদে, থম্মোয়দা পেঞ্জে। ইমুংগী অরাৎ অপা মনেমদা হঙ্গৎচে, হোরেন লৈরক্লবা।

হৌখিবা কালেন থাদা নোংমা খঙহৌদনা নোংঙাল্লকপদা ফমুংদা ধনঞ্জয় মঙলাক্লদুনা শিরম্বনি। খঙহৌদনা নুংঙাইজরক্লবা ইমুংসিদা অখাক-অরাও তারকখিবনি হৌজিক কুমওন ফিরোই লোইশিনপ্রে। ঙসিদি ইখোলসু লৌবুকসু পূমকং কংলবনি।

মোনিকাগী মমাদো মখারোমদগীনি। মাদি নুপাদো য়ু থকমনবদগী মপামদা লৈরকপনি মচানুপী অনী হন্দোক্লমদুনা। মচানুপী অহন্দুদি ময়ুম পান্দুনা মচা লৈপ্রবনি। মোনিকা মচা অতোনবীনি খা নোংচুপলোমদা ময়ুম পাল্লকপনি। মতমসিদা রাধেসনাদো ইম্ফালদা ময়ুম পাল্লক্তুনা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেন্দা পোৎফম ফন্নীবনি। মরক মরক্তা মোনিকা মচা অহমদু পুদুনা কৈথেন্দা মমাগী মনাক্তা হেক হেক লাকপনি।

ঙসিদি মতম শুরমাল্লে, ময়ুম পানখবে, য়ুম্নাক শাগে ওনপ্রে। মচা অহমদু মপা পোকপা ভানুমতীনা য়োকহৌরিবনি।

"ফরেনে, মপাবুংদুদি নোংদম খোন্না কনখিবনা নৌনা লৈখিদরে অদুবু মমা ইবেম্মদুনা কৌনবীরমবদি ফগদবা অদুবু নুপী ওইবী নুপাগী মরুম থুপ্রা হীংবা তাবনা ময়ুম পানখিবসু ওইবা য়াই, মদুদা মবোক রাধেসনানা থৌপাংবা।"

ভানুমতী মওন মওন খল্লী মগুশিংগী মরমদা অমদি মমৌ ইবেম্মানা হন্দোকপিরম্বগী মরমদসু। করিগীনো হায়ববু মাসু নুপীনি।

মোনিকাগী মমাদু মতম কুইনা নুপাগা কায়নদুনা মপামদা লৈরকখিবনি অদুনা মথং অমুক য়ুম পান্দনা ঙসিদি নুপা অমগী নুপী ওইনা সমাজসিদা মশক তাকচবা ঙমলে। মসি খন্দুনা মচানুপী মোনিকাবুসু মতম চানা নুপা অমদা থাজখিবা ওইরম্বসু য়াই। নুপানা ঙম্না পানবা সমাজসিদা নহা ওইনা মপুরোইবা কায়নরবী নুপীশিংগী ফিভমসু মওং তাদ্রবনি। খঙদে নুপা ওইবশিংসিনা নহা নুপী উবদা মীৎয়েং অমনি। মসিমক নৎলমদ্রবদি ঙসি মোনিকাসু মচা য়োক্তুনা লৈজবা য়াবনি।

মোনিকা পাঙলদা ময়ুম পানপ্রবনি। ধর্ম ওন্দুনা নুপাদুগী য়াকা য়েংদুনা পাঙল সমাজদা মফম অমা কঞ্জবা ঙমজরে। মনেমগী ব্রাখলগী অয়োৎপা ব্রাফমদুননি পূক্লিং ফাথজরিবসু।

সোমদা ধনঞ্জয় মনাওনিপাদো মিসন স্কুল অমদা থবক তৌবনি। অপিকপা জনীদুদি আমবিকান ওর্ফান স্কুলদা থাখিনবা ব্রা খন্নরকই। মদুগী থৌরাংসু তৌরকই। ময়াম্বগী মচানি

শেম্বীবগী হক লৈরিবনি। কনানা খঙগনি লাইবক্লা মখোয়বু ঙাইরম্বসু।

মোনিকা মতম অমদা মপাগী ময়ুমদা মমানা হন্দোক্তুনা মপাম চৎপ্রবদা মমা য়াওদনা মপানা য়োক্লকপীনি। মাসু খঙলমগনি মমা লৈত্রবা নংত্রগা লৈনা লৈনা হন্দোকপীরবা মচানা সমাজসিদা কয়া নুংঙাইজখিদ্রবা হায়বদো অদুবু মচা অহম হন্দোক্তুনা ময়ুম পানগ্রিবসিসু মাগী হৌখিবা পুন্সিবু নৌহৌননা নীংশিংলম্বা য়াই।

মপানা ত্যুসন তৌরগা মদুদগী ফংলকপা পৈশানা মনেগা মখোয় মরী চানবসু হোৎনবা অদুগী সমাজ মরীক ভিন্নবসু হোৎনবদা অব্রাবা কয়া থেংখিবনি। মচিন মনাও পিক্লীঙৈদদি লাইরিক তম্নম্বনি। ক্লাস খর ব্রাংলকপদদি মপাগী শেলথোক্তুনা মখোয়বু লাইরিক তমহনবা ঙম্বগী ব্রাংমদা লৈরকখিবনি।

অদুদগী হেন্দোক্তুনা মমা রাধেসনানা মপামদা লৈথোকখিবদগী অয়ুক্কী ত্যুসন লোইবগা য়ু থক্তুনা হল্লকই। অদুদগী খর চারগা পোথারনি। নুংথিল ত্যুসন অমুক তৌগনি অদুগা সন্ধ্যাদা পঙবমখৈ থক্তুনা হল্লক্কনি। নুপী য়াওদনা মতম শাংনা য়ুম পাল্লকপনা মরম ওইদুনা থিংবীনবা লৈরক্তে, মনীং তৌনা থকপা চাবা হৌরকই। মচা নিঙোল অনীনা কপ্তুনা হায়জে ঙংজে- "ইচাশিংনা হায়রিবসি চুন্মী" হেক্তা হায়গনি নোংমা নীনী তোক্তুনা মচাশিংবু নুংঙাইহল্লমগনি অদুবু হেক্তা থক্তুনা হল্লক্কনি।

মরকসিদা মখোয়বু কোনবীরম্বী মনেমদুসু লৈখিদরে হৌজিক মোনিকা মপা মচাদা মঙাইরে। মচেদুসু ময়ুম পানখিবদগী মোনিকা মপাগী মতৌনে মতম খর য়াম্না ব্রান লৈরম্বনি মপাগী সেবা তৌজদুনা। অদুবু ধনঞ্জয় থেংনরুবদগী চেনথোকখ্রে। মপানা মাবু লুহোংদুনা পিখিবনি।

মোনিকা মপা জাখোপ মতোমতা ঙাইহৌরে। মথ্বায় নুংঙাইতদুনা থকপা চাবা হেজংলকই।

নোংমা নোংমগী মশা শোকচিল্লকই। ত্যুসনগী অঙাং মশীং হম্বরকখিবনি। রাধেসনাগা কায়নখিবদগী মহাক থকপাচাবা হেজিল্লকখিবনি। হান্নদি য়াম্না ফরম্বনি। অঙ্ক হৈবদা মায়কৈ অদোমদা জাখোপ হায়নবনি। মমা মপানা ওইবশিংনা মচাশিংবু মঙোন্দা অঙ্ক ত্যুসন তৌরবদি অফবা ছাত্র অমা ওইরকই হায়দুনা ক্লাস নাইন অমসুং টেন গী ছাত্র ছাত্রী মঙোন্দা ত্যুসন থানরম্লীবনি।

নোংমা নোংঙাল্লকপদা লৈকায় ময়াম ব্রা ব্রা লাউনরকই। জাখোপ্তু ফনথেংল ফাওবা হৌগৎলক্তবদুদা থোঙ নমখাইদুনা য়েংলবনি, ফমুংদা তাদুনা লৈরম্রে, মিন্থনফমদা মিহন হল্লমম্রে।

# নব্রা শিন্দম শঙ

‘‘মিনী! লুমানসি পায়য়ু’’ মাগী তামোনা অঙাং ময়ামদু নোক্লবা ড্রামা মচা অমা তৌগে খন্থনা হায়রকখিবনি লুমান অমা পীরদুনা মিনীদা।

‘‘করি তৌনবনো তামো?’’ থৌ-ব্রা ইশা শাদনা খুন্নকই মিনীনা।

‘‘প্রিয়াগী মনপসি অমুক্তা শিংতোকউ’’

‘‘মাই তল্লী কৈসু’’ অঙাংগী মতৌগুম মিনীগুক্তোতুনা হায়রকই।

‘‘নৎত্রবদি তারক্তুনা খোঙবীসি তৎলনি’’ শকফম কাইদনা মাগী তামোনা হায়রকপনি।

‘‘তৎলোয় কৈসু’’ ময়াম পুম্নমক ব্রা নোকই। প্রিয়া পেরী পেরী তৌরি, ইকাইজে ময়াম মমাঙদুদা, মমায়দো ঙাঙশং ঙাঙশিল্লকই।

‘‘ঐখোয় তামোসে প্রিয়াবু লক্লবসিনা কৈনো খঙদে’’

‘‘ময়াম নোকপসে নুংঙাইতরা?’’

‘‘নুংঙাইতে কৈসু, ময়াম নোক্লবা ওইরে ঙসাইমখৈ লক্লরিবদো?’’ শাওরংনরদুনা পৈনা য়েংলকই।

‘‘নৎত্রবদি মদুদা ঐগী করি কান্নবা লৈবগে?’’ তামোনা অমুক থেমজিনবা মওংদা হায়রকপনি।

‘‘কনানা খঙগনি, তামোদি লাইরিক তাকপিগেদি লৈতে’’ মিনীনা ব্রারৌবা হায়রকপনি।

‘‘তাক্লীদুদি। ঙাইহাক ফাগি তৌদুনা নোকথোকহন্দ্রবদি নখোয় লাইরিক্তা পূক্লিং চঙলক্কে’’ অঙাংশিংগী পূক্লিং চঙদবা, চরাংনবা মতৌদু কন্ত্রোল তৌনবনি হায়বরোমদা ইঙ্গিৎ তৌরক্লিবনি।

‘‘নত্তে কৈসু নোক্লীংদে, লাইরিক তৌরসি’’

‘‘ফরে ঐখোয় মিনীসে লাইরিক্তা থব্রায় য়াম্না য়াওরে, ঐয়াম্না নুংঙাইরে, অসুম্না নখোয়সু লোইনা পূক্লিং চঙলবদি লাইরিক ফবা অঙাং ঙাক্তা ওইরনি হায়বা’’

লাইরিক অমুক তাক্লে। তাকপা লোইরে হংনবা শেম শারকই।

‘‘য়ারবরা হংবা?’’

“ঙাইখো তামো ঙাইহাক পাখিগে।” মিনীনা হায়রকপনি তাকপা লোইবগা হংবদো খঙহৌদনা কয়া য়াওবনিনা পানবা মতম খর পীবিনবা।

“ঙসাই তাকপদা পূক্লিং চঙনা তাহৌদবরা?”

“তাহৌই অদুসু অমুক পাদ্রবদি ওজা’ তোনিনা হায়রকপনি।

“ফরে মিনিট অহুমদগী হেনবা য়াদে। ময়াম স্কুল কানগদৌরিবনিকো, থেংখিগনি” মিনিট অহুম লৈরগা পারা হংলকই

“ভারতকী অহানবা প্রাইম মিনিস্তর কনানো?

“গান্ধীনি ওজা” তোনীনা হায়রকপনি য়াম্না থৌনা ফনা হৌগৎতুনা।

“নত্তে প্রিয়া, নঙ অমুক হায়রকউ” প্রিয়াদি ঙসাই লক্লবগী শাওনীংদুনা মমায়দু লুকথদুনা লৈরন্নীবনি।

“সুবাস চন্দ্রবোস” পোমথোক্তুনা হৌগৎলগা হায়রকই। প্রিয়ানা য়াম্না হৈনীংদনা।

“নত্তে, নত্তে মিনী নঙ অমুক হায়রকউ” মিনীদা ওনশিন্দুনা হংলকই।

“জব্রাহরলাল নেহরুনি তামো”

“সবাস, চুম্লে, নখোয়সু” খঙলনিদনা, নীংতম্বা ভারতকী ইহান হানবা প্রাইম মিনিষ্টরদু জব্রাহরলাল নেহরুনি হায়বসে”

খঙলনি ওজা ময়াম পূন্না খুন্নকই।

“জোন্সন নঙ অমুক হায়রকউ- ইন্দিরা গান্ধী কনাগী মচানো?”

“ঐ খঙই ঐ খঙই (প্রিয়ানা হায়রকই মখূৎ থাঙ্গৎতুনা)

“হায়য়ু হায়য়ু নঙনা খঙবদু চিংনগনু প্রিয়া হেক্তা হায়রকউ লাল্লবসু চুমথোক্কদবনি।” ওজানা প্রিয়ারোমদা য়াম্না নুংশিনা য়েংলদুনা হায়রকখিবনি।

“নেহরুগী মচানি ওজা”

“সবাস, চুম্মে অদুগা ইন্দিরা নেহরু হায়দে ‘গান্ধী’ হায়রিবদি করিগীনো? জোসেপ নঙ অমুক হায়রকউদনা?

জোসেপ হৌগৎলি অদুবু খুমদে মা পারা ফাদবনি।

“ঐ ঙম্নী তামো, ঐ খুমগে। মিনীনা খুৎ থাঙ্গৎতুনা লেপখৎলকই।

“ফরে জোসেপ ফম্মু নঙ পারা ফাদরে, ঙসাই তাকপদা পূক্লিং চঙহৌদবগী দোষনি মদো। ফরে, য়ুমদা ফজনা পারুরো অদুগা হৌজিকসু ক্লাসতা পূক্লিং চঙলবদি লোইনা খঙবা ঙমগনি। য়ুমদা পাদ্রবসু য়াগনিকো খঙলবরা?”

“খঙজরে ওজা” জোসেপ ইকাই নুংশি য়ানদুনা খুন্নকপনি। “মিনী নঙ হায়য়ু?”

“ফিরোজ খান হায়বা ইন্দিরাগী নুপাদো গান্ধীনা মচা শক্তুনা লুহোংবিখিবনি অদুগা

মাগী মিংগী মমৈদসু গান্ধী তারিবনি” মিনীনা য়াম্না চীং-লেম্না খুন্নকপনি।

‘য়াম্না চুম্মী, মিনী লাইব্রিক য়াম্না পায়। নখোয়সু লাইব্রিক পাগদবনিকো। ঙসিদি অসিব্রাইদা ছুটি থারসি। নখোয় স্কুল থেংখিনিকো।”

“ফনি ওজা” ময়াম পুম্না খুন্নকই।

নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক্কী ২/৩ গী রুটিন ব্রার্কনি নব্রা শিন্দম শঙগী।

মতম খোঙলৈ তুংইন্না প্রিয়া, তোনি, মিনী জোসেপ, রাজু জেমস ঙম্না পাখঙ লৈশাবী ফাজিন্নকই। ক্লাসসু ব্রাংনরকই অদুনা নব্রা শিন্দম শঙ থাদোকপা তারকই। মাগী মাগী মহৈ মশিং তম্বগী মতুং ইন্না অথাপ্পা অনকপদা চাইনা চাইনা তম্নখিবনি।

লৈকায়না ‘নব্রা শিন্দম শঙ’ হায়না খঙনরিবা মফমদুদা ইমুংদুগী মমা লুখ্রাবীনা য়োকপা মচানুপা অনীনি। অনীমক থবক অমত্তা শুদে, অঙাং খর লাইব্রিক তম্বীরিবদুনা লোয়রে মসিনা মখোয় অনীগী মরু ওইবা শিনফমনি।

লুখ্রকোনগী তাওজিং হৈরাং হৈজিং ফারকপনি। পালেম মমা পুর্নিনা লুনা চাম্না য়োক্লকই। নোংফুং ঙানবদগী চীংদা পোৎয়োম পুরদুনা কারুই। চীংগী ইচিন-ইনাওশিংদা পুরিবা পোৎতো য়োল্লুরগা চেঙ ইঞ্জাং নাপীনচিংবা চীংদা ফংবা পোৎ ওন্নদুনা পুরকই। কনানা পৈশা ওইনা পীরকপসু য়াওই। অদুগা কৈথেন অমুক কাদুনা মনা-মশিং য়োল্লী, হয়েংগী পুনবসু তিকই। মচা নীগী লাইব্রিক তম্বা ঙম্নবা কন্না হোৎনজে ঙাইহাক পোখাবা লৈতে।

ইমুংসিদা মচানিঙোন লৈতবনা মিনীনা ফুঙোই ব্রাঙোইজরকই। চাক-ইঞ্জাং থোংদুনা পীজরকই। মমাবোক্লা মখোয়গী চানবা কোক্তাদা চীনি মপাক থম্মী, ঙায়োক চফুদা ঙায়োকই। অহাও-অহাওবা চানবা পোৎসু পুর্নি মমাবোক্লা থন্নম্মী। চীংগী অহাওবা উহৈ পুরকই মিনী অমদি মচা অনীগী চাননবা।

মিনী নিপাগী শাহৌনি। নুপীগী মপোক্তা নুপাগী মিহুন হুনবনি। ময়ুমদা য়ুমগী থবক অমত্তা শুরক্তে অদুবু লাইব্রিক তম্নীংবগী ময়াইনা পুর্নি খোয়গী ইমুং কোয়দুনা কেনফেং ব্রাইতৈ লোয়না তৌরকই।

মানা নুপীগী শিনফমদা হৈনবা হোৎনরকপগী নব্রা-শিন্দম শঙসিদগীনি। মদুগী মমাঙদদি মচেময়ামগী মরক্তা পোকপী ওইরুবনা য়ুমগী থবক য়াওরক্তে। ইমুংসিগীদি ফিশু-ফিচামনচিংবা নোংমাইজিং খুদিংগী তৌরকই। অহাওবতা চারকই, মমাবোক্লসু লুনা তৌবী।

মিনীগী তামো অনীদো নোংঙানবদগী ইরু মাইথজথোক্লগা নাম্না-নাম্না শেৎ চাদুনা লৈবিরদু উরগা মীয়া হায়না ব্রাহৈ কয়া তারুবদগী নোংমা মাগী তামোদা হংলকই- “তামো! নখোয় অনীবু মীনা নিংথেম মচান্না হায়না হংলিবসিসু নিংথেমমচা থবক শুদবরা?” অঙাংগী হৌনশা খঙনীংবদুনি মিনীদো।

“শুদে মখোয়দি মিনাই মিশননা লোয়না শুই অদুগা নিংথেম মচাশিংনা শা-লানগী খুৎলাই তথী লাইরিক্লচিংবা অমদি লৈঙাক লোন্দা পূক্লিং চঙই।” তামোনা শুগাইনা মরীক চুম্না তাক্লকই মাগী চমজরবা ব্রাহংদুদা।

“অদুননিদনা মীনা ঐখোয় তামো অনীবু নিংথেম মচারা? হায়না হংলিবদো, ঐদি নহালমখৈ খঙলমদেদনা’ মখ্বায় হরাওনা মিনীনা অমুক হায়রকই।

তামো নিথী চীংদা ওজা ওইরে, মখুৎ য়াম্না ফজে অক্ষগী ওজানি। চহী খুদিং মাগী ছাত্রশিংনা বিষয়সিদা নম্বর ব্রাংনা ব্রাংনা ফংলকই। চীংদগী তামোদো নুপী অমা লৌরকই। মশক মতৌ য়াম্না ফজে য়াম্না হে-শিংই। মিনীবু মনম্মা শখিনা য়াম্না লুনা তৌই। মানা থোংবা চাক হাওত্রবসু হাওই-হাওই ইচনতোম্বীনা থোংবসিদি” হায়দুনা হেক হেক থাগৎলি।

চিনি মপাক চিক্লুনা চাবসি মখোয় ইমুংদগী হৈনরকপনি। মনম্মা শখিগী তেনব্রা মরোন থোকপা অমা লৈ, নুমিৎ খুদিং হরিনাম শোল্লী। মসিসু তম্বীরবদি ওইথোকপা জাৎনি। মীনা য়ুমদা লাকপদা ‘কনানো করি ওইরবনো?’ হেক্তা হংই, য়ুম্বু লৈত্রবদি য়ুম্বু লৈতে হায়। অঙকপা জীবনি তেনব্রা। মৈনাসু মীরোন থোকই হায়নৈ।

তেনব্রা পুবী মনম্মাদো করিগীনো খঙদে নোংমা তামো নিথীখোয়দা লৈনীংদ্রমাল্লে, মপাম চৎখিবদগী হল্লকখিদরে। মানা চৎখিবদগী তামো নিথী অঙাও লাইচুরকখিবনি। কনানা হায়- কোইনা চৎপদা হেল্লোই ওক্লরকপনি।

কনানা অমুক হায়-মীনা তৌশিনবা ওইরিনী ঈশ্বরগী নোংদমনি হায়বা নত্তনা করিসু হায়জবা ঙমজদে। অমম্বা ব্রাবু অঙানবদা হংবা পাউখুম ফংগদবা মান্দে।

মওং কায়রকখিবদগী তামো নিথী য়ুমদা লৈরকখিবনি।

তামো নিশী সরকারগী থবক অমা তৌবদগী পোষ্টীং মফম হোং হোংদুনা চৎপা হৌরকই।

তামোসে মতম অমগী প্রিয়াদো য়াম্না পামজখিবনি মরমসি লৈবনা প্রিয়াবু লক্লবনি। হৌজিক্তা ভাব তারকই। মতমদুদদি প্রিয়া অঙাং ওইবনা মাগী ব্রাখল লাম্বা ফংজখিদে। ময়াম মমাঙদা লক্লবীবনি হায়দুনা মমায় ঙাংবমখৈ হীক হীক কপচখিবনি। মিনীনস অঙাং ওইখিবনা মদুগী মরমদি কনানা খঙলুনি। মতম চাদনা ব্রাহৌবা তারোইদরা?

প্রিয়া মেট্রিক পাস তৌবগা ইম্ফালদা লাইরিক মখা তমথনবা লৈখিবনি অদুবু প্রিয়াসু নুংঙাইরমগদবা মান্দে। মানা তামোগা উননবগী মতম ফংখিদবনি।

অহানবা শৈহৌদা খঙনখিবা নুজা-পাখঙগী নুংশি শৈহৌসে থুংনগন্দে। মসিবু করিগুম্বা কনাগী শাপকাকা লৈবরা?

মরম ইখঙ খঙহৌদনা ইম্ফালদা লৈখিবদগী প্রিয়াদো তামোগা কায়নবা ওইখি। ষ্টেটস

হায়গদরা খণ্ডদে, খেয়ে হায়বা তাই। অহল লমননা য়ানীংদে, ময়মসিনা লৈবনা প্রিয়া ইম্ফালদা ময়ুম পানগ্রে।

তামো নিশী নীংবা কায়না লৈহৌখিবনি। মিনীদো মদুগীদমক য়াম্না নুংঙাইখিদবনি। মাখতনি মখোয় অনীগী ময়ম খণ্ডখিবা মীশক্তো।

নোংমা খ্বাইরম্বন্দদা প্রিয়াগা উয়রম্মী।

"প্রিয়া নুংঙাইরিদনা" ব্রামাণ্ড য়াল্লকই মিনী মলোম অমগা লোয়ননা।

"উম নুংঙাইরি হায়াব তাবনি" মাগী ব্রাহংদুগী পাউখুম চানবা ময়ৌদু অদুম লৈনা খুমকখিবনি প্রিয়ানসু।

"করিনো নুংঙাইবসিবু হায়জিনবকা য়াবরা?" হয়া অমুক থম্মোয় ব্রাকম খণ্ডনীংদুনা হন্দুনা হংলকখিবনি মিনীনসু।

"থম্মোয়নুংগী অশেংবদু খণ্ডবিদনা ময়াম্না শেম্বা নুংঙাইবদুনি ঐনা হৌজিকনুংঙাইজরি হায়জরিবসিসু"

নুংগী ওইবা কোচি অমদি ফোংদোকপা হৌরকখি প্রিয়াদো অঙাং ওইরিঙৈগী মব্রা শিন্দম শঙ্গী ইমাগী চান্নজবী মিনীদা অমদি নিশীগীসু লুনা চান্না থমজখিবী মচননিদো।

"ইবেম্মা নখোয় লাইরিক হৈবী মীগী ব্রাদি ঐদি করম অর্থ খণ্ডলুনি" ময়ে হন্দোক্লবা কোচি কোত্তুনা ঙাঙলকপনি মিনীনসু।

"অদু মিনী নখোয় তামোদো করম তৌরিবগে? নুংঙাইরিদনা"

"করম তৌনি? নুংশিজরুবীনা ব্রাহং পাউহংদনা থাদোকলম্ববু করি ওইফম থোকপগেনে প্রিয়া?" লৌদুমকনি মানসু হন্দোক্লবা চক্রী তৌরক্লিবা।

"ঐসু খণ্ডখিবনি উপায়দি লৈখিদে। নুপী ওইবী ঐখোয়সে অহল লমনগী য়াথং ইন্দ্রবদি করিনো খণ্ডদে সুকয়া য়াদবদুঙাই। ঐনা পামজবদুনা করি তৌবনো য়ানীংগ্রিবসিবো" পেঞ্জদবদু খণ্ডহনজনীংবদুনি।

"অসিনি তাইবঙ পানবী চৎনলোনচৎ হায়বদো। অদুবু তামোগী মতৌদি য়েংবা ঙমজদবনিদা।" মপূক্লিংগী অশেংবা ব্রাকমদুমক ফংনা হায়দোরকই মিনীসু।

"লানখয়ে হায়না তম্বীয়ু। অহলশিংগী য়াথংনা কনখিবনা পাঙ্গল থোকপা ঙমজদবনি। ব্রায়ৌবিনু, হয়েংমুক্তী মপোক্তা নুংশি-ব্রাইথুংনজগে হায়রকই তম্বিয়ু মিনী"

"ইবেম্মা অদুদি অশোকপদা থুম চাইশিনবীবা ওইনা থোকলোইদরা?"

"খণ্ডদয়ে মিনী, নুপীগী মপোক্তা পোক্লবনা নত্তবরা? ঐনা করি হায়রগা মানা পেনগদবনো? ঙাকপিয়ু হায়জবা নত্তনা হায়নীংঙাই অতোপ্পা অমদি লৈব্রবনি" তৌফম খণ্ডদ্রবা মাগী থম্মোয়বু থেম্বীনবা হায়জরুবনি প্রিয়ানদি অদুবু মিনীসু মালোমদু হেক্তা দং

হায়দোক্লকই- ‘‘ফরে ইবেম্মা! নুংঙাইনা পানবীয়ু’’

‘‘মিনী নঙগী কোচি কোৎপা ব্রাহৈদুনা ঐবু ব্রাহল্লোই হায়না খনবরা? নঙসু নুপীনি। করিগুম্বা অহন-লমম্না নঙবুসু পীথোকখিবা তারবদি শোয়দনা খঙলক্কনি ঐগী থম্মোয়গী ওইরিবা লায়নাদো।’’

‘‘ফরে ইবেম্মা। কায়নরসি, নুংঙাইনা পানবীয়ু নঙগী ওইবা পুন্সিদো’’ অসুম্না মিনী প্রিয়াবু ব্রারৌরপ তৌনা বিদায় পিরম্লগা লাকখিবনি।

মতমদি হৌখিবা খঙহৌদে নিশী থবক্কী মতুংইন্না পোষ্টীং চৎলি। মমৌ য়াইমা সুশিলাদো মনেমগী সেবা তৌদুনা লৈবা তাই। অহল ওইরবী মনেম্বু থাদোক্তুনা চৎপা য়াদবনা পোষ্টীংদা ইন্নবা য়াদরে।

পুর্নি য়াম্না কন্না নারে, ডাক্তরদগী পুথরকই হায়বা পাউ অমা তাবদগী মিনী অঙাং ওইরিঙৈগী নত্রা-শিন্দম শঙদা লাকই। পিরাং শিন্থখিবা খঙহৌদে। মতম অমগী মমাবোক্তু তৌরাং ফক্তা হিপ, হৈদু নাহে চন্দুনা লৈরম্লে।

‘‘ইমাবোক, হকচাং খর নুংঙাইবিরবরা?’’ মিনীনা ফমুংদা ফমথরগা মমাবোক্কী মখুৎ নানলদুনা হংলুবনি।

‘‘ইবেম্মা মিনী। ইমাবোক্কী শিবা ঙাইনা লৈরবনি, নঙদি নোংমতসু লাক্তবা?’’ য়াম্ন া ব্রারৌনা য়েংলদুনা হায়রকপনি।

‘‘ইমাবোক, তাবগা লাক্কীবসিদি। হান্নদি তামোগা ইনম্মগনা পাউ অমত্তসু পীবিদে। ঐনা করি লানখিবা য়াওগ্রবনো খঙদেকো?’’

‘‘ইচানা মখোয়দা করি লাম্নুনি হায়বগে মতম শংনদবগা কাউথোক্তুনা তৌবসু ওইরমগনি। ইচাবু করি খল্লীনি হায়গে। অদু অঙাংশিংদি না-য়েক্তেদনা?’’

‘‘হোয় ইমাবোক করি থোয়না তৌদে নগুশিংদো। করি করি চাবা য়াবা ইমাবোক্না খরদি হায়বিরকউ, ঐসু নচানি, অঙম্বা খরদি পীজনবা হোৎনজগে’’ মহৌশাগী মিনী থম্মোয়দি লৌথুপ-লৌকোই লৈজদবনি। অচম্বা ব্রাহৈনি মাগী হায়বু।

‘‘ইবেম্মা নঙগী তামোনা পিরক্তুনা ননম্মনা পীজ-পীথক তৌরিবসিদি। অদু হোরলিক্স তু খর শেম্নকউ। থুম্না’’

‘‘ফনি শেম্নককে ইমাবোক।’’

মিনী হোরলিক্সতু খর থুম্না শেমদুনা পীথকই। থকপা লোয়রে চিন তৈথোকপিরে অদুদগী মপি শিন্থরদুনা হায়রকই’’ মিনী ইচানা শেম্বা হোরলিক্সসি কয়া হাওরবনো?’’

‘‘ইনম্মদসু থুম্না পাম্মী শেম্মু হায়বিয়ু ইমাবোক’’ মদু হায়রুবদগী খৎনা ঊজিৎ তৌরকই, মী তাখিনী মতানি।

মিনীনা অমুক মথা শমথরকই- ‘‘ইমাবোক করি ব্রনো? চীং মান্দা অঙম্বা কাদুনা ব্বানা তাল্লগা য়োক্লকপা ঐগী তামো অনীনি। মীনা নিংথেম মচা নৎত্রনে’’ হায়নরিবা অদুগা অহন ওইরগা থাকপি-য়োকপিনবা নৎত্রনে মখোয়বু।

‘‘মানি ইবেম্মা। তাইবঙগী লিচৎনি। মচানুপা পোকপা তান্নরিবনি অদুবু ইমাবোক্কী লাইবক্তদি নুপা অনী/অনীনি পোক্লীবা। মতম অমদা নুপা পোকপী লাইবক ফবী হায়না খঞ্জখিবনি অদুবু হৌজিক মদুগী অর্থ ওন্নবগুম উরেদা।

‘‘করি ব্বানো ইমাবোক?’’ মাগী ব্রাফমদো কক্লবা হোৎনরুবনি। করি ননীং থুংদবা লৈখ্রবনো খঙদে মমাবোক মপি ইরা চেল্লদুনা মিনীদা মুম্না য়েংলকই। মখা ব্রাদি তারকখিদরে। মিনী নুংগী অর্থ খরদি খঙখি অদুবু হায়ফম খঙখিদে কনাদা ব্রাকৎলুগদবনো মমবোক্কীদমক। শিরমদায় চোয়রোম্নী, অহল ওইরকপগীনি খন্দুনা হল্লকই।

## তারমদায় থাজ নঙনা

মেরা থা ইঙা নোংজু লোইখিদুনা লাংবন থামে, মেরা থাজিন, মতমসিদা থোকপা থাজগী ফজবদি শীংথাদুনা লোইবা নত্তে, থাজদি থা খুদিং থোকই, শিথবসু নাই তৌইগুম্বসুং মেরা থাগী থাজদি ঋতু তরুক্কী মনুংদা খ্বাইদগী ইহেন হেন্নী।

লৈচিন নোংফাই থাংদ্রবা নোংজু লোইখিবগা অতিয়া থব্রান লমদমদা পাইরিবা লৈফুল লৈরিকশিং অহানবা নোংলিক্লা মালেম লৈতাহনখিবনা থব্রান মায়থোং চামথোকখিবগুম তশেং তশেংই।

লাংবন নুংশা নেমথখিদুনা মেরা থা, য়াম্নসু ইংদবা য়াম্নসুম শারম্বদগী নেমলক্লুনা ইংথম মকোক, কাল্লেন মমৈ ওইনা তৌই, য়াম্না নুংঙাইরবা মতমনি।

নোংমা নুমিদাংব্রাইরম ইমুংগী থবক ইনথাং লোইথোক্লদুনা শর্মি পল্লৌ শুমাং মথৌবুং মালং ইচিক থেন্নম্নী। মতম অমগী থৌদোকপু নীংশি নীংশি ঈশে ঙংজরি মদোম-

তারমদায় থাজ নঙনা<br>
মুনা মুনা য়েংবদি<br>
নুজা থম্মোয় মৈহৌরে<br>
করি মতৌনোনে চান্নবী।

যৌবনগী ইথক্লা তাংথক নাই, ব্রাখলগী পরীং থাবদি নুজা পূক্লিং নুংনাংহল, লৈরাং গুলাব লৈখোঙদা ফমদুনা হৌথিবা ব্রারী কয়াগী মঙলান চানগুম নীংশিংলক, মায়কৈ খুদিং লয়নায়েং লাক্লরোই খঙলবা মাবু ঙাইনা ঙাইনা, মালং ইচিক থেন্নী।

নীংশিংলকই নোংমগী কাউররোইদনা থৌদোক অমা, মতম কুইনদগী কাওরগে খঙ্গরুবা ব্রাখলদুমক্লা থোইনা হেন্না ময়েক শেংলক্লী। খল্লরোই হায়না চেৎনা থমজিঙ্গখ্রবা ব্রাফমদুমক্লা মর্শিবু অচিকপদুনা হেন্না-হেন্না ওৎলক্লী।

কৈবুল লমজাও তুরিস হোমগী চাক শংদুদা পিক্লীক পার্টিগী চাকথোংনবা ময়াম চঙদুনা হোৎনরি। শর্মি মমান্নবী মালা, সনাথোই, শান্তিথোয়গা লোয়ননা ইঞ্জাং শেন্নী। কান্ত, বোই তোম্বা, জেমস মখোয় ময়াম অমনা ঈশিং চিংখৎলি লৈনুং পম্পতগী বামোন অনীনা চাকথোংনবা মৈ থাগৎলি। চাতোন, দিনেস, কৈরুবা মখোয় খরনা ঙা শেম্বা লাক্লরি। ময়াম

চণ্ডদুনা চাক-ঙন্না চাননবা কন্না হোৎনরিবা মতমনি।

ঙাইহাক লৈরেগা থবক লোইশিন্নদুনা ময়াম কৈবুল লমজাও পার্কতা শণাই য়েংউনি হায়দুনা মরী মরী মখা থংবা চীংমায় অদোমদা চৎনম্রি। কান্ত অমদি শর্মিনা তুং ইথং হেক থংহৌরে।

ব্রারী শান-শান মবানী লাকমিন্নরি থাপ্তক্লা ময়ামদগী মখা ইথং থংবা চীংমায়দুদগী নোংপোক পাংনা খোঙলম অমগী পরীংদা শণাই অমা/অনী থৌশা-থৌশাদুনা খোরকই। খোংগী নাকল য়েংলোমদা শজিক চারি ইন্না ইন্না মখোয় অনীদুসু।

কান্তনা খুদোনবী থিন্দনা শর্মিদা তাক্লকই- য়েংউ শর্মি ফজদরা শাসিনিনে মপান লমদা মণিপুরবু শক্তাক্লীবা। শণাই অমোমগী তমক্লবা মমীৎমচা অনীসিনা তকুপ তকুপ নুংশিনা য়েংজরি লাবদুদা।”

“হোইনে নুংশিরদরা? ঐদি য়াম্না নক্লা য়েংজনীংবনি অদুবু মখোয়দি তাইবঙ মীনম তানীংতমাল্লে। সিব্রাইদা সুক্লাক লাক্তে।” কান্তরোমদা ইঙ্গিৎ তৌদুনা মগী অপান্বদু ফোঙদোক্লী।

“অকোয়বগী খুন্দা লৈরিবা মীওইশিংনসু মখোয়বু ফাদুনা হাৎতুনা চাবীবা য়াওরকই। অদুগুম্বা কয়াদুদগী কঞ্জনবা হায়দনা লমদম তাম্না চাক্তাজবিবসিনি” শণাইনা নক্লা চাক্তরদ্রিবগী অরোনবা ব্রাফমদু মীওইবগী লীচৎ-শাজৎননি হায়বা শন্নপনা হায়রকপনি। মচেক্লা য়ৈরগা খণ্ডহন্নবনি।

শর্মিনসু খবরদা করিদা কৈবুল লমজাওগী শণাই ফাদুনা ৎপা মীওই ফাবগী পাউ হেক হেক হাপ্লকপা থেংখিবনি।

“অসুক ফজরবা অমদি মমল য়ান্নবা মণিপুরগী শক্তাক্লীঙাই ওইরবা শসিবু করিগীনো মখোয়না হাত্তুনা চানবা হোৎনরিবসিবো?” অঙাং মচাগুম অথুপ্পা ব্রাফমদুদা লৈশিল্লকই।

“ব্রাফমদু ময়াম পূন্নমক খঙনরবা অমদি খন্নরবা মতমদুদা কৈবুলগী শণাইনা চীংয়া তম্না তম্না চাক্তজবা ঙমজগদবা।”

মীওইবগী মরীচৎতা য়ৈন্নকপনি শাফুসে কান্তনসু।

মতমসিদা মাংদা চৎনম্রিবা ময়ামদু চাক লামলে হায়দুনা হন্নরকই। শর্মি অমদি কান্তসু মখোয়গা লোয়ননা তুরিস হোমলোমদা হন্নকপা তাখি।

ময়াম চণ্ডদুনা চান-থক্লবা হোৎনদুনা চাবা থকপা লোইখরে। মথং ইথাই বেরেজ য়েংবা চৎনবা গাড়ী থৌদোরকই ইথাইরোমদা। ময়াম পূন্নমক বেরেজগী অকোয়বগী ইংলবা দৃশ্যদু য়েংনরি। বেরেজ মথক্তা কান্ত চৎতুনা ময়ামমরক্তা লেপ্লুরি। মলয়া নামিবনা হুম্বদা পূন্নমক্তী হকচাংদা অনৌবা শক্তি লাকপগুম তেকখৎনরকই।

মথংদি শেন্দ্র ভুরিস হোমলোমদা থৌরকই। গাড়ীদগী কুমথরদুনা ময়াম পূম্নমক অব্রাং থংবা চীংদুম মচাদুদা তিংথৌ মথক্তা মাগী মাগী কাঙলুপ পুন্না পুন্না ফমমিন্নদুনা লোক্তাক্কী ফজবা অমুক য়েংনরকই।

লোক্তাক ইশা মাপলনা পুনলিবা লমদমনি। লমদমসিগী মিংশেল ওইরিবা পাৎনি লোক্তাক পাৎ। কৌব্রুনা লেম্ফুনি লোক্তাক্তা মিংশেলনি হায়নরিবদুমক্কী। মণিপুরবু শক্তাকপদা শরুক য়ারিবা পাৎনি, ঐখোয়গী লোক্তাক পাৎ।

হি মচা মচা কয়ানা নোংমগী ঙাফা চৎলুরগা নুমিৎ চীংয়া তন্নকলবা নুংথিলগী কান্দা ময়ুম পাংনা হোন্নরকপদি তান্নহিগী মওংনি। য়েংবগী পেনবা নাইদবনি।

সেন্দ্রাগী অচীকপদা নুমিদাংব্রাইরমগী অইংবা নুংশিংনা য়েবদা শর্মিগী থম্মোয়দা য়েকথিবনি ফজরবা পাৎকী দৃশ্যগা লোয়ননা কনাগুম্বা অমথক্কী নিংথিজরবা শক্তম।

অসুম্না পুন্সিগী হৌথিবা তাক্কক কয়াদা মাগা লোয়নজথিবা থৌদোক ব্রাথোকশিংদুগী নীংশিংবা মরক্তুদা য়াওপ্রিবা শক্তমদুনা ঙসিগী চিক্লবা নুমিদাংনব্রাইগী খোইথুম্নরবা চৈনা অমনা থম্মোয়গী থোৎলবা মফমদুদা য়েক্লরিবনি।

ছাত্রগী পুন্সিদা কান্তগা ইরোইত লোয়নজরকথিবনি। ঙসিদি মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না তান্নথিবনি অদুবু থম্মোয়দদি অদুম লোয়নজরি মিকুপ খুদিং। পূক্নিংগী অরোনবা ব্রারীদুসু শান্নরিবনি।

খোইথুম্নরবা নীংশিংবগী ইথক্লা তোয়না তোয়না ইপোমগা ইরোইননা থেংজিনবিরক্কী মাগী নাইতোম তারবা ব্রাখলগী ইপাক্তা।

লৈকোন গুলাব লৈখোঙদা চঙদুনা মতোমতগী ব্রাখননা মরোন থোক্লা ব্রারী শারুরি- ''ইতাগুলাব। নঙদি লৈরাং ওইবী মপোক্লীনা নুজাগী অব্রাবসি খঙলিরোইদো। নুতি নুমিৎ খুদিংগী লৈরাং নঙগী লৈখোঙদা লাইজ ঈশিং চাইদুনা লৈরাং ফুগাইনা শাৎননবা, লৈখোঙ শোমজবনিকো অদুবু অদুঙৈ মহাক্লা লৈখোঙসিদা ফমদুনা অথেংবা অহীংদুদা লমদম তান্না চৎলমদাইগী মতমদা ঐবুতবু 'ঙাইরমবদো, নঙদি করি তৌদুনা লৈহৌবগে, নঙগী তিম্মংনা ফিজিদা য়ুশিন্দুনা ফাদুনা থন্নব্বা য়াদবরা?

খঙলে নঙসু ঐগী অব্রাবসি খঙবিবপোৎ নত্তে, লৈরাং ওইবগী হৌনশা লৈশাৎ তম, নুমিৎনা চীংয়া থাংপ্রবদা লৈরাং চোইনা কেন, পুন্সি লোয়থিবনি। নঙগী অব্রাবা খনসিরা? ঐগী মৈচাকসে অহোইন্দুম হেঙ্গৎহল্লীনে, চান্নবীও।''

ব্রাখলগী পরীংদা মমশিনথিবা খঙহৌদে। মতমগী শিম্মানা কনথিবনা পম্মদনা চঙথি ইমুংদা।

হৌখিবা চহীদা বিএ পাস তৌদুনা মখা তমথবা ঙমদবদগী য়ুমদা ইমুংগী থবক ইনখাংদা মমাগী মতেং পাঙদুনা লৈরক্লীবনি। ফিশা লোনশাদা য়াম্না হৈ-শিংই। মমানা শাবা ফিদু মহাকসু য়াওনা হোৎনবদা শেম্হোক লম্বীদা চাউনা অহোংবা লাকপা হৌরকই। মমা ইবেম্মা রোমা হৱাওজে।

অমরোমদা মচানা মখা তমথবা ঙমদবদা তুমিন তুমিন কপচখিবনি। মপানা ''নুপীনা য়াম্না তম্নগা করি কান্নগনি য়ুমগী থবক ইনখাং হৈত্রবদি। বিএ ফাওবা তম্নবা অসি য়াম্না ফরবনি। মতিক চাবা থবক অমা তৌহল্লগা মতিক চাবা নিপা অমদা লুহোংথোগ্রগা লোইরে পুন্সি ইংনা পাঙ্গখিনবা।''

অসিনি মপা ওইবা চাওবগী ব্রাখল। ইমুংগী শেল থুমগী ফিভম ফত্তবসু ওইবা য়াই। অদুবু মতমসিগী অনৌবা ব্রাখল্লোন্দদি চান্দ্রবনি। মমান্নবী কয়াগুম মপান্দা চৎতুনা অব্রাংবা থাক্লী মহৈ তম্বা পামজখিবনি। মপা ইবুংঙোগী অনীংবগী মতেং নৎত্রবদি ওইবা য়াবদি নত্তবনা মমাতনা ঙমবদি নত্তেদো। তম্লীং তম্লীং নীংবা কায়বা তাখিবনি।

কান্ত মপান্দা অব্রাংবা থাক্লী মহৈ তম্নী। মতম ফনা কুয়খ্রবসি ঙসি ফাওবা চিঠি অমতসু থারকখিদে। করিগুম্বদা বিদেশী ওইখিবদগী চান্নবীবু কাউরগে খল্লবরা? মদুসু ওইবা য়াই নিপা ওইবগী পূকচেলদি তম্বা ঙম্বা নত্তেদো।

নুপীজা ওইবী শর্মি অঙাং ওইরিঙৈ তাখিবা মুর্ত্তি ময়েক শেংবা হেঙ্গৎলকই অমরোমদা কৎথোকখ্রবা থম্মোয়নি মাগী। শর্মি থবক মচা অমা তৌজরে প্রাইবেট স্কুল অমদা গ্রেজুয়েট টিচর অমা ওইনা তলব ১,৫০০/- নি থবক খর চিল্লী। মপাবুং চাওবা মচাবু মনুং মতম চারে খন থাজ য়োঙ্গবগী নুংনাংলি।

করিগীনো খঙদে মচানুপী মপূং ফারকপগা থাজ য়োনজননবা হেক হেক হোৎনরকপসে? মতমসি য়ৌরকপদা মচানুপীবু ময়ুম পানহন্নবা অফবা য়ুম্বান ওইহৌনবা হায়দুনা হেক্তো শেম শাবা হৌরকইবসে? ফনবা হায়দুনা শেম শাখিবা য়ুম্বানদো ফত্তবা ওইবকপা কোজাইনি। মায়কৈ অমখক্ত য়েংবা থাজগী অমম্বা নাকলদুবুদি উদবা মমা মপাসু লৈতবদি নত্তে। তাইবঙ শেম্বা মপুগী থৌদা কায়ফদবা ওইরম্বসু য়াই অদুবু নিঙোন ওইবী খুদিংনা মশানা পামজ্জদ থাজবসি কয়া নুংঙাইজদে। তৌববুদি মচাগী ফনবা য়াইফনবা ওইরম্বসু য়াই হায়ববু মসিগী চৎনবীসে মতমগা চুনদ্রবনি হায়বসু হায়নরক্লী।

শর্মি মতম কয়াসু হৌথ্রবনি, কান্তদগী পাউ অমা ফাও ফংবা লৈখিদ্রে। নুপী ওইবীগী থম্মোয় অহানবা তাখিবা মুর্ত্তিদুদা কৎচখিবা, পূক্লিং অনী লোংঙমদবা ''হা চেক্লা নমাংসু লাং নতুংসু তেন' হায়বদুগুম্না কান্তনসু মফম খঙহল্লক্তবা সোমদনা মপাবুংনা অতোপ্পা অমদা থাজগদৌরে, পলেপফম খঙদ্রবা নুপীগী খোঙথাংদুনা শর্মিদু কদোমদা পুদুনা চৎকদৌরিবা

কনানসু খঙবা ঙমদে।

মমা মপা হায়না শীংনরুরিবা পকাসনাগী মচানুপা শশি মণিপুরগী মপান্দা লাইরিক তন্নীবনি। মপানা মতিক চানা পৈশা থাবনি অদুবু লাইরিক্তা পূক্নিং চঙদে মপানগী ইরাংদা তাওরকপা অঙাংনি। অহল মশেল য়ানরে, অঙাংশিংগী মন্নাদি খঙদরি। মসিসু মতমগা চুনন্নবা ব্রাফম অমদি ওইরক্লবনি। শশি মতমগী অয়ৌবী থাক্তা মতিক চারবা নিপানি। যুগকী খোঙচৎ মতুংইন্না নম্বর ৪ য়ুনচিংবা নিশাদা লূপ্পরা তাওবরা অমদি তৌবা জাৎনি। মতমগী ইহৌদা ইরোইননা হৌরকপা নহা ওইনা তৌই। নুপী নহাদা কাহেনবা, থওই উৎশিৎতবদা মমিং লৈবা নহা অমনি।

মপা ইবুংঙোগী ব্রাসি তাবদা ব্রাজনা থাবগা পাখঙ ওই, নুংশুক নুংজানবা নীংবা কায়না লেল্লকই।

শর্মি কখোকখ্রবা থম্মোয় পুদুনা কদায়দনো চৎকদবা? মখোয়গী হৈজিংপোৎতি চাওনা পুরকখ্রপোৎনি হায়না লৈবাক্তা ঙাঙনৈ।। অদুনি, অদানি তলদুনা হাওরিবা, মখলসু য়ামখ্রে, লদু, বরফী, চমচম, গুলা, অহাও-অহাওবা অসিনি লৈকায় নুপীশিংগী ব্রারী।

পামদবা মগাইদা ব্রাইথুংলুগনি খল্লুবদা নোংমা নোংমগী শোকশিল্লকই। লৈরুগদৌরিবা নিপাদুগী অরোনবী লীচৎকী মরমদা মুন্না হংলুই থিরুই। খঙদ্রিঙেদদি খরবু ফরম্বনি। খঙদোক্লুরবা মতুংসিদদি অব্রাবগী মশক ওইরকই। ব্রাখলগী লায়নানা তৌরাং ফক্তা ওন, লুতুংগী শম খোইবাক শারকই।

রোমা মিপাইজরকই। মচাগী ফমশেন্নবদা অহীং মিংশেল খাঙজরকই। করমনো করমনো হায়দুনা অব্রা হইজোক লাংলকপা থাবূম অমা ফাজিল্লক্রে।

বর ময়ুমগী মপাবুংনা ডাক্তর পুদুনা লাকই। মপানা মাইবা মাইবী কৌরুই। মখল খুদিংগী লায়েং শুনা য়েংলকই। ডাক্তরনা অনাবা খূৎ থারক্লে। মাইবা মাইবীনা লায়েং লায়ওং খঙনরক্লে, রোমা ফমুং থক্তা ফম মচাবু চিংনা য়েং, মিৎলু পিরাং পিরোইননা হীক্লা হীক্লা কপ, থম্মোয়দা খুতূম্না শু, তেংথা নাওইজরকই।

থাশিরমদায় অহীং, থাবলনা কবোক পোকপগুম থেংল-থেংল ফজরক্লি। অদুবু থাজনা নোংচুপ মায়কৈ পাঙ, লৈচিন মরুমদা লোৎশিন্নবা হোৎনরি। শর্মিগী মতৌ য়েংলদুনা পিরাং ইরা চেন মচানা উদনবা লৈথোক্লুনা তৈথোকচরি।

শর্মি তপ্না মমাদা হায়রকই- ''ইমা মিহুৎসি হাংদোকপিয়ু''

''ইবেম্মা হকচাং খর নুংঙাইরবরা? হাংদোককেসে, ইচানবু নুংঙাইরবদি'' মমানা মিহুত্তো হাংদোকই।

থাজগী মায়পোঙনা লৈচিল্লক্তগী মুনা মুনা মিহুৎ ফাওদুনা য়েংশিল্লক্লী- শর্মিগী ফমুং তম্না।

ফমুংথক্তা য়াতারিবা শর্মি মমানা ঙাক্তুনা থাজগী মায়থোঙ য়েংহল্লী। তারমদাই থাজগী মায়থোঙ চিংনা য়েং, নুজাগী থব্রায় চেক্লানা নোংচুপ চীংয়া তম্না থাবলগী ইপোম ইরোইনগ্রিবা মতৌদু মমা রোমানা উরুবদা খজিক চিংনরকই।

মচাগী মায়থোঙ য়েংনা য়েংনা রোমা মুরুম মুরুম শোল্লকই- ‘‘এদসকী শিকার ওইবদগীদি ইংনা চীক্লা পাইজগ্রবা থব্রায় চেক্লানা চাম্মরক হেল্লা ফরবনি’’।

## ঙাওচৎনরবীদো

"ইবেম্মা লৈমা! লেঙবীরক্লীবরা?" য়াম্না তরাম তরাম্না কৌরম্মী। কন্তমরবু মতৌ করম ফাগদগে হায়বসি য়াম্না খঙ-হৈরবীনি ফিয়োনবীদুসু। মতমগী অয়ৌবী করবার তৌরিবীনিদো।

"ইচেম্মা! নাহল ফি অনৌবা অমা পুরকই তাই মদু য়েংবা লাক্লীবনি" কেথরদুনা হায়রকই সনালৈমানা।

"হোয়নে। ফজখরে, সনালৈমাখোয়না ইনগদবামক্লী শক্তা চানগদবনি" হেন্না ফজরমগদবমক মাল্লি খুৎহায়দো।

পুথোক্কুনা য়েংহল্লী, অনৌবা দুকানগী ফিদো, লোল্লবা ডিজাইন মখল শুনা লোন্দবসু তিংথোক তিংথোক্কুনা য়েংমিন্নরি মনিতোম্বীনা" ইচেম্মা সিদি ফজেনে, অনৌবসুনি, মমলসু কাবক ফজরমগনি, য়েংউনে, ঐঙোন্দা পক্তদরনে? ফিদু ইনশিন্দুনা হকচাং চনবা মিংশেলদুগী মমাঙদা হাইদোক হাইজিন তৌদুনা য়েংই ভুং মাং লৈদুনা।

"ইবেম্মা! শকনে, কুচুনে ফজবনা করিদা প্রমান তৌনি। ফিনা নহাক্কী কুচুগী মপান তাংলবনি তাংললবা, ওস্থোক্লা পকচখ্রেদা।" মমিৎনে মনানে নোক্লদুনা হায়রকই মনিতোম্বীনা।

"ইচেম্মানা হেক থাগৎপসিনা," নোকমিন্নে মবানি মিংশেল মমাঙদুদা ফিদু য়েংল য়েংলদুনা।

অদু ইচেম্মা মসি পুরে, লৌরগে তলব ফংবগা পিরক্কনিকো।" মথব্রায় তানা থূপচিন্দুনা প্লাস্তিক থাউদা হাপ্তুনা মাগী বেক্তা হাপচিল্লী।

মমল কাওখৎলিঙৈগীদুনি শেৎনীংলিবসু। নুপীগী ফেসন মণিপুরদা অঙকপা ঈশিং ইচাওগা পাঙখকনি।

অকে-অমৌগী পোৎসি তলব ফংবগা অপাম্বা মতমগী ফিরোল সনাগী অনৌবা ডিজাইন্দ, করিনো অমদি হেক্তা লৌশিল্লক্কনি। মচাশিংগী লাইরিক তম্বগী করিগুম্বদা ব্রাৎলকপা য়াই হায়বদি করিসু খন্দে।

মচাশিংবু লাইরিক লাইশু য়াম্না তমহনবা পাম্বা মীওইনি ইবোবী। পৈশাসু কাবক

থোক্লীবনি। শিনবা কোন্নদে, অহোবনা হেল্লি। হায়নবা লৈবনি, হৈ-হেকপা হৈরবসু খুনবা হৈত্রবদি য়াদে। হায়বগুম্মদনা সনা লৈমা পেশা অয়াম্বা ময়াইকানা শেৎপা চাবদা ওইনা চৎলি তৌবদি মশকনে মতৌনে শেৎতোক চাথোরকপদা হিয়াং কুম্মেগুম্মী। মচাশিংসু অদু মঙাই অনৌবা ফি অমত্তং ইন্নরকপা উবদা মদু হেক্তা লৈনবা হোৎনৈ। অনৌবা ডিজাইন অনৌবা ফেসনগী পোৎ হায়বসিমক্তবু মমলসু খরদি হেক্তা কাওখৎলিবনিদো।

সনালৈমা চাগোক ফবী য়েনবীনি হায়বমক য়ারবনি মরমদি মচা তরানি মানা পোকপ্রিবা অদু অহমগী পিক্লা পিক্লা লৈখিত্রবনি হৌজিক তরেৎনি লৈরিবা নুপা ২ নুপী ৫ মচানুপী অহলদু মেট্রিক পাস তৌরগা মখা তমথদনা ময়ুম পানগ্রে মরমদি লাইরিক্তা কয়া পাঙদে, ফেসন্দা উংলিঙৈদা।

মপা ইবোবী শাগৈ চাওই, অচৌবা শাগৈগী নাপলসু ময়াই কাবা হেল্লকই। নিপাশিংদু চাউরক্রে। মখোয় অনীগী হোৎনবদা নুপী মখৈদি য়াম্না শোখহৌরবমক্লী, মপানদি থোঙ মান্নবা শেমজনীংখিবনি। ইমুংগী শেল থুমগী ফিভমসু শোকশিল্লকখি।

মপা ইবোবী নাপল কাবা নিপানি। খুনুনা মথোঙদা কনবগুম্বনি। মশাগী অশোয়বা খঙজদে। নাপম্না হেমনখিবনা ইমুংনা নুপীশিংগী হায়রবদি অকে অমৌদা ঈশিং ইচাউগুম চেম্থোক্লীবা শেনফমদি করিসু খন্দে। তৌফম থোকপনি খল্লী। সমাজদা হীংলিবনি ফেসনসু য়াওনা মতিং লৈনা হীংবা তাবনি অসিনি।

মতম অমদা থকপা চাবদা লুপলকপা ওইবনা দিহেদু লোইরে, লায়না কয়াগী মকোন ওইরকই। নোংমা নোংমগী মশা শোকচিল্লকখিবনি।

হীংলিবনি, শিগনি কাউনা, হীংলম্লীবনি ময়াই কানা মপাল ফরিঙৈ, ঙাঙবা শকপা মরীক চুম্মী, মী থানদে। তৌবিমনসু খঙদে, মা মঙাইরে হায়না পাল্লকপনি।

চহী মতাংনা য়ামশিল্লকপা চহী য়াম্থে থবক য়াম্থে মরক্তুদা অনাবনা লাকশিল্লকপসু য়াওরুই। অদুদগী থকপা চাবা তোকগ্রে। অদু ওইদুনসু মতাং মতাংদা মথি ফোংলক্তুনা পেশা য়াম্না চঙনা লায়েংলকই। খর অমুক মফৈ মতম খর লৈরগা অমুক হৌরকই। ঈশেং শেংবা ঙন্নক্তে।

সনালৈমা ব্রাঙাঙ ব্রাতা ঙল্লী, শক্তী ময়াই কাই। ইবোবী শক্তা পুরা শুমখিবনা করিগুম্বা অচুম অরান থিদে, মাগী নুপীনা হায়রবদি মদুদা হেক্তা চৎলি। অদুনা ওইরম্বা য়াই, শাগৈ মরক্তা চঙনদবা য়াওরকই।

জসমাগা থারগা নুপী অনীদি চাউবা মান্নরে। অনী অমা খর পিক্লীবনি। অনীদু লৈশাবী পুংকক ফারক্লবনি। মচে নন্দীনী কলেজ কায়। মাদি মহৈ মশিংসু য়াম্না হৈ। ইমুংগী মতেংসু পাঙই। মখোয় অনীদি মমাগী মতেং পাঙদুনা ইমুংদু নুংঙাইনা পাননবা হোৎনরিবনি।

নুপা অনী মপান্দা অব্রাংবা থাক্লী মহে তম্বা থাদোকপ্লিবনি। মখোয় অনীগী হোৎনবদা নুপী মখেদি মখা অব্রাংবা থাক্লী মহেদি তমহৌব্রবনি। মরক্তুদা নন্দীনী খকতনি কলেজ কারিবা।

নোংমা য়াওশং মনুংদা নুমিদাংব্রাইরম অমা মবুং খোকপা শাগেগী ইমুং অমদা চাক থোংবিরো লাও হায়দুনা কৌরকপনি জসমাদো। জোনসনগী নুপীদো চাকখুম থোকপনি।

জসমা হরাও হরাও চাকথোংবিরুরিবনি চত্তুনা মরম ওকপী নুপীমচা অমা ওইবনা। মানা চাক থোংনবা শেম শারিগুদা জোনসনগী নুপীদো গুা লৈরুগে হায়দুা চৎখোকখিবনি তাল্লকসিদা জসমাবু ইজ্জৎ মাগুহনবিগ্রে।

শাগে ফু কাইনরিবা ইমুংনি মচানুপা অমসু লৈরবনি। মপা ইবোবী ব্রা মচেৎ গুাগুদনা লৈ-য়া চিক্তুনা খাংলকই। চিন-য়া থোকপা য়াবা মকমগা নত্তবদুদা অদুবু সনালৈমা ভুমিয়া লৈথোকপা গুমলক্তে।

লৈকায় ব্রাথোক ওইরকই, ব্রা-ব্রা, য়া-য়া লাউরকই চৈ থাংনৈ। জোনসনগী মপাদো মচিন চৎপা নিপা অমনি অদুনা নুপী মব্রা ওইনা তোকহনখি, মখাতানা বিচার তৌবা গুম্লখিদে।

চীংদা চাকপা লম্মৈগুম, নোংমদোন লিক্লানা তারক্লগা মদোম নেমথখিবগুম শাগেগী ব্রারী শাগেদা অদুমক মুৎনবা হোৎনরকই। ফু কাইনবা তোকখি। বার্ত্তন করুরকই, চিনয়া থোক্লখিদরে।

অদুবু জসমাগী থম্মোয় লায়নাদি মতম পূম্বগী ওইনা থম্মোয়দা চুদুনা লৈহৌরে।

মতম শাংনা লোয়নজরকপা, লৌনসি লৈনসি ব্রাশক্লখিবা ভিকেল্লা মানা নাদুনা লৈবকান্দা হোরলিক্ল অমদি সেম্লচিংবা লৈদুনা পিরকখিবনি তৌইগুম্বসুং নীংজবদি কায়খিবনি মাসু পাউজু তারুবদা। নুংশিজরুবী মাগীদমক থম্মোয় কায়খি, করিসু তৌবদি গুমজখিদে থম্মোয়না অরোইবা বিদায় পিজরম্বা নত্তনা।

তিকেন মতম শাংনা নীংবা কায়না লৈরম্বনি তৌফম খগুদনা। মতম কুইরগা মশাগী ওইজবা খগুজরক্তুনা জসমাদগী লাপথোক্লবা তাখি। খোগুগুন্দা তারবী লৈরাংবু তাইবগু কনানা খুনগৎনীংবগে?

অনৌবা আশাগী লৈরাং চারা অমা অমুক থিরকখি, মসিগা খাগুমজগ্রিবদি জসমাখত্তনি।

মমা মচেশিংদা তাক্লমদনা লৈকায় কোইরকই। চগুখিবা মফম অমদা লৈথোকই। মমা-মপানা থিরুরগা মখূৎপেল্লা ফুবিবসু কোঙ্গাইনি। মতাংসিদগী মহাক গুাওচৎনরবী অমা ওইরকখিবনি।

সনা লৈমানা মাইবা মাইবী থিদুনা মচাবু কনবা গুম্লবা হোৎনরকই অদুবু চুপ্লবা লায়নাদি মপানগী হিদাক লাংথক, অজা-পূজানা কোকপা গুন্নক্তে। কুম্মৈ ফিয়োং খুদিং হৌখিবা ব্রারী

কয়া মণ্ডলান্দ মণ্ডলানগুম উরকই। লৈপুন শেম্নসি ব্রাশক্নখিবা, লোয়নজরকখিবা মরীদু মণ্ডলান চানগুম মাংখিবা খল্লু-খল্লুরগা নীংওম্রক্তে, খাঙম্রক্তে।

থেংলবা অহীংদা থাবলগী ইপোমগী য়ুমগী জুরীদা খোঙ য়াম্বদুনা ফম, নুজা থম্মোয় কায়, পিরাংতনা বিদায় পিরকই তিকেন্দা। মতমদুগী ব্রারীগী থম্মোয়খানগী মৈচাক্তী খাম্বী মৈরী মৈরাইরক্লী অচিকপা অহীংদা খুদোং চাবা লৌরদুনা।

মণিপুরদা লোক্তাক পাৎনা অথোইবনি মথংদা লৌকোইনি বিষ্ণুপুরগী সহর ময়োন মক্তদা চীংনা ইকোয় কোইশিন্দুনা কয়া নীংথিজরিবা। চীংদুম মচা মচানা ইকোয় কোয়শিল্লীবসি মক্তনা লৌকোয় কৌরম্বা জাৎনি। মতম অমদা থরো থম্বালনা ইমায় চোম্না শৎচরম্বনি, হৌজিক্লা লমকোয়বা পাখঙ-লৈশাবীশিংনা থম্বালগী মহৎ শিন পায়দন বোটনা লোক্তাক্তা ঙানু থঙোংনা জুরা-জুরা চাক্তবদুগা পাখকনরেদো।

পাৎসিদা কুম্মে ফিয়োং খুদিং মবানি কোয়বা চৎলিবনি পায়দেন বোটতা, মায়গা মায়গা ওনশিন্নদুনা পাৎকী ইমায় চোল্লবা ঈশিং মথক্তা নুরা পাখঙ মিৎচান্ন তাওজরম্বনি পূক্নিং তিন্ননা অদুঙৈ।

কালেনগী মতম য়ৌরকপদা মোইরাং লাই হরাওবা থাংজিং খুরুম্বা চৎমিন্নবনি। য়েৎকা-ওইগা ফমদুনা থুংনজগে থৌনিজখিবনি অদুঙৈগী কান্দুদা নুবা পাখঙ অনীদো।

"করি বর নিগনি" হংলকপনি লৈশিন্দুনা তিকেন্দা মিৎচিনা ফল্লবা য়েংদুনা।

"অদুবুরা? ইবানি থুংনজগে, নঙসু নিবু হেক হায়রকপনি জসমারোমদা চিংনবা মীৎয়েংনা তিকেম্না। অরোনবা মিৎকী ঈঙ্গিৎ তৌরদুনা নুংশিনা য়েংজদুনা।

"নঙদি করি হায়না নিগনি" অমুক হংজিল্লকখিবনি জসমানা তিকেন্দা মোমোন মিনোক্লা লোয়ননা।

"ঐসু পূক্নিংগী অপাম্বদুমক্লী নিগদৌরিবসে" আশা অমা পিনিংবগী মওংনি মোমোনরদুনা।

অসুম্না চপ-মান্ননা খুরুম্মী। মাইবীনসু নির্মল্ল পিরকই। হরাও-হরাও থোকমিন্নজরকই। মোইরাং লৈশাবী মৌনহা ময়াম জগোই শারিবদু ঙাইহাক য়েংমিন্নরকই।

অদুদগী গাড়ী তোংদুনা সেন্দ্রা তুরিস হোম লোমদা থৌরকই। তুম্বৌথক্তা ফম পাৎকী ঈশিংদা হৌরিবা ইথক মচা মচাদু য়েংলিবনি। থম্মোয়দা ইহৌরক্লী বসন্ত থৌবনগী ইথক্লা ঙাথু-থেংথু তৌদুনা ইরাং হৌহল্লীবনি পূক্নিংবু তপথবা লৈতনা।

ইমাইদা তাওরিবা ফুমথক্তা ঙামীশিংনা ঈল চিংলি অরাপ্পদগী হিরুবাক্তা নৌনা য়ৈদুনা ঙা থৌবগী খোঞ্জেল তারক্লী। করাংগী চীংদুমনা ইমায়দা থেঙ্গুনা তাওদুনা শান্নরগুম নীংথিজরিবা। য়েংথি য়েংখিবা মায়কৈদা পূক্নিং হুনা ফজরিবা।

মোইরাং কৈথেন্দা হোটেল অমদা চা থকখিসি হায়দুনা জসমা তিকেন ফল্লী।

“জসমা নঙবু করি খল্লীবগে” তুমিনা লৈবা জসমা রোমদা য়েংদুনা তিকেন হ্রাহৌরকই।

“করিসু খন্দেদা” ইচম চম্না খুমদোরকই। তিকেন মানা নীংজবা পাউখুমগী ওন্না-তৈন্নবদা খুমদোররকপদুদা পূক্লিং ইরাং লাংই, শাওনিং লকপগুম তৌরকখি।

‘হায়বদি ইবানিগী পম্বুংসিবু অসিব্রাইদা অসুম লোয়রসিরা?” খল্লুদবা হ্রাহং অমথক্লা জসমাবু মণ্ডলানগী সৈবাক্তগী অশেংবা তাইবঙদা পুশিল্লকলিবগুম খঙদৌনা তিকেন্দা মুন্না য়েংলদুনা হায়রকই- করি হ্রানো তিকেন? পম্বুং য়ৌগদবা মতম হ্রাৎলিদুনা তৌবনি, ঐসু লাইরিক মথা তমখিগে, অদুগা নঙসু, মতম চারবা কান্দা থোক্লরগা লোইরেদনা।

“অদুবুদি চুন্নবা, অদুদা...। চিংনজৈ পম্বুং য়ৌঙমদনা লমম খাঙদা শেংনখিগদরা খল্লুদুনা।

“অদুদা করি তৌরবা? থাজদবগী হ্রারা? তিকেন লংনা মীৎয়েংদা জসমানা হায়রকপনি মথা অমুক শমথরকই-

“অদুগী ওইরদি হৌজিক্লা নুংনাংলিবদি করিগীনো? “য়ান্না চীং লেম্না জসমানা হায়রকখিবনি অরেপ্পা হ্রাখলদো থম্মোয়দা থমদুনা।

“কনানা খঙগনি মতমদি হ্রাৎলি, ইবানীগী পম্বু য়ৌগদৌবা?” চিংনগনবা নিপাওইবগী হ্রাফমদু থমদুনা তিকেন্না লুকথরদুনা হায়রকখিবনি।

“মতমবু কনানা থিংবা ঙমগনি, হৌখিবদি খঙহৌরোই, নঙ ঐগী থবক্লা হ্রাৎহৌগদৌদনি” তাইবঙ পুন্সিগী জ্ঞান লৈবা মান্না জসমানা হায়রকপনি তিকেনগী চিংনগনবা পূক্লিংবু ফাথজনবা ওইনা।

“মীওইবগী পুন্সি তম্বা ঙমনদে। অদুনা কনানা খঙবা ইবানী থুংনদবসু” মায়থোং লাংশিন্না হায়রকই তিকেন পূক্লিং ইরুম লুমজদবগুম।

“করিগী অদুক তয়াংনা খল্লীবনো? ঐনা লেপ্লবসিনি” তিকেনগী মখূৎতু কন্না পায়শিন্দুনা জসমানা হায়রকই।

“শোয়দ্রেকো থাংজিংনা শাক্কি” অনীমক থাদোক্লদে খূৎতু। “শোয়দ্রে, থাংজিংনা শাক্কি” অনীমক লেকমিন্নৈ। চান্নজবা মীৎয়েংগী ঈঙ্গিৎ অমদা।

পম্বুং য়ৌনবগী অশা লৈরি খন্ন-খন্না লাকখিবনি মোইরাং বাজারদগী অনীদো।

জসমা পিরাংলক্তা তিকেনগী শক্তম উরক্তে। কাউজবা ঙমজদ্রবা দৃশ্যদুনা মাবু তত্তনা ওৎলরি। লৈচিন নোংফাইনা পানা থাজগী মায়থোঙ খনজিল্লকখি।

থম্মোয়গী লায়না হৌরকই। ঙাওচৎনরকই। ফুক হৌগৎতুনা মপাললোমদা থোক্লে তৌরুই। মচে য়াইমনা হলজিল্লকলমদ্রবদুদা মপান থোক্লকক্তুনা য়েংলকপনি- “জসমা

হায়, কদায়নো? নৎত্রা চৎকে তৌরিবদুবো? ঙাওরবরা নঙবু, অহীং অথেংবসিদা'' মীচৈ থানা ঙাঙলকপনি মচেনা।

''চেচে নোং ঙাল্লবসিদি?''

''কদায়দা ঙাল্লিনো? লাকও লাকও পাবনা তারগা অমুক চৈবিরক্কনি। চঙলসি লাকও'' মখুৎ পায়দুনা চিংগে তৌই।

''ও! নোংঙাল্লিজাৎ ওইরে ঐদি ঙাল্লে হায়দুনা ইচা থোয় চৎকে তৌরুরিনি'' ইঙক ঙক্লা ''চঙলসি তুম্মুরসি'' মচে য়াইমা মখুৎ পায়দুনা ইমুংদা পুশিলখি।

মরকসিদা সনালৈমনা লাউরকখিবনি- নন্দীনি নপাবুং কৈনোমা তৌখ্রে''।

# থোইবী নঙ থোইবা ওইরম্লবা

তাইবঙ পান্দা জীব কয়ামরুম্নী মপুনা শেম্নীরম্লীবা ময়ামসিগী অথোইবদি মীওইবনি। মীওইবা হায়রিবা জীবসিনা অতৈ জীব কয়া ফাদুনা য়োকই, কান্নবা য়াবা, তৌবা ঙম্বা থবক কয়ামরুমসু মখোয়দা তৌহল্লী। শামু হায়রিবা মপাঙ্গল কল্লবা শাসি ফাদুনা শাদোং ওইনৈ। লৌশিংনা শামু ফাই হায়নরিবদুনি।

হমেং, শননচিংবা ময়াম অমনা য়ুমদা য়োক্তুনা শঙ্গোম অমদি লৌউ-শিংউবগী কান্নরবা খূলাই ওইনা শীজিন্নরিবনি।

হুই, হৌদোং য়ুম্বু ঙাকশেনবা উচিনা অমাং অতা থোকহনবদগী ঙাকথোক্লবা ওইনা লুনা চান্না য়োক্লরক্লীবনি।

"ইমা ইমা!" ইমুংদগী ইচাতোম্বনা খংকৌ খংকৌ কৌরকপদুদা ঐদি ইপাবু পাখঙলুরেদনা।

"হায়, করি তৌরে, য়ুমমৈ চাকপদৌনা লাউরিবসিবো, হা? ঐনা অমুক হানজিল্লুবনি ব্রাহং কয়া কয়া, মহাক্কী মতৌদুদা মিপাইখিদুনা।

"য়েংউ! থোইবী লাক্রে, হব্রাইমান অমসু লোয়নরকই হায়মী ইমা।" ইতপ তপ্না করিসু থৌ-ব্রা শাদবমখৈ হায়রক্লিবনিনেসে।

ঐনসু হায় "ফরেদা মসিদি থোইবীগী মৌনিদনা, থিনা তৌবা য়াদেকো। মাসু ইমুংসিগী মেম্বরসিপ ফংলবনি ঙসিদগীদি" ঐহাক য়াম্না হরাওরম্মী মরমদি থোইবী ঐগীদি য়াম্না নুংশিজরবা হৌদোংনি।

"মবানী পূম্না য়োকপা তারেনে অদুদি?" ইচা তোম্বনা অমুক মখা তানা শেংদোকপগী মওংদা শমথরকই।

"অং য়োকপা তারবনি থোইবীনা মাংখিবদা ঐগী য়ুমসে উচিনা থাংদুনা পুখিগদৌরেনে কৈনো? হৌজিক মা লাক্লবনিনা ঐখোয় অহীং ইংনা চিক্লা তুম্বা ঙম্লগনি, নৎত্রনে?"

অসুম্না মখোয় অনীবু ঙা তোক্তুনা চাক থাবিরে। মখোয় অনী য়াম্না নুংঙাইনা ফমুং অহাংবদুদা তুমদুনা লৈরে। অদুদগীদি উচি মখোন ফাওবা তাখিদরে, উচি মখুনদা লোইয়না চঙল্লবা হায়দু ওইরমাল্লে। চেক মোক লাউখিদবনি।

ঐখোয়না লোয়রকপা হৌদোং কয়ামরুমগী মনুংদা থোইবী থ্বাইদগী ইহেন হেন্না ফজবা অমদি নুংশিবা জীব মচা অমনি। মহাকসি মমায় ইপাক-পাকই, পুরকপদা ঙাইরিঙেদা ঐনা অমোম্বী খন, মশক হেক উবদা 'থোইবী থোইবী' হায়না হেক কৌরুবনিদা। য়াম্না লুনা তৌনৈ, ঐখোয়গী ইমুংগী মীপুম খুদিংমক্না মরু ওইনা ইচাতোম্বনা। শঙ্গোম পীথকই অহাওবা অমত্তং চাবদা মাগী থাক্কুনা থম্বী। লাক্লগা পীজ পীথকই।

করিগুম্বা নাদুনা নোংমা ফাদোক চাক চাদ্রবদি গ্রুকোজ এম্পল লৈদুনা পীথরকই, মুক হান্নবা পম্পদুনা। মতৌ অসুম তৌনা য়োক্লকপনা থোইবী কাংদোং ফারবা হৌদোং ওইরক্লে। মচু-ফজে ঙৌনা লাংই।? মতু নাম্লী, তমোন তমোন। ঐনা হেক ফম্বগা তম্পাক্তা হেক্তো কাখৎলকই। ঐসে মাগী মমাদু মঙাইরেনে তৌরিবা। ঐনসু নুংশিনা নানবিদুনা থম্বীবনিদো। ইংথম অহীং খুদিং ফমুং মচিদা হেক্তো কাখৎলকই, তুমিন্না তুমদুনা হেক্তো লৈরম্লীবনি। ঐনা মদুদা খোঙনা কাওথরিবা মরমদি মাগী শেমদুনা থম্লীবা মকোন্দুদা তুমদে হায়দুনা। মরম অমনা মাগী খরু খরু তৌবা অমা লৈবদু ঐনা য়াম্না হৈনদে।

অদুবু ইংথম অহীং খুদিং ইচা তোম্বগী ফমুং মচিদা। অমুক তুম্পক তাশিন্দুনা তুমদুনা লৈবা থেংনৈ। মৈফু মনাক্তা বোরা থাদুনা মথক্তা শমতুগী অমোনবা ফি থাদুনা থম্লীবনি অদুবু মৈশা নেমথরক্লবদি ইংলক্কুনা ফমুং মচিদা হেক হেক চঙললক্লিবনি।

অসুম্না য়োক্লকপনা থোইবী য়াম্না হৈ-শিংনা, নুংঙাইনা, হরাও-হরাও ঐগী ইমুংগী মেম্বরসীপ ফংদুনা চাবা থকপা খুদিং মাগী শরুক তম্মী। য়াম্নসু সেন্সিতিপ ওই মীরোন খঙই ঐখোয়গী হুই গুফীদো অদুবুদি ইমুং চঙহননিংদে মানা। করিগুম্বা মবানী য়াম্না নক্না নৎত্রগা পূন্না কুনমিন্নদুনা নুংশা য়াইমিন্নরম্বা থেংনৈ অদুবু ইমুংদদি থোইবীনা গুফিদো চঙহন্নীংদবসি অয়ৌবীনি। অদুক নুংশিনা লৈমিন্নরিবদু ইমুংদদি খু খু হেক্তো কাম্মী, হুইদুদি করিসু হায়দে অদুবু মানা করিগুম্বদা লমহেন্দুনা ইমুং চঙলক্লবা অদু ওইরবদি মমায়দা মখূৎ অনী চংদুনা থাবদি শোয়দে।

মরমসি লৈবনা নোংমদি গুফিনা মাবু মপান্দগী কন্না হেক্তো তানলকখিবনি। ঐনা উদুনা খামবদগী থোইবী কোৎখাদা চঙদুনা কাম্বা ঙংবা হৌরকখি।

ঐনা লাউবনি "করিনো নবানী ইমুংসিসদা লৈমিন্নরগা করিগী অদুম্না ঙংনরিবনো? ঐদি য়াদেকো। মতুংদা অমুক ঙংনবা থেংনরবদি হাওদা য়েনগা ওন্নথোক্কদবনি খঙউ, নখোয় অনীমক।" ঐনা য়াম্না শাওনা ঙাঙলিবনি। মখোয় ভাব তাই, য়াম্না খঙই। মতুংদা অমুক ঙংনখিদ্রে। অদুদগীদি ঐদি কয়া নুংশিজরে। মখোয়গীদমক তোঙানা চান্নবা ঙা মচা অকংবা লেদুনা থন্রেদনা।

উচিনা ফৌ চাবা কোৎ হোৎতোক্কুনা মখাদা কয়া তাদুনা মতোন থোকপা থৌদোক

কয়ানি থোইবী লৈত্রিঙৈদা ঐনা থেংনখিবা। ময়ামদু উরুরগা মিৎতগী পি তাখিবা ফাও খঙহৌদবা। করিগীনো হংনিংলম্বা য়াই, ঐগী য়ুম্বুরেম্বদো অয়াম্বা মতমদা পোষ্টীংদা লৈবনি অৱাৎ অপা লৈত্রবসু মতম চানা য়েংশিনবীনবা লৈতে। ইচাশিংসু পিকলিবনি অয়াম্বনা বোর্দিংদা লৈখিবনি। অদুনা মখোয়না অদুগুম্বদু য়েংশিনবা হৈবা পোৎ নত্তেদো। মপা ইবুংঙোনসু মকোক্তা হাপতে, লাক্লবসু য়েংশিনবীবগী ৱাখল লৈতে। ফৎ হেক্তা মচৎখিবনিদো।

করিগুম্বা উচিনা কোৎ চিকথক্লুনা ফৌ চাইখাইবদগী নোং য়ুদুনা মতোন থোক্লম্বা য়াওরম্বদু উরুবদা ঐহাক হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইখিদে।

ঐগী অৱাবসিদা ইচানুপীনা অৱাং লৈকায়দগী লৌরুবনি। মা লাকপদগীদি ঐগী ৱাখল ইংনা লৈবা ঙমজরকখিবনি হান্নগী অৱাবা নুংঙাইতবদু লোয়না কাওথোকচখিবনি। উচি অমনা খেক লাউবা ঙমখিদরে। ফৌ চেঙগী অমাং অতা থোকপা ফরক্লবনি অদুদগী থোইবী ঐখোয় ইমুংগী মী খুদিংমক্লা লুনা চান্না তৌবা হৌরকইবনি।

“ঙসিদি ইমা চাক খর ৱাৎলনি, হুই হৌদোংগী থাননবা”

“ওঃ অদু ওইরবদি চেঙ মেরুক খাংঙৈদং কুক্করদা কামলগা ঙা তোত্তুনা থাবিয়ুদনা।”

“ফনি ইমা” সি হায়দুনা ইমৌশিংনা অমুক থোংদুনা থারিবা কোঙ্গাইনি।

মতমদুগী ঐখোয়গী হুইথৌদো য়াম্না শাখিবনিদা। মী অমত্তা চঙবা য়াদে। বার্ত্তন ফাওবা কোম্বোংদা নুংনা নন্দুনা থম্নগ্রীবা অয়াম্বনি।

থোইবীগা মাগদি য়াম্না চান্নজে। চাক চামিন্নৈ নুংশা য়াইমিন্নৈ। নোংমদি মাঙ্গোন্দা হুইদা ঙাশিন্দুনা নুংশা য়াইমিন্নরম্বা থেংনরুবদা ইচেনো মী কৌদুনা য়েংহল্লম্মীবনি। মসিসু অঙকপনি। য়ানদবা জীবনি হায়নরিবা জীব অনীসে পুন্না হেক হেক লৈমিন্নৈ।

নোং ফাদোক ইমুংদা থোইবী লৈবা উদ্রবদি হুইথৌনা কোয়থি হেক থিরিবনি।

মতমগী মতুংইন্না থোইবী কাংদোং ফারকই। অচৌবা ফজরবা হৌদোং অমা উইরকই, মতমসিদনি ঐনা থোইবীসে থোইবা ওইরগ্নে হায়বা খঙলকখিবসু।

ইমানা মতম অমদা হায়রম্মী- “ইবেম্মা হৌদোং লাবা লোয়রুনুকো” মসিগী অর্থ খঙখিদে মতমদুদা করিগীনো হংলুবদা পাউখুম পীরকখি- “মখোয়দি চাওরক্লগা লম্বোইদুনা হেক্তা চৎখিবনিকো” ঐনা হায়রম্বনি “হৌদোংনবা লম্বোইবরা?” লম্বোইবা’ হায়বসিগী অর্থ ঐ হৌজিক্তা ভাব তারক্লিবনি।

“ইমা, থোইবীগী মৌদো মচা অহুম পোক্লে, য়াম্না ফজেয়ে, মমিৎ পাংদরিয়ে” ইচা তোম্বনা নোংমা ঐঙোন্দা চেল্লক্লুনা হায়রকখিবনি। ঐদি কয়া হরাওজরে “থোইবীগী মচা অহুম পোক্লবকো” থুমোক অমনবা অমদা বোরা। ফিমন থাদুনা মখোয়গী মকোন ফজনা

শেম্বীরে।

ফনা চাওরে মচাশিংদো। থোইবী মানবা অমা য়াওই, অনীদি হব্রাইমান ঙাক্তনি মপী মচু।

অনৌবা অতিথিশিংদো লাকপদুদা হুইথৌদো পুঙাও-ঙাওরে, মরক মরক্তা হেক্তা খোংলকই। মদুদদি হব্রই মানদুনা মচাশিংদু হোং-হোংদুনা পুদুনা চৎলি। য়ুমগী সিলিংদা, কোৎ মনুংদা, খর চাওর কান্দদি চাক চাবগী মতম ওইরক্রমাল্লে, মখাদা পুদুনা লাক্রে। ঐনা খল্লী-ফরেদা মচাশিংসে চাক চাবা হৈনেনবা মপীনা চাবা থকপদা য়াওজবা ঙম্রনি।

মখোয়না নুংঙাইনা লৈবা য়ানবা মকোন ফজনা শেম্বীরে থুমোক অমদা। নোংমদি হব্রাইমান্দো অয়োকঙা অতাওবা অহুম য়াওবা প্লান্তীক খাউ অমা পুদুনা লাক্রে। মচাশিংগী চানবা হায়দুনা তৌরিজাৎনিদনা। ঐগী নাক্তা থম্লম্লেনে, কয়া নুংশিরে ঐনা মচাশিংদু তোক্তুনা থাবিরে।অদুবু ঐনা অমুক হায়রুরিবনি "হায় হব্রাইমান, নঙনা তৌরিবসে শোয়দনা চৈ চারবনিকো। তুংদা অমুক তৌরক্কনুকো। ঐনা লৈদুনা পীজরিবসিদি। নোংমদি নঙ মপুনা ফুবিদুনা শিবা তারেনে।"

অদুবু নোংমা নীনিদি তুমিন্না লৈরম্বনি অদুগা নোংমা অমসু তুংহনবী অকংবা অনী/ অহুম য়োম্বা ময়োম অমা অমুক পুদুনা লাক্রে। ঐদি নুংশা থীরবনি। করিগুম্বা মপুনা মাননি খঙখ্রবদি শোয়দনা ফুবিরক্কনিকো। অদুদগী হেন্দোক্তুনা য়েনগা ওন্নথোকপিখিবসু য়ারিবনি। হৌজিক্কী মীওইশিংসিদা ঐনা কয়া ব্রাজখিবা মাগী লীচৎসিগীদমক্তা। তৌবদি মাদি শানিদো। অদুবু মচা নুংশিবগী থম্মোয়দুনি ঐনা য়াম্না নুংশিরুরিবা।

মচাশিংদো থোইবীসু য়াওনা লেকপিরিবা য়াম্না লুনা তৌজরিবা জাৎনিকো। অদুবু ঐদি নুংশা অদুম থিরি মাগী মপীসিনা তৌরিবা লীচৎসে মীগী মপোৎ পুরক্লিবসে ঐ য়াম্না ব্রাই। তাইবঙ মীরোন থোক্তুনা "তৌরক্কনু" হায়বদা খঙদুনা তৌরকত্রবদি ফগদবা। খঙবগুম, খঙদবগুম শাগী ব্রাখলনিদো।

"ইমা ইমা হব্রাইমান মচা অহুমদো ঙসিদি লৈবা উদরে, কদায়দা চৎখ্রবনো খঙদে, হুইথৌনা থিরুবনি থোইবীনা পঙখোঙদা খোঙই, মখা অব্রাং মমীং চৎতুনা ইচা তোম্বনা নোংমা নুংথিল অমা ঐনা চৎথোক্লুবা হঞ্জিল্লকপদা হায়রকপনি য়াম্না নুংঙাইতনা। ঐসু নুংনাংলেদো। শোয়দনা থোকপা অমদি তৌরম্রনি, লৈকায়গী মীওইশিংনা করিগীনো হায়ববু মানা ঙা হেক হেক পুরকপদো।

নুমিত্তুগী নুমিদাংব্রাইরমদুদা মপীদো ব্রায়র মতেক অমা উকক অমনা হুইগং থাংদুনা পুল্লগা ঐখোয়দা চেল্লক্রম্বনি। ঐসে তৌফম খঙদে, ময়ামদু লৌথোক্তুনা উকক মবী মবাং পুন্না ঐনা মৈদা থাদোকপ্রে।

অদুবু হব্রাইমানদো চাক চারম্বনি, মচাশিংদুদি লাকখিদে মরমদুনা চাক্তু চাবা ঙমদরে,

য়াউম অমা/অনী চারগা তোথোক্লুনা খোঙ-খোঙদুনা লৈরম্বনি। মচাগী কায়না মৈনা চাক্লক্লরী হব্রাইমান তুমিল্লা লৈয়ু য়াদে। কোইচেন চেল্লী কোইথি থিরুই। ফংবদি মরৈতে। করম্বা অব্রাফমদা তাপ্রবনো ঐগী ব্রাখলনা লাম্বা ফংখিদরে।

সোমদা থোইবী খোঙ-খোঙদুনা কোইথি থিবা হৌরকই। ইখোল অকোইবা য়ুমথক্তা করিগুম্বদা উদা চোং চোংদুনা কাখৎলি। মাগী হব্রাইমান মপী মচা থিবদা থোইবী চানি থক্লনি খঙখিদরে। থোইবী অনা লোয়রেদো। ঐখোয়সু য়াম্না নুংঙাইতরে, নুমিৎ নীনী/হম্লী চাও-থকউ হায়বা য়াদ্রে, ঐগী থোইবী মতু মচা কায়নবগী মৈচাক্লা অব্রা হইজোং লাংখ্রে, থম্মোয় কায়না ব্রাখরেদো।

থোইবী নারে। ইচা তোম্বনা এম্পল লৈদুনা ময়াদা পম্পনা কাপশিনবিরিবনি। তাইবঙ চৎনব্রোন ওইবনা থোইবীগী নোংমা-নোংমগী কাউবা ঙম্লবা হোৎনরকই। চাবা থকপা হৌরকই। নাবা ফদুনা কোয়না চেন্না শান্নরে। মথেল ফানা ফরেদো।

তাইবঙ মীওই মচৎ মতৌনি হৌদোংদুদসু চপ মান্ননা উবা ফংই। ঐগী থোইবী মীনুংশি চাওবা হৌদোংনি।

নুংঙাইতরে তরক তরক থোইবী অমুকসু নুংশুক নুংজানদুনা লৈরকই। থোইবী চহী ৫ থা ২ শুরে পাখঙ মপূং ফারবনি। মশক মতৌনা, কুচু কুমেন্না লময়ৌবী, মশা মউ ফবা হৌদোংনি। অউবা কনানা পাম্মী ফজে শোম্নে।

অচাবা নহারোলনা তিল তাবমখৈ য়েংনৈ। ''শা কৌবনিনা মপান থোক্লনু মীৎ ফত্তবা মী লৈ'' কাক হায়বসু য়াবা নত্ত, কোইনা চখোকই। মাগী হাংলিবা জুরা শেমজনিং ঙ্যাও ঙ্যাও খোঙ য়ুমগী অকোইবদা চৎ, য়ুমথক্তসু কারুই, দলান মথক্তা করিগুম্বদা উথক্তসু কারুই। মফম খুদিং থুংই। মানা চৎলিবা, মাগী মতৌ উরুবদা নুংঙাইতবা পোকই। অনৌবা হৌদোং অমোম অমা থিরুসিরা খন্নে ইচানুপীগা। বসন্তগী অহৌবা ওইনা য়াওশং মণিপুরদা অচৌবা কুম্মে অমনি। মতমগী নহারোলশিংনা চাব-থকপদা অপনবা থম্নরক্তবা কান্সিদা কদোম চৎখ্রিবনো খঙহৌদে। ঐগী থোইবী হল্লক্কে। কয়া কৌরে, কোইথি থিরুরে, অকোইবগী লৈকায় অমদি লৈকায় লান্না ফাও।

অদুবু হল্লক্কে ঐনসু থেংনরক্কে। নোংমা ইনম্মনা ঐবু কৌরগা হায়রকই- ''তোম্বী নঙগী হৌদোং লাবদো অব্রার্দনম্বর ৭ তা লমলোং ফাংবা অদুব্রাইদা হেক হেক লৈবনি। অদুগা ধনেশ্বরখোয়গী অদুব্রাইদা, মখোয়গী মনীংদা খোঙদুনা হেক হেক লাকই। মানসু মশক খঙবনিনা অশেংবা ওইনা হায়রকপনি।

''ইনম্মা ঐসু মফমদুদা থিরুবনি, থোইবী মানবা লাবা অমদি থেংনরকই অদুবু ঐনা কৌরুরগা ইনাক্তা লাকপগী মহক্তা খোং খোংদুনা লাপ্লা চৎখ্রিবনি ঐ নীংবা কায়না হল্লকখিবনি

নুমিৎতো’’ ঐনা য়াম্না নুংঙাইতনা হায়রুবনি।

‘‘লৈবনি লৈবনি, ঐ ইতৎতত্তনা থেংনৈ। নোংমদি ঐখোয়দসু লাক্লম্বনি।’’ য়াম্না শেংনা হায়রক্লীবনি ইনস্মনা।

‘‘নুমিত্তু ঐহাক য়াম্না নুংঙাইখিদে থোইবী নৎত্রবরা খন্দুনা লাকখিবনি। হয়েংসু অমুক য়েংলুগে ইনস্মা’’ ঐনা হায়রুরনি তশেংনা ঐ নুংঙাইখিদে ইমুংদা লৈবা মীওই খুদিংনা মাবুত শোল্লীবনি।’’

‘‘হোই, লৈবনি নঙগী থোইবীনি’’ ইনস্মনা ঐঙোন্দা ঐগী পূক্লিংবু থেমজিনবগী মওংদা হায়রকখিবা।

ঐগী থোইবী মতম কুইরে য়ুমদা হল্লকখিদরে। ইমানা ‘‘লাবা লোয়রুনু, লম্বোইদুনা চৎখিবনি’’ হায়খিবদু অমুক খঙনীং নীংশিংলকই। করিগুম্বা ‘লম্বোইবা’ হায়বদুরা মানা তৌরিবসিবো? অদু ওইরবদি মা লাক্রমলোই হব্রাইমান পুদুনা। ঐনা নুংঙাইতদুনা ইখোল মতোন্দা কোয়না চৎলি মাবু কৌ-কৌদুনা থিবা নুমিৎ খুদিংগী।

নোংমদি হৌদোং ঙৌরুনবা য়াম্না ফজরবা অমা পুরক্তুনা অমুক য়োক্লে মদুসু নীংথম থাগা ওইবনে মৈ তিক্তুনা লৈথোকই, উচিনা মখে লাংবনা অহীং তুম্বা য়াদরে। কোৎকী ফক্লাং হোগাইদুনা লোইরে, তৌফম খঙলক্তে ঐ, ঐসে কপনীংলকই। ঐগী থোইবীদো তোয়না নীংশিংলকই।

‘‘মখোন থোকপা মেছিন অমা লৈবনি মদু মযাংনা য়োনবা লাকই হায়দুনা মীনা হায়রকই’’ ইচা তোম্বনা ‘‘শীংজমৈ লম্বীদা য়োল্লী, ঐ য়োনফম খঙই’’ হায়রে ‘‘পৈশা লৈবা নুমিত্তা লৈদুনা পুরক্কে।’’

মরকসিদা মপানা য়োংচৈ অতুম্বা অমনা উখোং অমসু লোইনা থিনদৎলে। উচি লৈহোৎপী হায়বরা নৎত্রগা মোরে উচি হায়বরা অদু য়াম্না জাৎথীবা জাৎনিদনা। নুমিৎ হেক তাথিবগা ঙাইঙমদে শিলিং মথক্তা জিঙ্ক মথক্তা তান্নরিবা তুম্বা লাকপা য়াবা পোৎ নত্তে।

ঐ থোইবীবু তোয়না নীংশিংলকই ‘‘মাবু লৈরবদি উচি মখৈ তুমিন তুমিন চৎপ্রগদৌনিকো, মা লৈরবদি ঐসে অহীং নুংঙাইনা তুমজগদবনিকো’’ অসুম্না তকসী শোল্লবা নত্তনা করিদি উপায় লৈরিবগে?

ইচা তোম্বনা মেছিন্দো লৈদুনা পুরক্লে হায়দুনা তৌই, মখোলদো নাকোংদা য়াম্না নুংঙাইতে, মদুনা উচি, তিল কাং চঙবা ঙমদে হায়নৈ অদুবু ফরিবরা ফত্রিবরা খঙদে নাকোংদা ইম্বোক্লা নুংঙাইহন্দে।

ঐগী অব্রাবসে ঐগী থোইবীনা মমঙদা কাক উরম্বা য়াই, শোয়দনা উরমগনি, ঐনা মাবু নুমিৎ খুদিংগী শোল্লীবনি। তাইবঙ জীবশিংগী লীচৎনি। কনাগুম্বনা নুংশিনা শোল্লবদি মঙদা

করিদা উবা হায়বসি শোয়দনা তৌনবনি।

নোংমা নুংথিল অমা অমুবী অমা পুদুনা থোইবী মাগী কুইরবা ময়ুম অশেংবসিদা লাক্লে। অনৌবী মৌ অমা পুদুনা লাকপসিদা ঐদি নুংঙাইবা অমদি হরাওবগী ঙমখৈ লৈতরে। মখোয় অনীগী চানবা ঙা তোত্তুনা চাক থারে। অহীং মখোয় অনী অহাংবা ফমুংদুদা ঙাম্না-ঙাম্না তুমদুনা লৈরেনে। মখোয় অনীগী মখোল তাবদগী উচি মখোন ফাওবা তাখিদরে। চেক মোক লাউখিদরে। অহীং ইংনা চিক্লা তুমজবা ঙমজরেদো। ঐগী থোইবী চাউরবা হৌদোং লাবনি।

থোইবী অমদি মৌ অমুবীদো য়াম্না চান্না-চিন্ননা লৈমিন্নৈ। করিগুম্বদা থোইবীনা চাক চারিঙৈদা অমুবীদো লাক্লবদি মা চাবা তোক্তুনা অমুবীদো মপূক থন্না পীজৈ।

## জন্নী

- ইতৈমা! কদোম লেঙবীদোইনো?

- ইবুংঙো! ইম্ফাল ঙাইহাক্তং য়ৌরুগে

- তাদদুবু করি শুরিবগে?

- লৌ খর পাল্লীয়ে, মদু য়েংবসি মাগী মথৌ ওইরি।

- হোইনে, নাহল থাংজৌ অমা পায়দুনা চৎহৌবা থেংনরম্লীনে। ইতৈমসু মহৌশা নত্তরে, শক-চু য়াম্না থোক্লোবো।

- হোয় তেম্লন লৈতরে। মহৌশাগী দাইভরসনদো লোইখিদুনা থবক্তা কন্সেন্ট্রেসন তৌবা ঙমজরে।

- মতম অমগী তাদগী ঈশৌদো খর ফনা উরেদা।

- ফরে ইবুংঙো। মহৌশা নৎত্রে। থকপা চাবা তোক্তুনা খর ইংলে, লৈবাক্কী খুলগী থবক্তা পূক্লিং চঙলক্লে। অদুবু করিগুম্বদা শৌরকপসু ময়াওরকই।

- অদুদি হৈনখিবা কাউবা য়াদদুনা ওইরিবনি। ফাখিবা ঈশে নোংমতসু ঙংই' হায়দুনিদা।

- হোয়, ইবুংঙো।

- ইতৈমা অঙাংশিংদি করি করি তৌবকা য়াওরবগে?

- য়াওরে, অহলদো ওজা ওইরে, য়াইমদি প্রাইবেত স্কুলদা ওজা ওইরি পৈশাদি য়াওদেদা।

- ফরবনি ইতৈমা হৌজিক্তী অদু ঙাক্তনি। সরকারগী থবক ফংবদা ব্লারবনিনা।

- হোয় ইবুংঙো, অতৈদি অতোনবদুদা মঙাইরে মদুনা তি দি সি ফাষ্ট ইয়ারদা তম্লী কলেজদা।

অসুম্না গাড়ী ওন্নরদুগা ব্লারী শাদুনা বস মনুংদা চৎলি রানীদো। মতম অমগী পুলিস ওইরিঙৈ মরূপনি চাউবগী। মফম খুদিং পোষ্টীং চৎপা নুপানিনা মী মখল য়াম্না খঙনৈ। রানীনা অমুক হংলুরি- ইবুংঙোগী অঙাংশিংদি করম তৌরবা?

*- অহনদো নহাল পলসর হায়বা গাড়ীদো লৈরুই হায়, মচেনা খর, মমানা খর অমদি মশানা অব্রাৎপদু পুথোকই।*

- ইবুংঙো মদুবু কয়া পিবনোনে?

রানী গাড়ীগী মমল খঙনীংই মরমদি মদু মাগী কোকচিকপী ওইরিবা পোৎনি।

- ইতৈমা য়াম্থে মঙানি, মন্ত্রী পূন্ত্রীদগী লৌবনি, কেস পেমেন্টনি।

- ইবুংঙো ঐখোয়গীসু অমা লৌবনি মদু মমল হেনবগুম তৌইনে, ইনষ্টোলমেন্ট ওইদুনা তৌবা মাল্লে।

- মখোয়গী শেন্দোই য়াওরমগনি।

রানী তুমিন্না লৈ, ব্রাখল তৌই। মচানুপানা তৌরিবসে মাবু ব্রাহননবনি খল্লী। মতমগী নুংশিৎনি, শিৎলক্তনু য়াদে, অদুবু থুনা হেক খুদোং চাবগা পিথোকখিবা তাই।

ঙাইহাক খল্লুরগা রানীনা অমুক হায়রকই- অদুবু ইবুংঙো, অহনদি মাগী রাইট লৈতরে হায়না ইশৌ য়াম্না লাংই।

- করিগীনো ইতৈমা অদুম হায়রিবদি?

- কনা খঙনি, ঐনা হংলুই- নঙগী রাইটতো কনানা মুনবীগ্রবনো? মদু তাবদগীদি ঙাইহাক তুমিন লৈগ্রিবনিদা। অঙাংনা মাগী ২৮ লৈরে মচেদগী খর অদুদগী ময়াম্বদগী খর তৌদুনা লৌরুরে অরেম্বদুনা ইনষ্টোলমেন্ট ঐনা থিগদৌরিবা। অদুদা মঙোন্দা তানরমদে, অসি ওইরে।

- অদুগী ওইরিনী ইতৈমা।

- মানি ইবুংঙো, অদুগী মালোমনি মাগী ব্রাদো। অহল ওইরে লেমথোকউ য়াদে।

রানী ব্রাখল নুংঙাইতে। তুমিন্না করিনো খর খল্লী। ঙাইহাক লৈরগা গাড়ী ওন্নরদুনা অমুক মখা তারকই- মতম অমদা তাদনা হায়খিবা লৈ ইবুংঙো নতৈমাসে মশক থিজরবসু ঐগীদি মনিনি, ঐনা ঙসি ঙাওবা ঙমলিবসি মাগী মপান্ননি''।

রানী তুমিন্ন তাই ''থকপা চাবা পাম্বা নুপাগী নুপী হায়বসি য়াম্না লেম্রীজাৎনি, য়াম্না থাগৎপিরগ্রী জাৎনিনা''

সোমদা রানীনা ব্রা ঙাঙদনা তুমিন্না লৈখিবদুদা গাড়ী ওন্নরদু কন্দক্তররোমদা ওনশিন্দুনা ঐঙোন্দা ঙসিদি ১,৪০০/১,৫০০ ফাওবা পিবা ঙম্নবা হোৎনৌ। ভাড়া ফজনা লৌশিল্লু। ঙসিদি মী খর ফজে।

- ফনি হোৎনজগে। কন্দক্তরদুনা খুন্নকইবনি। রানী লাইব্রেরীদা কুমহৌই। ইবুংঙো ইতৈমা লৈহৌরগে।

- ফনি ইতৈমা।

অসুম্না লাইব্রেরীদা ঙাইহাক চঙলুরে। ঙাইহাক লৈরগা থুনা থোরকই। কৈথেন চঙলুদরে, করিবু লৈরুগদৌনো? লৈনীংবদি কোঙ্গাইনি অদুবু মপূক্লিং নুংঙাইতে। য়াম্না

হৈনীংদনা খোঙনা কৈশামপাৎ পার্কীং লোমদা লাক্তুনা চুরাচান্দপুর গাড়ী তোংলকই।

হল্লকপগী জরনীদা মী অমত্তগা ব্রারী শাদরে। ক্লাক্তাগী ফেমিলী অমগা পুন্না মনীংগী সিত্তা ফমিন্নৈ। অঙাং অনী য়াওই। অহলদু নিপানি চহী মরী/মঙারোমগী লেঙনি, ঙাঙখিবনা ঙাইহাক্তা লেপ্লে, মপাগী মনাক্তা চঙশিলগা ফন্নুই। মমানা মপানলোমদা য়েংলগা অউঅউবা পোৎকী মমিং মচানিপাদুদা হংই অঙাংদুনা মানা খঙবা মখৈ হায়রকই।

রানীদু অঙাংদুগী মতৌদু উরুবদা ঙসাই পূক্লিং নুংঙাইখিদবদু খর য়াংলকই। অঙাংদুনা ঙাংলকপা উচারোন্দুদা অমুকসু নুংঙাইরুই।

এরোড্রোম য়ৌরকপদা মপানা প্লেন তারিবদুদা খুদোম্বী থিন্দুনা য়েংহল্লী অদুগা ''প্লেন হায়য়ু হায়য়ু' হায়দুনা উচারোন চুম্না হায়হন্নবা হোৎনরকই।

খর চৎলগা দাইভরসন অমা লম্বী তথ্বাই তৌথোক্তুনা সিমেন অথিৎপা হৈরিবদু য়েংলগা মমানা হংলকই- অসে করিনো হায়বা, হায়ুনে অসে?

মচানদি ময়ায়দা ফম্বা মরম্না মমানা খুদোম্বী থিন্দুনা হংলিবা খোং হৈরিবদুদি উবা ফংদবনা লাপ্তক উরিবা য়ুমদু ওইনা পাউখুম পীরকই- য়ুমনি মমা, য়ুম্নী।

রানী নুংঙাইতবা ব্রাখল লোইনা কাউথোক্তুনা ফেমিলী অদুগী ব্রারী পন্নীংদা তাওথরুবি। সলব্রার শেৎপী পাঙল নহাদুদা ব্রাখল থন্নুরি।

অসুম লাকপনা কৈনৌ য়ৌরকপদা সুম য়েংথোকখিবদা স্কুলগী মখা থংবা লম্বীদুগী নলাদা অপিকপা অঙাং য়ুনিফোর্ম শেৎপা নুপানি নুপীনি খঙদরে গাডীদগী উবনিনা, তাদুনা, লৈবগুম উরকই লাপ্তক্না অঙাং খরদি লৈবা উই।

রানী থল্লী- ''কুমদুনা য়েংলুসিরা?'' বসতি য়াংনা থৌখিবনা ব্রাখল তৌরিঙৈ ফনা শাংনা থৌদোক্লক্লে। ব্রারেপ লৌবা থিনখিবনা। পূক্লিং নুংঙাইতে রানী। ময়ুম হেক য়ৌবা ফাওবা, করিগুম্বা অঙাংদো মী অমত্তা থেংনদ্রবদি...। মখায় মশেনসু লৌখৎনদ্রবদি....। চিংনবা অমনা মাবু য়াম্না হেক্তো নুংঙাইহন্দে।

নোংঙাল্লফাওবা রানী নুংঙাইতদুনা খবর লাকপা ঙাইবদা ফনা ব্রাজে, লামায় খুদিং ওন-ওন্দুনা য়েংই, করিসু য়াওদে, অদুদদা পূক্লিং লাংবা ইংথরকই।

নোংমগী থবক লোইদুনা ঙাইহাক পোখাবা মতমদুদা রানী ঙরাংগী বস ওন্নবদুগী ব্রারীশিংদু নীংশিংলুবদগী হৌখিবা কাউগ্রবা থৌদোক কয়াবু হন্না অমুক ময়েক শেংলক্লী-

জীমগী থবক হঞ্জিননবা হোৎনবদা পীনবা লুপা ৫,০০০/- পুদুনা চৎখিবনি পোষ্টীং মফমদা। রানী পাউদু কোন্না তারকপানি। নুংদাংদুদা খুদক্তা ওক্তো ব্রাইরগা মোইরাং তান্না চৎলম্মী মতোমতা। পুং ৮.৩০ তারে মোইরাং য়ৌবদদি ৯ দি তারবনি। চাউবা ষ্টেসন্দা লৈরমদে। কোইহং হংদুনা থিরুবদদি কোনষ্টেবল অমনা হায়রকই- ইতৈমা, বজাবদা

লুহোংবা অমদা ফুলদা থকচিল্লগা দোল্লাইদা তোংদুনা চৎলিবা কন্যাদা চামা চৎপী লানখৎপনি।

- ইবুংঙো, হৌজিক্তী মহাক কদায়দা লৈরমগনি?

হাথু হাথু হায়রুই রানীনা মিপাইনা। ঙসাই পুথিবা পোৎতু লৈরমদৌবা মান্দবনিদা।

- ইতৈমা বাজার অদুব্রাইগী মনীংলোমদা ভেন্দর লৈবনি মদুদা শোয়দনা লৈরমগনি।

রানী খ্বাই লাওই 'করিগুম্বা লুপা ৫,০০০/- দো মফম খঙদনা মাংলম্বা থোক্লবদি...? কনানা, করম্না শিংগনি? মসিগী মাগী মাথা শারিবা।

মতমসিদা য়ুম নোং য়ুবগী মীনা লঙনরোই, ফাগি ওই পাউতাক পিবোই হায়রম্বা অমদগী তিন্না কুপ্না ঙম্নবা হোৎনবদা ঙসি ফাওবা ঙমদরিবনি। অদুগা হৌজিক অমুক মীগী অদুক য়াম্বা পৈশাদো শিংবা তারবদি ইমুংগী ফিভমদি করি ওইবা তারিবা?

থিবমখৈ থিরুরে অদুগা বাজার অদুব্রাইদা য়ুম অমদগী থোরকই। রানী মশক্তু উবদা পৈশাদো লৈরমগনি নিংদ্রবনি? য়ু ফুলদা ফজরবা জাৎনিদা।

নীংথিনা হায়নদুনা ওক্তোদুদা হাপকৎতুনা কাতর ফাওবা পুরকই। কা মনুংদা চঙলগা চাওবদো রানীনা তথৎলকই- ঙসাই জীমদগী পৈশা পুথি হায়বদুদি কদায়দা থম্বীবগে?

- লৈনে সে, অসি হায়দুনা পৈশা ময়ামদো চাইখাইরকই। শাওনীংবনা ঈকাই রানীদো অদুবু পূক্লিং ফাথজদুনা চাইখাইরিবা পৈশাদো মশীং থিবদা লিশিং অমদগী হেন্না ব্রাৎলে। পৈশাদো লোইনা খোমজিল্লগা মাগী বেক্তা হাপশিল্লে অদুগা থুনা মপান থোরক্তুনা ব্রা মচেৎ অমত্তা হায়রমদনা ওক্তো তোংদুনা য়ুমদা হল্লকই।

নোংঙালবগা জীম পাউদু তাবগী মীগী পৈশা য়াওবনি হায়দুনা অমুক লৌথোকখরে।

মথং নোংঙানলবদা ইম্ফালদগী পুলিস গাড়ী লাকপদা পৈশাদো পিরো হায়ররে।

রানী খ্বাই খ্বাই লাওই। কোকচাওবী কাই। করি তৌগনি ? হৌজিকপু মনুংগী অমোৎপা ব্রারীসিদি কনাসু খঙহনবা য়াদে। হৌজিক করি তৌবা তারিবা? মাগী য়ুম কুপ্নবা হায়দুনা থম্নীবা পৈশাদো থিরুবদা লুপা ৫,০০০/- হেন্না লৈরমলেদনা। মদু খর খর তুংশিঞ্জদুনা থম্নীবনি। থম্মোয়দা খুতুম্না শুদুনা পীখিবা তারি।

পূন্না য়োমদুনা পুথোক্লগা গাড়ীগী মমাঙদা বোকসতা ইরেন হাপচিনখিবনি।

নোংঙাল্লগদি জীমগী রিএপোইন্টমেন্ট লেতরদু পুদুনা লাকই চাউবা য়ুমদা, অদুগা জীমদা ঙসিমক ওফিস কাগদবনি দিয়ুতি জোইন্ট তৌগদবনি হায়রকই। চহী ২/৩ সম্পেন্দা তৌদুনা লৈরুরবনা মফি মরোল ফাওবা নীংথিবা লৈতরে খুদক্তা ওফিস কাবদা শেৎপা য়াবা। অরুবা তারে অদুবু মাগী নুপী জয়ানা পুদুনা ফিরোল লৈরুরে রেদিমেট ওইনা। অসুম্না নুমিত্তু ওফিস কাহনখি।

রানীগী য়ুম কুপ্পগী থৌরাংদি মতম কক্তনা চোম্বা তারি। মতাংসিদা ডা. কমলগী

“পান্নবদি মীগী কান্নবা। খাঙগদবনি মীনা ওৎপা হায়বা শৈরেং মতেঙ্গুগী নুংগী অর্থ হৌজিক্তা ময়েক শেংলক্লী।

অচৌবা থবক অমা মায় পাকখিবগী নুংঙাইরবা থবক্তুদা খোইমুম্নরবা থম্মোয়গী চৈনা অমগী ব্রারীদুসু অসুম অসুম ময়েক শেংলক্লী রানীগী মফমদা।

নোংমা রানী খোয়গী মখা থংবা লৈরক্তা উগী গাড়ী (তাতা উ মপোৎ অমা) থাদুনা লৈবা জাৎনিদা। মাদু পুলিসতা মাসুন পীরমদনা লোম্না নোংঙালমদাইদা থৌরকখিবা ওইরমাল্লে। মদু থিবা লাকপদা মীনা “রানীখোয়গীনি” হায়জিল্লকপা জাৎনি মরমদুনা হাবিল্ডার তোমচৌ খুৎলায় পায়বা কোনষ্টেবল তরেৎ নিপালগ্যা মখোয়দা চঙলকই মতমদুদা চাউবদি পোষ্টীংদা লৈখিবনি।

- হুজুর, করি থবক্কী, ময়ামসু লোয়নবীরক্লিবা?

- মেম সাহেব, লৈরক্তগী উ গাড়ীসে মেম সাহেবখোয়গীনি হায়না?

- করি ব্রানো? হুজুর, ঐখোয়দি অসুক মমল য়াম্বা পোৎকী মপু ওইজবা ঙম্বা নত্তেদা। কনানা নুংশিবীদুনা হায়বীরক্লীবনো?

- এ! অদুদি..।

হুজুর ব্রা ঙাঙনা ঙাঙনা রানীখোয়গী য়ুমগী অকোইবা অমদি নোংয়ুখিবগী ফক্লাংদা মরী মরী চেন্থখিবগী ময়ীশিংদু য়েংলগা হায়রকই- মেম সাহেব। য়ুমসিবু অসুম্না থম্বীরিবসিবু করিগীনো?

- হুজুর ঐখোয় অঙাং শেমজরি, অমনা পুলিস ওইদুনা লৈবাক্কী সেবা তৌজরিবনি।

ব্রাতাদুদা হুজুর নোকফেৎ তৌই, ঙাইহাক লৈরগা অমুক হায়রকই- মেম সাহেব! য়ুমসু শেম্মু, অঙাংসু শেম্মু, ঐখোয় চৎলে।

- ফনি হুজুর, ঙমজবা ওইজগে।

পুলিস অফিসার মচা অমগী নুপীনি রানী মপি ইন্না চেন্না য়ুমগী ফিভম য়েংদুনা লৈহৌই। থম্মোয়দা হুজুরবু হন্না হন্না থাগৎলি। করিগুম্বা মাগী নুপা অফিসারদুনা হুজুরগী পূক্লিংগী ব্রাফমসি খঙবীরন্নবদি ঙসি রানীগী নুংঙাইবগী পিন্নাংসে তারমদবসু য়াবনি। ফজরবা য়ুম অমগী মবেম্মা ওইবগী চাউথোকচরম্বা য়াবনি।

অদুবু ঙসি ফিভম চান্দ্রবা য়ুমগীদমক অতোপ্পা ওফিসার অমগী মচিন্দগী অনৌবা আশাগী মঙান অমদি ফংজখি। চাবা-চাদবা নুপা ঙাইদনা মানা হেক্তা কুপ্নবা হোৎনরগে হায়বসি চপ-য়ুংনা খলখি। মদুগী মতুং ইন্না কন্না হোৎনদুনা খর খর ওইনা তুংশিনজরকপনি জীমগী থবক্কী ওইনা পীথোকখিবদো।

মতম খর লৈরগা মানা হল্লকপা কান্দা অতোপ্পদা শীজিন্নদনা অব্রাৎপা খর থিরগা য়ুমদো

কুপ্পুনা নোং য়ুবগী মরীশিংদা অমুক হন্না তৈশিনহনখিবনি।

মতমদি হৌখিবা খঙহৌদে। চাউবা রিতয়ার তৌখরে। নোংমা রানীখোয়গী মচেগী সোরাত্তা লাকই। শোন্নাৎ লোইরগা চাওবা উনবা লাকই রানীখোয়দা। হৌখিবা নোংমগী য়ুমগী ফিভমদো চাংদম্নরুরগা হুজুর হরাওনা নোক্তুনা হংলকই- মেম সাহেব, য়ুমসিবু লোইশিনবা য়ারবনি পঙয়াম য়াম্না ব্রাৎতরেদা।

- হুজুর অতৈদি ঙমদরে। থাক অমদি লোইশিন্দুনা মৌ পুশিল্লবনি।

হুজুর নুংঙাইনা নোক্তুনা হায়রকই- চাউবদো লৈতবনিনা ঐসু চংলগে।

- ফনি হুজুর, য়ুমসিগী ফিভমসে হুজুরগী ফাগি ব্রহৈগী ফলনি। চাউবগী ব্রাখলবু মুক্লরিঙৈ, নুপীনি, মাগী মথৌনি লৈথোকচরন্নবদি হান্নগী নোং য়ুবা অদুদা অদুম লৈরম্বা য়াবনি।

- থাগৎচরি মেমসাহেব।

- হুজুরবু হন্না হন্না থাগৎচরি। নোংমদুগী মমল পূক্লিংদগী ইথিন পীবিরম্বদুগীদমক্তা তৌবিমল খঙবসু উৎচরি।

হুজুর নোক নোক্তুনা চৎখি, রানী য়েংদুনা লৈহৌই।





মিং ঃ কেঐচ. ইবেতোন দেবী

লৈফম ঃ বিষ্ণুপুর ৱার্দ নম্বর ৮

ইপোকপা ঃ খাঙেম্বম গৌরাচান্দ সিংহ

ইমা মমিং ঃ তখেল্লম্বম নিংঙোল তামিনী দেবী

মপুরোইবা ঃ হাওমোম কমল সিংহ

তৌবিবা থবক ঃ

বিষ্ণুপুর হায়র সেকেন্দরীদগী লেকচরর ওইনা পোখারে। বিষ্ণুপুর সাহিত্য পরিষদ, রাইতর্স ক্লব মণিপুর-নম্বোল, লৈকোল, ইম্ফালগী লাইফ মেম্বর ওইরি।

ফোংখ্রবা লাইরিকশিং ঃ

১। ইচেম্মা (শৈরেং) ২০০৩ ইং

২। নির্মলা (উপন্যাস) হন্দোকপা ২০০৪ ইং

৩। অহিংগী ঈশৈ (উপন্যাস) হন্দোকপা ২০০৪ ইং

৪। লৈরোল শাৎলে (সোনেত সিক্যেন্স) ২০০৫ ইং

৫। কুন্দো পরেংগী হক (ৱারী মচা) ২০০৫ ইং

ফোংদ্রিবা লাইরিকশিং ঃ

১। প্রেম লতা (উপন্যাস)

২। মাঞ্জ মকাদা (সোনেত সিক্যেন্স)

৩। নিংশিংলুবদা (ওটোবাইয়োগ্রাফি)

৪। থম্মোয় লৈকারক্তা (হিন্দীদা হন্দোকপা)

৫। শোল্লবা মরী (হিন্দীদা হন্দোকপা)